


অপোকপা মরুপকী, মীতৈ মরুপকী, মীতৈ ময়েক সাজবা

থোঁপুবা কাঙলুপ্পা উনম তৌজবা

কালেন—থাবুং ১৯৮৫ ইং

১। ভাওথোং উসম অঙাংমচা—লুচিংবা

২। ময়েংলো চোজানবম কুলে—ওমথং

৩। লুবাংশংবম নোংথোম্বম গোরো—শেল্লুংবা

লুবাংশংবম নোংথোম্বম নরান—শিন্নাবা

মংগোলবন্দ সয়াং লক্ষ্মী, কোন্থৌজম লৈকাই

১। মোইরেংজাম্বা বাচা

| | লুবাংশংবম | | থম্বালখোং |
|---|---|---|---|
| ১। | লাংগম চন্দ্রসিং | ১। | লুক্রাম ইবোতোন |
| ২। | নোংথোম্বম ইন্দ্রমনি | | মনিপুর ষ্টেট মীতৈ মরুপকী |
| ৩। | নোংথোম্বম ইবোচাবি | | সিন্নারেম্বা |
| ৪। | মংসাতাবম জাইগোই | | কবো লৈকাই |
| ৫। | সাপম বাবু | ১। | নিংথৌ মচা সনাচাওবা |
| | খোংহামপাৎ | | লংথবাল মন্নায় লৈকাই |
| ১। | লাইশ্রম বোকুল | ১। | য়েন্দ্রেম্বম মুনান মীতৈ |
| ২। | কোইজম ইবুংহল | | মতাই |
| ৩। | কোইজম কালা | ১। | থৌদাম বীরা |
| ৪। | বাইথোম বোকুল | | থাবম লমথাই |
| ৫। | লৈসাংথেম গৌরচান | ১। | থৌচোম ইবোতোন |
| ৬। | লৈসাংথেম মনিহার | ২। | তোংব্রম লসমোন |
| ৭। | য়ুমনাম বীরা | | হৈঙাং |
| | লোইতাং খুন্নেল | ১। | হিরোম অবুং |
| ১। | হিজম মাইমু | | কোইরেংগৈ কৈথেল |
| ২। | থাংজম চাওবা | ১। | চনম্বম কণীরোৎ |

**কুমবৌ**

১। অহলথেম কুবেরা

২। মাইমোম মনি

৩। খুমুকচম অঙৌ

৪। লাইশ্রম চন্দ্রাহাস

৫। চিংথাম ইবোতোম্বী

**খাংমৈদন**

১। লৈসাংথেম মধু

**মুরেম্বম**

১। খোঙাম ইবোতোম্বী

**পোৎশংবম খুনৌ**

১। মোংজম চাওবা

২। মোংজম ইবোচা

৩। ইরেংবম অমু

৪। ঙাংঙোম মংগী

৫। ঙাংঙোম মুনান

৬। মোংজম রাজমনি

৭। মাৈমেরাকপম কাংলেনজাও

**কাস্ত সাবল**

১। লাইশ্রম থোইম্বি

২। লাংপোকলাকপম বোরাজাও

**লাংজিং**

১। হুইরুংবম অঙৌ

২। বাংলেম্বম অঙৌ

৩। নোংথোম্বম কুলাপ্রাধান

২। ঙাংবম বীরা

৩। থাংজম মংগী

৪। থৌচোম সেন্দুং

৫। চমমবম বীধু

**কৈকোন**

১। তোরবম গৌরসিং

২। মেমথোম তমফজাও

**পোৎশংবম খুল্লেন**

১। খুনদোংবম নরহরি

২। ওইনাম ইবুংহল

**খুরাই**

১। লুরাংশংবম কুলাধজা

**নিংথৌখুং**

১। রাহেংবম থেম্বো

**খুরাই চাইথবী লৈরক**

১। কোইজম কাংলেল

**পুংদোংবম**

১। শগোলসেম ইবোমচা

২। ইরুংবম নদিয়া

**খুম্রাকপম**

১। মোইরাংথেম পরিজং

২। সম্মাসম মনি

**লমাংদোং**

১। খুম্রাকপম মনি

২। থৌনাওজম তোনসনা

থাজ্রম

১। ঙাইরাংবম গৌরচান

কমেং

১। লাইরেলময়ুম ইবুংহল

২। কোমসম মনি

৩। লৈসাংথেম যুগে

৪। লৈশাংথেম নাগে

ভাওথোং

১। লাইশ্রম তোম্বা

২। উসম বাবুসিং

হৈয়াংথোই থোং

১। মাইবম অচৌ

মমাং লমোংগৈ

১। নোংথোম্বম মধু

কৈসামপাৎ লৈমজম লৈকাই

১। লাইতোম্বা মীতৈ লাইরিক সন্দোকপা

থনামলৈরক

১। লাইশ্রম নবকেসর মীতৈ

ফাবমাসি

বাংঙু তেরাখোং

১। হাওরোংবম সনাতোম্বা

য়ুম্নাম খুনৌ

১। অরাম্বম নিংথেমজাও

চুরৈত্রেখোং

১। লোংজম তে.মচৌ

তৌবুল

১। ইরুংবম ইবুংহল

খোইজুমান

১। ইঙুম্বা ইবোতোন

খোৱাল খেকমন

১। লৌরেম্বম কুলাসিং

২। অসেম মোইরাংনিংথৌ

৩। অসেম বীরমঙ্গোল

খেকমন খুনৌ বাইথৌ

লাইমাং কোনজিন

১। আসেম ইবোতোম্বী মীতৈ লাইরিক সন্দোকপা

ঙাংখা লৌখাই

১। মোইরাংথেম লুখোই

২। মনিং মোইরাংথেম লুখোই

ত্রোংলাওবী

১। ঙাঙোম মংগোনজাও

ফৌগাকচাও

১। ওয়েন্নম ইবোতোম্বী

সাইতোন

১। অহৈবম নন্দো

কুম্বী

১। খোরুচোম চাওবা

কদাংবন

১। হিজম নবো

# তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাও।

## বাহনথোক

### অহানবা

### তাংকক।

হৌরো হৌরো পারিখোই
মপুগী পাওবু লাকয়ে ইবুংঙোশিং,
হৌরো হৌরো পারিখোই ॥০॥

তেংবানবগী মপু ইবুংঙো, লাইনিংথৌ অপোকপা পোকলেন পোকপ্রা, মচা মনাই তাইবংবু, তাইবংগী মুংঙাইবা মংমংহুনা লৈরগনু অফা মুংঙাই লম্বী ঙাক্লরো হায়রিয়ে লৈবাক্তী ইবুংঙোশিং ॥০॥

পোকলেন পোকপা য়াওয়ে তুংনা-মাং ওয়রকলে,
শিংলুবা মুংশিং হুলকলে পংথরুবা শিংলী হৌরকলে। ॥১

তাইবংগী অপাম খোরাংগী ইথকপু নোংলৈ মুংশিংনা হুমহুনা পুরখ্রা অহু হলক্লে। কয়াংশিংনা মাগী মাগী অপাম্বদা লুপখিহুনা পংথরম্বহু হৌরক্লে। তুংওয়নরম্বা বাখল থংঙমদবা পুম্নমক মাংদা ঙাক্লরে, থংঙক্লে ॥ ১

লৈকোনদা শাংপা লৈয়েনদা খোইমু খোকরা ইলকয়ে।
ইপু শিদবা য়াকাইয়ো ইবেন সিদবী থাগোললো ॥ ২

তাইবংগী অপাম মুংশিগী ঈথক্না নেম্মক্লবা মতম অহুদ; থমোই কোনগী লৈকোন্দা ময়োন ওয়না শাৎলিবা মুংশি লৈরাং অহুবু খোইমু খোইগী মতমগুম লৈহৌ চুপকে নিংঙাক্লু। য়েৎকা ওয়গা ওয়হুনা লৈরিবা, ইপুশিদববু য়াকায়জরো (নিংশিংজরো) ইবেন শিদবীবু থাগোঞ্জারো (থমোইকোন্দা কোনশিঞ্জরো) হায়বদি পুক্লিং লৈরাংজরো ॥ ২

লাইরেমবী লিশিং জগোয় থোকয়ে ইপু শিদবা হরাওরে; লাইরৈবাককী নিংথিবা কৃষ্ণে য়েঙরো অফ-মুংঙায় থুংজরো ॥ ৩

তেংবানবগী মপূ ইবুংঙো অপোকপা পোকলেল পোকপদা পুক্লিং থম্মক্লবদা হকচাংগী ভুরৈ ভুখোং পুন্নমক ভুজুং—হরাওরক্লবা মতম অহুদা ইপুশিদববু হরাওরে। লাইরৈবাকী মসক ওয়রবা মাইথোংনা মকা লামমকপা উজরো, অফ-মুংঙায় ফংজরো ॥ ৩

ভুরেল লাইজ পাথনি শিদবা নিংথৌ লেংগনি, থুয়া তপনা থাবিও মিৎয়েং চুমনা য়েংবিও ॥ ৪

ভুরৈ-ভুখোং পুন্নমক শিন্না—থুংনা চেন্নিবা" লাইজ ঈরেন ওয়হুনা ভুরেল ওয়না লৈরিবা, য়ায়বী থরাই ওয়ন্নিবা য়ায়জ-কোনশেন ওয়হুনা মাংবা তাবা (শিবা নায়দবা পুন্নমক্কী অথোইবনা নিংথৌ হায়না শৈরেংবা, মরিক কোনগী লাইজবু পুক্লিং

চাক্‌চা-কাম্বনা তাইবং শত্নম লাংত্নুনা অবেম্বদা পাথনি মিংয়েং— থোংথাং চুম্বীও॥ ৪

মপুগী মনাই ননাইনা লৈখা তাখিবা খুনুগংপিউ, অফ-মুংতায় পিনবিউ॥ ৫

নচা ননাই তাইবংনা অথা-অয়াক্‌ অশিন্‌ চিঙ্গাক্কী ময়ায়না ম্রায়বী ইসৌ লাংখিবা, পুক্লিং চ’কচা কামথিবা, পুম্নমক খুয়া খাদা চংজরি পুক্লিং লৈতাহন্‌বিয়ু” অফ-মুংতাই পিনবিয়ু॥ ৫

( অহানবা তাংবক্কী চেল্লিবা” ঈচেন )

ভেংবানবগী মপু ইবু ভো, লাইনিংথৌ অ:পাকপা পোকংলল পো’কপনা, মচা মনাই তাইব’বু, তাইবংগী মুংতাইবা মংদা তাওত্নুনা লৈরগমু হায়না ত.কপিরক্লবা মতম্দা, মীওয়বনা পুক্লিং হললক্লে, অকিবা পোক্লক্লে। মতম অত্নুবা মৈবু, মৈথুনা মমহনবগুম্না অপামবদা তাওখিত্নুনা অফ-মু ডায়গী বাখল লৌশিং থম্নুদবা, তুংওয়নরম্বদো, বাখল লৌশিং তায়ক্লে, থংডক্লে। থংডক্লবা মতমদা অপাম মুংশিগী ঈথকমু নেম্মকতুনা থমোইকোনগী ময়োন্দা শাংলিবা মুংশি লৈরাং লৈহীবু, থোইমু থোইনা লৈহী পাম্বগুম্না পামলক্লে। মতম অত্নুদা ভেংবানবগী মবুংভো মবেম্মা অনিমক্তা পুক্লিং লৈরাংভো হায়না পুক্লিং চৈরাক তৌরক্লে। পুক্লিং বারকতুনা মপুদা পুক্লিং লৈতাজবা, ওমদনা মপুগী মুংশি ইথক ঈপোমদ: ছুজু: হরাওজবা ওমলবা অত্নুদি ভেংবানবা মপুনমু পেনবিরে। অবাবগী

মরি পুম্নমক মুংখিহনা মাইথোং মকা লাম্মক্লে। পুক্নিং ময়োন চোংঙক্লে। লাইজ লৈরেন অথোইবা, মকা লাম্না শাংলিবা, থম্বাল লাকা ওয়রিব', য়ায়বী য়েক্নৌ লৈরিক্তা পক্লিবা মরিকপু খিকৃথখিনি হায়দনা মিংয়েং খোংথাং চুমহনবিয়ু হায়না ঈপুরোইদা চংজরি ॥

## অনিস্বুবা তাংকক

তেংবানবগী মবুংঙো হন্না হন্না খুরুমজে।
তাইবং পানবা মরমগী তাইবং সনবা তমক্কী,
সায়োনতবু ওয়বনি তাইবং ওয়না ফাওবনি ॥ ১

তেংবানবগী মপু ইবুংঙো অপোকপবু হন্না হন্না খুরুমজে। ইবুংঙোনা, ইবুংঙোগী নতিক নয়ায় পুম্নমকপু শিংথাননবগীদমক তাইবংপানবা সেমগে হায়না নিংদনা তাইবং সন্দোক্লবগীদমক সায়োনতবু তৌখি। অচৎ চন্না লেংডিপালিবা পুম্নমক ইবুংঙোনা ময়োন্ ওৎন চদনা লৈরগা ইবুংঙোগী কুম্মৈনা তাইবংপান্‌বা ওয়হলি, কুম্মৈ তৌবা ওইদনা তাইবং ওয়না ফাওবনি ॥ ১

ইবুংঙোগী ময়াইনা ভম্থৈতবু ওয়দনা,
তাইবং চানা শোম্নরি য়ায়ক থোইয়ে হায়নরি ॥ ২

তাইবংপান্‌বগী মবুংঙো ॥ ইবুংঙোগী ময়ায়তনা ভমথৈ ওয়দনা, মৈসু মৈশা লাংহল্লে, ঈশিং ঈমং হোৎহল্লে, ভুংশিং নোংলৈ ইনহল্লে, লৈপাক ময়ান্ চোংহল্লে, অভিন্না ইনিন্‌খোন্

ভেংবারবা অবরুং লাইমিবৌ লাইগাও।

কমাগুনবা তাইবংবা লেপচথিবা রাখমনা,
মরোং মচু লেপনথি মিংবা থুংলে নিংজথি ।। ৫

"কমাগুনা লাইবক কবা তাইবংবা ও ইবং রাখল বাছুনা" ইবুংলে মহাকী রাখলত্তদা লেপচুথিবনা, নশেক-মতাম কংছুদ্ধ উক উকথা মরোং মচু অহুদগী ইবুংঙোগী মরোং মচুবু লেপথি মিংবা থুংলে হাক্না নিংজথি ।। ৫

মৌবা হৌবা তিংথৌগী তিংগোই পুমথাং লোমবগী,
মচু নিস্থ হায়নবি, অরেপ্পবি থংনবি ।। ৬

অতিয়া লম্মাং লমজাও অসিনা ইবুংঙোগী মথা ওয়বনা, ইবুংঙোগী মচুবু মিৎনয়োবা মকমদঃ মুরৈমনা উদ্রে। অমৌবা তিংথৌগী মচুদি শংতি অশংবা মমায়া পুমথাং লোমবদি, অশংবা কুংশিমকুনা মু'য়নবা উয়রে মতৌমুয়া ইবুংঙোগী মচুবু তাইবং রাখলদা মচু লেপ্পা মুংডাইনবা হায়ছুনা, তিংগোই পুমথাং লোলবগী মচুনিস্থ, হায়নবি ম্যাছুনা অরেপ্পনি থংমবি ।।

শংতা-নৈস্থ হায়নবি, পশোংনিস্থ হায়নবি,
মুবরেনস্থ কৌনবি ঙোবরেনস্থ হায়নবি ।। ৭

অমুম তৌছুনা ইবুংঙোগী চুবু মচু মরে ৎ মামথরে। অয়াপ অনক ইস্নুনা মচু মরোং হোংখরে। অশুংবা পাথোকপবু সংজানে

হায়নরি। অঙৌবা হেক পাম্ভোরকপা অদুবু পশোং হায়না হায়নরি। লাপখিবরা তাইব' মিংকী রাংমদা নৌথিববু মমংগী হায়হন্না মুবরেনস্থু কৌনরি। নকমনখিবা মরম্মা তাইবং চুংদা নৌহ্না শৌবরেনস্থু কৌনরি। অবকপনা মশানি অরাপ্পনা মমিনি। ৭

অয়েপ্পবু থংজগে সিদ ময়াই কংজগে,
রারক নৈবুন পিরবিউ থুয়া থাদ পুশিনবিউ ॥ ৮

মতৌ অদুমা অঙৌবদগী অমুবা কাওবা মুচু শাবোল্লিবা ইবুংঙো, বাহো' মতুগী মচু মালিবা, ইবুংঙোগী সিদ ময়াম কংজগে রারকপা পৌজাম নৈবুন পিনবিউ থুয়া থাদ পুশিনবিউ।

## অহিংবা তাংকক্তা চেঁরিবা ঈচেল।

ইবুংঙোনা, নত্তিক ময়াম পুরমকপু সিংথাম্মনবগীদমক তাইবং শেমগে হায়না, তাইব' সম্বোককগী সাম্নোব জৌখি। অচৌং-চক্তা লেংঙিপাঙ্গিবা পুরমক্তা ময়োম ওয়না চংহুনা নৈরুপা ইবুংঙোগী মুনৈমবা তাইবংপানবা ওয়হাঁন। ময়ায়ভনা নৈ-ঈশিং-মুংশিং-নৈপাক-অতিমা মঙা ওয়হন্দুনা, পোংলম পুরমপু মঙা অসিমা ওম্বরে। "অহকপা' পোংলম মঙাবু-নদাদগী থোকপনা রারক থোইবে হায়হন্না তাইবং-চানা শোম্বরি। অপাম মুংসি থাজনা" মুংসিং মবোম থক্তা অহৌবা অমদা ইনখিবা, লাইনিং পম্মে চেৎথিবসিংনা নঙানভবু কাহুনা নমাজনরি থংজখি

ইবুংঙো।। তাইবংপান্সিদা, অবোইবা হায়বসো নহাকনা যথোইয়ে। পিক্থিবনা ম'ময়্ ওয়গ্রে, চাওথিবনা মপান পোংলোই-থিদে সঙ্কোন্ লখা চান্না ওবত্তুন' তাইবংপানবা ওয়্রহল্লি। কয়বগী হৌতম্লি নিংথিবগী তিনূভম্লি। ইবুংঙোগী নকময়দা পুম্নমক চয়থিবনা তাইবংপানবা পুম্নমক অতুকপদা লৈথরে।।

---

১। মৈসিন্সিংপক্ত।

২। মৈসিংসিংপাক্ত্য।

৩। মৈসিংসিং লৈপাক্ত।

৪। মৈ · ঈসিং—মুংসিং · লৈপাক্—অতিয়া

=তেংবান্বা।

## অহুম্সুবা তাংকক্

সিদব মপু ইবুংঙো। মপোক্ লৈতবগী সাগৈরি,
অচৎ চত্তবগী ময়োন্নি। সিদব মপু ইবুংঙো ।। ১

মাংবা সিথ নায়দবা হে ইবুংঙো. নংদি নংঙোন্দগী হৌনবা, মংবু পোক্পা লৈতে। পুম্নমকী অহানবনি, অহানবগীসু অহানবনি। অচৎ চত্তা হায়দনা লৈরিবা থরাই পানবা পুম্নমকী নংনা ময়োল্লি। থরাইপানবা হায়দনা লৈরিবা পুম্নমকসি নংগী অকবা মাংতদবা অহুতনা ওয়রিবনি সিদব মপু ইবুংঙো ।। ১

মৈ-ইশিং-মুংসিংকি লৈপাক অতিয়া মওাগী
মপুং ওয়বা শিকদুনি মহৌশিংগি "মহৌয়েনবি॥ ২

মৈ-ঈশিং মুংসিং-লৈপাক অতিয়া, হাৱম্বিবা পোকনয় মওা অসিগী পৱেং হৈক ওয়দ্রনা ইবুংঙোনা লেংনপা ভেংনা পাকবা ময়য়া ভেংবানবা হায়না থংনয়ে। মওা অসি পুন্নপা মচাক মচয় সুখবা ময়োন অমা থোরক্লে, মহী ওয়না ভেজয়ে। মহৌশিংমু মহৌয়েন্নি সিদ্ধম মপু ইবুংঙো॥ ২

মওাগী পাওবু মপুনা হায়খি মপুগী মভেংবু মওানা পাংখি। মওাবু মপুগী মসানি তকক সুব উ মমিবি মনিগী মচুদি মুখি পুন্নমক্না অমা ওয়খি॥ ৩

পোৎনম মওা অসিমক মপুনা ওয়বনি। মপুমু মওানা লৈবগী হায়বখি, মওাসিবু লৈত্রিঙে মপুসু লৈয়মদে, মওাসিমক মপুগী মসানি, মপুমু মওাগী মমিংনি। মওান তিন্নপা ভেংবানবা ওয়দ্রে, ভেংবানবা ওয়ক্তদগী তাইবংপান ওয়রে, তককসুবদা তাইবংপান হায়রে, তাইবং ৱাথলদি অমুবা অমম্বা ওয়খি। পুন্নমক্না পুন্নপা, মসাগা, মমিগা ওয়দ্রুনা অমত্তা ওয়রক্নে সিদবা মপু ইবুংঙো॥ ৩

মমিনা মচু ওনক্তদা তাইবংপানবা শেমক্তদা
মপুগী মচু থংবখি মওাগী মমাই কুদোকখি।
অপানবা মচু লৈকোয়নি মুংসিবা মরম সংথক্তখি॥ ৪

ভেংবামবগী মপুন্না লায়োন থুপ্না নৈমন্নবগী ভাইবংপান্নবা সেমগে হায়দনা পাংথোকপদা, মন্মন্না মখিগী মচুন্না ওন্দুনা ভান্নক-ভৈন্না, ভাইবংপানবসি ওয়ন্নকভৈন্না "মৈসিনথিংপক্ত্যা" মী মন্নান্ন মঙ্গা মুদোকখি, মান্নবু মৈ-ঈশিং-মুংসিং-নৈপাক অভ্যা (অভিন্না) হায়ন্নন্নে। মন্মন্নবগী ভান্নকপা মতম অহ্নদা মপুগী মচুবু অপামবা মচু নৈকোন্নি হায়ন্না খংন্নখি। মপুগী মতিক (মনম) বু, অমংবা-অচংবা অহিংবা (শংবৈন্নে) নি হায়ন্না খংবখি॥ ৪

নৈ-হাইবদি মনম্ন হায়বনি। মন্নবদি মতিঙ্কি। শংবা + নৈ = সংবন্নৈ। সংব, মুদ্রিবা, চংভিবা পথদ্রিবা কন্নিগুম্না অথোইবা মতিক অন্নবা মাগী মশা অহুবু শেমগং-শাগংপা ওম্মিবা হেনগং-লকপা মান্নবিবা, অচংবা হায়বনি'।

মঙাগী পাংগল মপুন্নি মপুগী পাংগল মঙানি।
কনানা অথোইবনো কনানা অহানবনো ?
কনানা মরুমো কনানা মসালো।
মপুগী হৌভম খংগনি মপুগী মতিক কংগন্নি॥ ৫

মপুনা, নৈ হায়বা খংহনগে হায়বগীদমক মতম অমঙদা অন্নকপদা অন্নাপ্পদা, ময়োন্দা কুয়োমদা চংদনা লেংদনা নৈ। অহুবু ভাইবং ন্নাখন্না ফংলকপদা "মৈসিনসিংপক্ত্যা" হান্ননা খংন্নখি।

মৈসিনসিংপক্ত্যা হায়ন্নিবা অসিগী রাইহ খোংথাং অমমন্নদা মন্নান্ন অথন্নম ফুদোকখি। মাহুদি - ১

"মেই" হায়রিবা খোন্থোক ইন্নিন্ অসি কাপ্পী মৈয়া কায়রুনা চাকপগী খোন্থোক ইন্নিনখোন্নি। মহৌসাগী খোন্থোক ইন্নিন অহুদগী, মেই হায়না খংনখি। লৈতোম্না য়াংখোরকুনা মৈ হায়খি। ।২।

সিৎ অসিহ্নু অয়ভা ওয়না লৈমিয়য়দগী থাইদোয়কপা ওয়যনা মৈগী অয়োইবা 'ই' অসি চিংডক্লুনা ইসিন হায়খয়ে। হকচাংদা ঈনা খিন্না থুংনা লৈবগুম্না মাপেম সিন্নথুংনা সিন্দুনো লৈ হায়হনা ইসিন হায়না খংনখি।৩। সিং হায়রিবা অসিহ্নু, সিৎনা থংনবদি, লেংখোৎপা, হাইহুম্বা, চৎপক্তবা মহাতী হৌনপা ওয়যবা হায়বনি। অতিয়া লম্বাং লমজাও সিনথুংনা চৎহুনতা লৈ হায়হুনা 'সিৎ' হায়না খংনখি।৪। 'পক' হায়বনা, অতিয়া লম্বাং লমজাও অসিদা "মৈসিনসিৎ" অহুমক্তা চায়নবপা "মাপেম লৈসা" চোংখোকপন্না, মতিক মরিমক পক্তুনা লৈ হায়হুনা "পক" হায়না খংনখি।৫। "অতিয়া" হায়রিবা অসিহ্নু খোন্থোক ইন্নিনখোন অমনি। "মেই" হায়রিবা ইন্নিনখোন অসি অহুম নেমথরকহুনা অহাংবা অতিয়া অসিদা অস্তুম সম্থোকখিহুনা 'ম' হায়না তিনসিনখি হায়বদগী, অতিয়া (অতিরম) অত্তা। হায়না ইনিনবু "য়াম্বা" কৌই 'য়' অহুনা চাওথোয়কপা ইন্নিম্নি হায়হুনা খংনখি। য়াম্বা ইন্নিন হায়নৈ।

অন্দুমতৌনা মমায় মঙা ফুদোকচৈদগী মৈসিনসিৎপক্তা হায়না খংনখি। মাসি মহৌসাগী খোন্থোক্নি। মাহায় অসি সাংখমা হায়দোকপদা ফুংঙায়নবা খিরকপদা লৈমৈ-লৈতোম্না

টিংঙকত্নবা য়াহায় ইনিন কাইরক্লে, মমৈথংদা" "চাওথংলোননা চাওথংলক্লবা মতমদা হাপ্তোক হাপচিন ভৌত্না মৈ-ঈশিং-ফুংসিং লৈপাক অতিয়া হায়না খংমরে। তেংবানবসু কৌরে মসিবু বাহৌরোন্না ফংগনি।

অসুমথৌনা ওয়রিবা মপুগা মতাগবু কবানা অহানবনি হায়সিগে? কনানা মকনি হায়সিগে? তাইবং বাখলদা অত্নক লাকসিনবা ফুংতাইনবা হায়সি হায়রবদি, তাইবং মিৎনা উবা পোৎলমদা পান্দম অমা অত্নক তৌয়বদা মৈগা মতানগা গুমপ্রবনি, মাসিবু খংলগা মপুসী হৌতম খংত্নবা মপুসী মতিক ফংগনি। অমধি পুমথোই থোইত্নবা লৈগনি মশা মমায়া অথোইবা অত্নবু লৈ হায়বা খংহনগনি। ময়োনগা কুয়োমগা গুম্বনি কুয়োম য়াওদনা ময়োন লৈবা য়ারোই, ময়োন লৈতবা কুয়োম লৈরোই॥ ৬

মতানা তিন্নগা অমনি অমগী মসা অত্নমনি॥
মতোমতা শাৎপা লৈতেননি লৈগী লৈকা লিসিংনি॥
ওমথৈ নায়দবা পাওরৌনি তাইবং মীনা খংগনি॥ ৬॥

মতৌ অসুম্না মতা অসিনা তিন্নগা নিংসিব। হায়বসু কংত্নবা অমা হায়রে। মতা অসিগী মনুংদা "অতিয়া" হায়বিবা অসিদি মহাক্তি কবিগুম্বা অমতা তৌদে মহাকতি মতম পুম্নমক্তা লেংদবা ওয়ত্নবা লেংঙিপালিবা তাইবংপানবা পুম্নমক্কী মনুং-মপান ফাওবা চংত্নবা সক্লোন লথা চাম্বা ওয়ত্নবা মচেৎ তাদবা মপুম অমা ওয়বা লৈ। মহাক্তি মনুং-মপান ফাওবা, অথিংবা লৈতবা চাওখৎপসু লায়বা, মরেংতাবসু বায়দনা অসুমক লৈরক্লিবা, লৈরিবা

লৈহৌগদৌব্বিবনি। মহাক্ক মত্তবা পুম্নমক্কি অথিংবা লৈ, চাওখৎপা নায়। অতুগা লৈসা হায়রিবা অসিদি, মরিমম্না তিম্নগা ওয়বা মণ্ডাস্রবনি। মহাক্কি তেংবানবগী মপুনা থম্লিংবা মফমদা, থম্নগা, ময়ায় মশেন চিংনম্বুনা অউংবা অমদা উংহুনা, খোংচৎ কাইদনা লৈখ্রবনি। মৈ-ঈশিং শুংসিৎ হায়রিবা অহুম অসিদি অম্বা ওয়হুনা লেপ্লিবা অতুগী মসানি। অহুম অসিদি অথি'বা লৈবা, চাওখৎপা নায়বা, মসা, বু মসানা ক্ষাবা, পোৎলম্নি। অহুম অসিনা মসাবু, মসানা ক্ষানবা অহুমক্তনা লেংবা-রোৎপা ওয়হুনা ভাই'পানবা পুম্নমক মিহুন ময়োন লোলহন্নি হৌবা-লোইবা নায়হন্নি !

ভাইব' মিৎনা, অউবা উদবা গায়হুনা লৈরিবা পেংভিপালিব্বা পুম্নমক অসিনা ইবু'ঙোগী "মসা" ওয়হুনা খাইদোক্লবা লৈভনা মতোমতা ওয়না লৈরেন ওয়না সাৎপনি। অউবা ভাইবং অসিনা লৈগী লৈকা ওয়হুনা ইবু'ভোগী লৈকাবু মসিং মথা লৈখিদ্রে। অসিগুম্বা, ইবু'ভোগী মশিক ময়ায়গী পাওরোবু, থরাইপানবসিংগী মনুংদা ভাইবং মীত্না খ'গনি॥ ৬

পাওলেন খে'মবা অথোইবা পাওলেন শাকপা নিংথিবা।
ইপুরোইনা লে'ঙোহ হায়রে তাওহৈরোইনা তাওরোই
তাওরোই হায়রে সজিক মসো লাংহনবিগনু
থাবা মম্নাই চায়হনবিগনু।

সিদব মপু ইবুংঙো॥ ৭

পাওলেন খোম্না ইবুংঙো, তাইবংপানবগী পাওরো পাওতাক পুন্নমকসে ইবুংঙো নঙোন্দা লোম্বনি নহাক্কী মরমদা খন্নবন্নিনে নিংথিবা। লোইনম্বিবা, ঈপুরোইনা লেংনিংদরে, অতাওবা রাখলদা ভাওন্নিবা তাওহৈন্নোইনা লৈতাজগে, হায়রক্লে. ইবুংঙো নহাক্না পুক্নিং মরা ভপহনবিউ. ইসো লাংহনবিগনু লৌসিং মৈয়া মমহুন-বিগনু ভালহনবিউ। সিদবা মপু ইবুংঙো॥ ৭

## অহুমন্নুবা ভাংকক্কী চেল্লিবা ঈচেল।

মাংবা, সিবা নান্নদবা হে ইবুংঙো, নংদি নংবু হানবা মংবু লোকপা লৈতে। অহানবগীস্থ অহানবনি অচং-চভা থব্রাইপানবা পুন্নমক্কী মংলা মমোলনি। পুন্নমক অসি নহাক্কী মাংকনবা অহুভনা ওন্নরিবন্নি। ইবুংভাদা, মৈ ঈ সিংনু শিং-লৈপাক-অতিয়া মঙাগী পবেং হৈক্ক ওম্বুহুনা লেংলগা, তংনা পাল্লি হায়হুনা তেংবানবা হায়না খংন্নম্নে। মঙা অসি পুন্নগা ময়োন মহা চেম্বরে মহিমগীসু মহীবেন ওন্নরিবা ইবুংঙো। মডাসিমক মপুনা ওয়বন্নি, মপুসু মঙানা লৈবগী হায়বনি, মঙাসিবু লৈক্রিতৈ মপুবুসু লৈ হায়বা খংভমদে, মডাসিমক মপুগী মসান্নি, মপুসু মঙাগী মমিংনি মঙানা শিল্লাা। তেংবানবা ওম্নরে, তেংবানবা ওয়ভৈদগী তাইবংপান ওয়রে, তকুকন্নুবদা তাইবংপানবা ওয়ভৈদগী তাইবংপান ওম্নম্নে, তককন্নুবদা তাইবংপান হায়রে, তাইবং রাখনদি অমুবা অহুবা ওয়থি, পুন্নমক্কা পুন্নগা মসাগা, মমিগা ওয়হুনা অমতা ওয়স্রে। শিদব মপু ইবুংঙো।

ভেংবানবগী মপুনা থুবা লৈরম্বদগী, তাইবংপানবা সেমগে হায়বা পাংথোকপদা, অমসা মখোগী মচুনা মন্দুনা ভাল্লকউন্দ, তাইবংপানবসি ওম্বরকউদা "মৈসিনসিংপক্ত্যা" গী ময়াম মওা ফুদোকখি, মাদুবু মৈ ঔ ি◦ সুংসিং লৈপাক অতিয়া হায়ররে। মম্বম্বদগী ভাল্লকপদা মপুগী মচুব অঙানবা অপানবা" মচুনি হায়না খংনখি। মপুগী মমিংকসু "অঙংবনি" হায়না খনখ।

মপুনা, লৈ হায়বা খংহনগে হায়বগীদমক, মতম অমতদা অনকপদা অরাপ্পদা, ময়ান্দা কুয়োমদা চংদনা লেংদনা লৈ। মাদুবু তাইবং মাথগা ফংলকপদা "মৈসিনসিংপক্ত্যা" হায়না খংনখি। মৈসিনসিংপক্তগী মাইহ খোংথাং অমমমদা ময়াম অময়ম ফুদোকখি। মতুংদা, "মৈ" হায়বসি মৈনা কামহন্দা চাকপগী ইনিন, মথৌসাগী খোম্থোক ইনিন খোম্মি। ইনিন অসিদগী মৈ হায়না খংনখি "ইনিন" হ মবক্ত হকচাংদা ঈনা সিন্নাথুংনা লৈবক্তুম মালেম লৈসা" সিন্না-থুনা লৈ হায়দুনা ইসিন হায়না খংনখি। "সিং" হায়রিবা অসিসু অতিয়া মক্তা লমতাও সিন্না-থুন্না সিত্তুনা লৈ হায়দুনা সিং হায়না খংনখি। "পক" হায়বসু মরিমক্তী থোরম্না মালেম লৈসা" ওয়খিবনা মপিমক পকহুনা লৈ হায়দুনা পক হায়না খংনখি। "অতিয়া" হায়রিবা অসিসু য়ারা ইনিন্না তিনসিনখিবা মফম্নি হ য়ত্তুনা অতিনয়া (অতিয়া) হায়না খংনখি।

অসুমনা ময়াম ফুদোকচৈরগী ওয়খিবা মৈসিনসিংপক্ত্যা হায়বা

মহৌসাগী খোঙ্খোক অসিসু লৈয়েং লৈতোম্না চিংডকতুনা মমৈথংদা" লৈ-ঈসিং থুংসিৎ লৈপাক-অতিয়া হায়রে।

অদুমসু হায়সি,—

১। মঙান (মঙাং) = অঙাংবা (অথোইবা মতিক)

২। লুরাং (লু + রাং ,, নাপন) অহেন্নবা মতিক।

৩। খুমন (খুমন) ,, (খুজিন্নবা) মমসিনবা (অতোন্নবা মতিক)

মঙান-লুরাং-খুমন হায়রিবা ইবুংঙোগী মতিক অহুম অসিগী মঙুংদগী খুমন (খুমন) হায়রিবা মতিক অতুনা পুদুনা, তাইবং পানবা পুমমক খুমক্তিমগুম্ব মমাংথ্রু তাইবং পানবনা হৈনিং সিংনিং অপা পুমমক পংথরে, পাংগল, খোকখিদরে। খুমনগী তেম্মথোং অমসিন্নতুনা মহৌসা কৌবা লাইরেম্বী সু ইটিক হুনখরে. উম্মা রাইনা চিকখরে। তাইবং পানবা পুমমবসু অসিবগা পাংথক ওয়না হুমথুন হুনখরে। নোংযাই ইচক লাম্মথরে, তুমখন মৈ ভয়রক্লে, অনশা হেখ্রে. অঙানবা চুংঙক্লে। "মঙান" কৌবা মতিকী পুংভন মৌরকতুনা মালংবনা মপু থৌগনগীদমক মুংসি লৈনম পুত্রনা লুম্মক্লে। মহৌসা কৌবী লাইরেম্বীনা নৌনা পাংগল ফংদুনা. হরাও হুজুং-লকপদা তাইবংপানবা পুমমক সিন্না মথৌ পায়খরে। হৈনম-লৈনম পুরবা মাসংবনা লৈবদা উচেক রায়া খিবিক্লা মপুগী কোলোই সকতুনা অঙাবমা. অথেংবু তৌদোকই। ভরাং তুংওয়নখিবা, কোরৌ নোংমা চুপাখিবনা ওসি মাংদা ওয়াল্লয়ে, কৌরৌহনবা হায়রে। সিংলুবা থুংসিৎসু হৈনম-লৈনম পুদুনা হনক্লে, অসিবগা

পাংথক ওয়বা তুমত্থনা পংথত্থনা লৈকবা সিংলীসু হৌরক্লে, হৈকোন লৈকোন পুম্নমক্তা খোইমু খোইরা ইল্লকয়ে, লাইরেম্বাক ওয়রিবা মালেম্থু মথন মথা অয়াম্বা নিংথিবা কুহনা লৈত্তেংলিবসি য়েডরো, অফা-মুংডায় ফংজরো হায়বা মপুগী পাওবু, মহোসা কৌবী লাইরেম্বীনা পুরকইয়ে লৈবাক্কী ইবুংঙোসিং ॥ ০ অসিমক্থু হায়বসি,

তাইবংপানবগী মপুনা, মথা ওন্থনা চেপ্পবদগী, য়াম্নোম্নকত্থনা অরাংরোম্লকপদা, শিংলুবা ং সং হল্লকতুনা, তাইবংপানবা পুম্নমক কুমক্তা ইব্রাং হোৎহল্লিবা থারম মালংবা ফাওরক্লে। লিংথম কাম্নীআ চাকত্থনা তাইবংপানবা পুম্নমক অনাবগী মশক ওয়মলবা, সিংঙ্গী-তাংশি পুম্নমক পংথত্থনা লৈরবা, মরেক-মহাও থোক্নমরবদো, থারম মালং লৈমবদা নানৌয়েনিং ছনথরে, তাইবং ইব্রাং হৌত্থনা মরেক মহাও থোকখরে তাইবংপানবা পুম্নমক সক্তম লৌখরে, লাইরেম্বাক্কী নিংথিবা কুহৈ য়েংঙরো অফা মুংঙায় থুংজরো হায়রিবে লৈবাক্কী ইবুংঙোমশিং ॥ ০

## মরিস্পুবা তাংকক।

তেংবানববু পোকপিবা লাইবংপানবা লংবিবা
পুনসি লোলোই মায়কবা, অফ-মুডায় পিনবা।
অপোকপবু থরমসি পুংক্লিং চেৎনা নিংঙসি
লাইগী পৌগন তৌরসি লাইনী পৌজ্জাম কাংঙসি।
তেংবানববু পোকপনা, "অপোকপনি" হায়গনি
তাইবং মীয়াম খিবিকনা, অপোকপবু লোনগনি ॥ ১

মৈ-ঈশিং-মুংশিং লৈপাক-অতিয়া অসিনা তিল্লগা ভেংবানবা হায়দনা লৈরিবা অসিমক ইবুংঙো, নঙোন্দগী থোকপনি, লংনা পোকপনি, ভেংবানবগা ওইথৌদগী ওয়রক্লবা, তাইবংপানবা হায়রিবা, মমাগী পুংকমুংদগী থাইরকপদা মপানগী ঈশিং-মুংশিংক তাইনরকপদা পংথখ্রবা "তাইবং" অপাম্ব-চংশিগী মাইথুম অমনা থুমথিদ্রুনা, চিঙাকী ময়ায়না মিস্তাখিবনা, অরা-থৌরাংগী মসক ওয়রবা তাইবংবু অরা-থৌরাংদগী লান্দবিবা, পুনসি ভোংলাই য়ায়ফনা অক-মুংডায় ওয়না পানবা পিনবা। অসিগুম্বা তাইবংপানবগী মপুবু, ইবুংঙো মাংঙোন্দা নোংঙসি, পুম্নমক্কী মথক্তা ইবুংঙো মাগাক্লা লৈ হায়বসি পুক্নিংদা অকাওবা লাইগন্নুসি। অসুম্না অথোইবা মপু অমা লৈরিবা অসিগী লাইনিং লম্বী তাল্লসি, লম্বীবু কংদনা ঙাল্লগা লাইগী থোঙান ফংঙসি। পুম্নমক অসিবু ইবুংঙো নঙোন্দগী পোকপনা অপোকপা হায়জগে, তাইবংপানবা পুম্নমক্লা অপোকপবু শোঙ্গগে।। ১

মৈ-ঈশিং-মুংশিংনি, লৈপাক-অতিয়া মঙানি
অপোকনা লেপখী, মঙা মসক খংবনি।
ভেংবানববু পোকপিরি, তাইবংপানববু মাংহনলি
থোকপা চংবা খিবিকপু, মশাদবু তিন্নহললি।।
ভেংবানবগী মপুনি, ইপুরোইবু হায়গনি
চিকনা ঙান্দি লায়দনা 'সন্তিক থাবা' কৌগনি।। ২

মৈ-ঈশিং-মুংশিং-লৈপাক অতিয় হায়বা মঙা মুরিবসি, ইবুংঙোনা লেংদনা লৈদুনা, ইবুংঙোনা কোনসিনখিবগী মঙা

অসিবু লৈ হায়বা খংবনি। মডা অসিবুসু ইবুংঙোনা পোকপিরি, মডামা ওয়বা তাইবংপানববুসু ইবুংঙোনা মাংহল্লি নসাদগী থোকহল্লি নসাদ চংদনা তিলহাল্লি। পুম্নমক্কী মপুনি, ইবুংঙোগী নখক্তা অময়ুক লৈখিদরে খক্লে থৈরে হায়দনা ঈপুরোইবু হায়জগে, ইবুংঙোগী নঙানবু চিক্লা ঙাল্লি হায়দনা সজ্জিক থবা কৌজগে ॥ ২

পোকপা লৈতে হায়দুনা, 'মপোক-লৈতবা' কৌরি
সিব লৈতে হায়দুনা, 'সিদবা মপু' কৌরি ॥
ঙৌরি হায়বা মরমনা, 'ঙোবরেনবু হায়গনি
অথোইবনি হায়দুনা, মহীরেনবনি হায়গনি ॥
নাপম চাওরি হায়দুনা, 'লিংথৌ' হায়না খংগনি
য়াম্মা তোল্লি হায়বনা, 'টঙ্কুন মরিক' হায়গনি ॥ ৩

তাইবংপানবগী মপু ইবুংঙো, থবক্তা মসক ওয়দুনা লৈরিবা, লেংঙিপালিংবা তাইবংপানবা পুম্নমক অসিদি, চিঙ্গাক্কী য়য়ায়না, মহোসা কৌবা লাইয়েন্দ্রগী অথোইবা-অহেনবা অতোপ্পবা মতিক অওয়া অসিগী তেম্বাথংবা হৌবা-লোইবা, পোকপা সিবা নাইবনি। মতিক অহুম অসিনা পুনবনি। ইবুংঙোদি, মহোসাসু ইবুংঙোগী ওয়থবা, অথোই-অহেন-অতোপ্প হায়রিবা মতিক অহুমক্তা ইবুংঙোদা চংজবনি, "তিক" তগী পাম্বোক্কবা (য়াম্বক থোইরবা) ওয়থবা, পোকপা-সিবা, হৌবা-লোয়বা নায়দে। সিবা নায়বদগী, পোকপা নায়বনি, সিবা লৈতে হাইদুনা মপোক লৈতবা কৌই, পোকপদগী, সিবলিবা পোকপা লৈতে হায়দুনা সিদব মপু কৌই।

তাইবংপানবদা লৈরিবা মচু মখল খুদিংমক্কী মমিগী মচু মুই, অমুবগী ওন্নবদি অঙৌবনি, মুখরবা লৈরাংগী মন্নুং ময়োল ঙৌরম্মী। ইবুংঙোনা তাইবং মুংদা চংদনা, মমুং ময়োল ওয়বগী তাইবংপান্নবা পুম্নমক মিহুল মরোল লোন্দুনা নতিক-নয়াইবু উৎথোকপনি। মন্নুং ময়োল ঙৌবনা ইবুংঙোগী কুচুবু অঙৌবনি হায়ঙুনা ঙৌবরেন হায়গনি। পুম্নমক্তা ইবুংঙোনা সিম্না থুংনা লৈল্লে, মাহুবু তাইবংপান্না চাঙ্কনা' মচাক মথি তাম্মোক্লগা অথোইবা অমা লেম্মোই, মাহু মহী ওয়না লৈহৌই, মাহুবু মহীদগী অথোইবনি হায়জুনা "মহীরেন" হায়গনি।

নাপন হায়জুনা, লৈরিবা পুম্নমক অসি ইবুংঙোগী নক্ষনদদি পুম্নচম চম্নখিবনা অমসুং ইবুংঙোনা নি.বদগী . তাইবংপানবা ওম্ব, মিংবাগা থৌবগা মান্নৈ হায়জুনা "নিংথৌ" হায়গনি। মচা মনাই তাইবংবা চংজনকপা লৌসিনখি, মনাইনা খুদুম চক্না য়াম্না তোম্না লৈ হায়জুনা "উফুল মরিক" হায়গনি ॥ ৩

ইবুঙোগী মিংথৈবু, তাইবংপান্না শোননরি
ম্নেংব-ম্নেংবা মাইগৈদা লাইগী সকতম উজরি ॥
ইপাক ইরেন-ইচাওবু, ইবুংঙোনি থংগনি
চিংজাও-চিংলেন অথোইবা, মহাকনিবু য়ারগনি ॥
উজাও-উরেন-অথোইবা, তপোকপনি খংগনি
অপোকপবু সোনগনি, অপোকপবু নিংগনি ॥ ৪

ম্নেংথোক ম্নেংথোকখিবা মাইগৈদা, ইবুংঙো নংগী থবক তৌজন্নবক্তা ওৱরম্মী, তাইবংপানবা পুম্নমকসে থবক্কী মসারি,

ভৌরিবা পুম্নমক অদো, নংগী মাংভদবা, অহুজনা ইবুংঙোবু লৈ হান্নবা উৎখোক্লি। মরম অহনা য়েংবা য়েংবা মাগেদা ইবুংঙোগী সক্তম মক্তা উজরি। মরম অসিদগী, নখিক নয়ায়তবু মিংথৈ ওয়না তাইবংপানবনা শোন্নরি।

লোং ওয়না চুহুনা তাইবংপান য়োকইবা, তাইবং ঈচেন ওয়হুনা তাইবংপানবা সল্লিবা, ইপাক ঈরেন ঈচাওবু ইবুংঙোনি খংগনি, লাইজ ঈশিং য়োকইবা মকোক লেমফু ওয়হুনা য়ায়ফ থোইনা লৈরিবা চীংজাও চীংলেন অথোইবা ইবুংঙোনি হায়গনি।

উরেন খোংনাং পান্দমগুম মউ ওয়না লেপ্লিবা, পাঙল মপুং অহুম্না লুজাও সিংলী ওয়হুনা গুন্না-তৈনামরোংদা তাইবংপানবা পুম্নমক মসাগা, সাগোন্নরিবা, উজাও উরেন অথোইববু অপোকপনি খংগনি, অপোকপবু সোনগনি, অপোকপবু নিংগনি॥ ৪

অপোকপনা হৌবনি, অপোকপনা লোমবনি
মসাদগী হুনবনি, ময়োলদগী সাৎপনি ॥
তাইবংপানবা থিবিক্লা মহাক্নী মহাকী ময়োন্না
ইবুংঙোগী মমিংবু, সোনগনি তৎতনা॥ ৫

তাইবংপানববু পোকপিবা ইবুংঙো, ইবুংঙোগী অনিংবা অমদগী, তাইবংপানবসি হৌখিবনি, পুম্নমক অসি নংগী নসাদা, সারোন থুপ্না তিন্দুনা লোমগদৌরিবনি, ইবুংঙোগী নসাদগী, হুনবনি নয়োল্দগী সাৎপনি। তাইবংপানবগী থবাইপালবা

পুন্নমক্না ইবুংঙো-না পিনবা ময়োন্না ইবুংঙোগী মিংথৈবু তঙনা সোনগনি, সোন্নবি,॥

মৈসু মৈসা লাঙমদে, হুংসিং মনিং থৌরমদে
ঈসিং-ঈরং হৌরমদে, লৈপাক পাংগল ফঙমদে॥
অতিয়াসু মমমমি, তাইবং পাওসু ফাওরমদে
অমমবনা মপুংনি, তেংবা-বসু থংখদে॥
মসানা মসা থংখিদে, কনাগী পাওসু হায়খিদে
সারোন থুপপমমি কনানসু থংখিদে॥ ৬

ইবুংঙো ওয়দ্রি-ঙ-লৈত্রিঙৈগী মমাংদা, ওয়রমদবা লৈবমদবা মতমনি, "মৈসিননিংথপক।" বু থংঙমদে-মৈ ঈসিং-হুংসিং-লৈপাক-অতিয়া হায়নসু থোকমদে, অইংবা অসাবা অরেংবা লৈরমদে, মরাম মসেন তিন্নদুনা পাঙ্গল মপুং পিরমদে। অতিয়া (অতিঙা) সু মমমমী, তাইবংপানগী পাওগী লৌথুব লৈরমদে, পুমমম মমদুনা লৈরম্মী তেংবামবাসমক থংখিদে। মৈ ঈসিং হুংসিং-লৈপাক-অতিয়া মঙামক মসানা "মসা" থংখিদে কনানা কনাদা লৈ হায়বগী ঈরাং উংখিদে, মৈখেং মফদা মৈ লৈবগুম সারোন থুংনা থুম্নম্মী কনানসু থংখিদে॥ ৬

মতম হায়বা লৈরমদে, লোংমমবদি নায়খিদে
অহাং-হাংদ নায়রমদে, সুপনা ইখং থংখিদে॥
পাওগী লিথুন ময়মবু, কনানবু হায়খিবা॥

তেংবানবনা ওয়ববু, কনান্নবু উখিবা॥
খনদা হকপা পোৎলমগি, ময়াই মসিং খংগনি
পোৎলম তংখাই তারগা মসিং মাংখরে খংগনি॥ ৭॥

অহিং-তুংথিল কৌবা মতম লৈবমদে, অহাং-হংদা হায়বা লৈরমদে, মিৎনা উরিবা লেংঙি পালিবা পুম্নমক অসিনা পথাপ সিন্থা অমগী মতুং ইন্না তৌরিবা অসিগী নোংদম্মীবা অত্তুস্ন নোংদম্মদে সুপ্পা ইথং থংখিদে, ইনৈ লৈনা পংথত্তুনা তুনত্তুনা লৈরম্মীবা অসিবু কনানা নিংসিংবা কংত্তুনা পাগ্গী লৈথুন মরম্ন কনানবু হায়খিবা। মঙাগী মতেংনা ওয়রিবা অসিবু, ওয়গনি হায়বা কনানা উত্তুনা তেংবাংনখিবা তাইবংপানবদা মথোং কায়াৎ অমা নায়ত্তুনা চেক লৈরিবা পোৎলম পুম্নমক অদগী মসা, অত্তুবু, হকচাং কৌই, অহকপা পোৎলম (মৈসিংসিংপক্তা) গী ময়ায়গী চাং অমগী মতুং ইন্না পোৎ অদুগী মরোং অত্তু ওয়রকই হায়ত্তুনা, পোৎ অদগী কায়াৎ অপুন্না অত্তুব হক চাং (= হকচাং খন্দহকপা) হায়না থংনৈ, অহকপা পোৎলমসিং অত্তুগী মসাগা সাগোম্নবা ময়াম মসিং খংগনি। পোৎলম তংখাই তারগা হায়বদি- পোৎ অত্তুগা, ময়ায় অত্তুগা সাগোম্নত্তুনা লৈনব্দগী ময়াম অত্তু চমখিত্তুনা, পোৎলমগা ময়ায় অত্তুগা পুমথাই থাই.নাক্নবদা. পোৎ অত্তুনা পোৎথি ভাত্তুনা মাংখ্রগা পোৎ অদুগী মসিং অত্তুস্ন মাংখে॥ ৭

মাংবা ময়াই মসিংদি, মথুংদবু তিনখ্রথি
মথুং ময়াম ভিল্লগা, ময়াই অমুক ফংজথি॥

মসু: মচেৎ ওয়েনবা, মপুংগদি মানদে
মতু সোনবা মরমনা, পাংদা মপুং ফাখিদে ॥
মপুং ওয়বা ময়াইগুম, অপোকপনা ওয়বনি.
ময়াই মতা [illegible], [illegible]বু ফংগনি ॥ ৮

পোৎলমমদগী থাইগোকপনা মাংখ্রিবা ময়াম্সিং অমুদি, মসাগী, মসু ওয়রিগী মৈ ঈসিং নুংসিং লৈপাক অদিগী মতামগী, মৈনা-মৈদা, ঈসিংনা ঈসিংদা, নুংসিংনা নুংসিংদা, লৈপাক্না লৈপাক্তা, অতিয়ানা অতিয়াদা চিনথরে। মৈ ঈসিং নুংশিৎ লৈপাক মতিমনা অতিয়াগা চিন্না মরোন অমুক চোংদুনা ময়াম অমুক কংফখি।

মতা অসিসু কোননিনবা লম থাওদবদি, মসু মচেৎ ওয়েবনা পাকপ মপুং ফাদবগী, মপুং ওয়রবা অপোকপশিংদি মানদে। ময়াম মচং থাংপদগী মতু সোনবা মরমনা ভেংবানববু পোকহৈবা অপোকপগী পাকপ মপুংদি ফংখিদে।

পোৎলম মতা অসিবু অপোকপনা ময়াম মপুং ওয়রদুনা চিংসিনবদগী পোৎলম মতাগী ময়াম মতামক চিনসিনখি। ময়াম মতা চিনবগী নিংসিংবা কাদুনা মসক-মচাও-মনম-মথান-সাক্লবা মতা অসি উৎপাক্না লৈ তাম্বা থংগনি ॥ ৮

পোৎ মতা চুবনি, ময়াই মতা ওয়বনি
ভেংবানববু মতাংনা, সু না চিনবা মরোকনি ॥

অমনা ঐনি হায়রে, অমমা সিন থুংখ্রে
য়োদবসু য়োক্তরে, উদবসু উক্তরে ॥
অমা ওইবা য়ারিদা, মপুগী হৌভম লৈরে
মপুগী হৌভম খংবদা, অপোকপবু খংজরে ॥ ১০

মতানা তিল্লগা অমা হায়বসি হেক ওয়বা মতমদগী অমা-অনি-অহুম-মরি-মঙা মথং মনাও খংথরে. তাইবং মরোং য়াম্মক্লে, য়াথঙ মতু ইমা কায়াং মরো হোংডক্লে কয়াং মতুং ইমা সিংলী তাংলী হৌথরে, কয়াং লাংকক মতু ইমা মিহুন তাভম ওয়মহুনা মিহুন মরোম তাথরে অনিম তরাং নায়হনা।

ময়াইনা পোকপা পোংলম্মি. পোংলমদা য়াওবা ময়ামনি, পোংলমগী সকক মখৈনা পোংলম মঙা তিল্লগা হায়বা অমা চোংথোক্লে "ঐনি" হায়না খংবরে. মপুং ওয়বা ময়ামনা সিনথুংবা চংথিল্লবা ওয়বা য়াবা মখৈ ওয়খরে. উরমদবা লৈরমদবা পুমমক উক্তরে।

অসুম তৌনা পোংলম মঙান তিল্লগা অমা হায়বহু ওয়বদা, অমা অহুমনা তেংবানবগী মপুনা শাইব সেম্মকপগী হৌভম মকম ওয়রে। হৌভম মকম অসিবু হেক খংজবদা তেংবানববু পোকশিল্লিবা, "অপোকপবু" খংগনি ॥ ১০

অপোকপনা লেপদা, তাইবং মখোন থোকথরে
তাইবং মখোন তারগা, হৌভম সাংকম খংজরে ॥

সাংপা লৈগী লৈনমবু, অথোইবনি হায়গনি
অথোইবগী মপুংবু ইবুংঙোনি খংগনি ॥
মৈগী মৈসা লাংখরে, ঈসিং-ঈরং হৌখরে
থুংসিৎ মরম কংখরে, লৈপাক মরোন হুনখরে ॥ ১১

হেংবানবগী মপু ইবুংঙো অপোকপনা মঙাগী ময়োন ওয়বা লেপ্পদা তাইবং পানবা পুম্নমক মিহুন মরোন লোৎখরে ইরাই ইনিন থোকখরে। ইরাই ইনিন তারগা, তাইবংপানবা উরগা, অউবা তাইবং অসিদগী লৈনহুনা, তাইবংদগী লাপথুবা, থুম্না লৈথরবা হৌভম-সাৎকমবু খংনরি।

ইবুংঙো, পোম্নসিন্দুনা ( মমসিন্দুনা ) লৈরম্নদগী তাইবং-পানবা পুম্নমক অসি ফুংদোক্লগে হায়দুনা অসাৎপা লৈগী লৈনমগী পান্দমগুম্না ফুংদোক্লিবা "মতিক" পু "মডাং" ( মঙাল ) লুবাং-থুমন ( থুমম হায়রিবা নতিক অহুম অসিদগী মডাং কোবা নতিক অহুম অসিদগী মডাং কোবা নতিক ( অথোইবা ) বনি হায়না খংজরে। অসিগুম্বা মাংভদবা, অথোইবা নতিক অসিগী চংজতমম্বু, ইবুংঙোদনি খংগনি। অসিগুম্বা ইবুংঙোগী মাংভদবা, ফুদোকপা ওম্বা নতিক অসিনা হেক ফুংদোরকপদা মসাদ, সাংগোম্নরম্বা মৈম্বু অসাবা ফুংদোকুনা মৈসা লাংখরে, ঈসিংম্বু লাংথোকতুনা ঈরং হৌখরে, থুংসিৎম্বু লেংবা-রোৎপা ওমহুনা মরম কাওখরে, লৈপাকম্বু পোকপা ওম্বা পাঙ্গল অহু ফুংদোকহুনা মরোন হুনখরে ॥ ১১

অতিঙা বোংদোন উখরে, পোংলম মবি তিনখরে
অমম অঙাব থায়খরে, ইচক ইরায় নায়খরে ॥
অক ফত্তা থায়খরে, মথক-মথা খংখরে
অয়াং-অনেম নায়খরে, মপী মপা থায়খরে ॥
তাইবং য়েনবু চুনবনা তাইবং লৌসিং ফংবনা
অরা-অনা থায়খরে, তাইবং মিতাথিবনা ॥ ১২

হে য়ায়ক পোইরবা চুবুংদো, চুবুংতোদা চংজরিবা নতিক অসিনা হেক ফুদোরকপদা, অতিয়া লোংদোন্না মপাম পোলোই-খিদবে, মৈ-ঈসিং নুংসিৎ-লৈলাক অ মনুং অতিয়া লোংদোল্দা তিনখরে। ময়ায় মসেন চাইনবা থাবা-থাবু পুম্নক চোথোক তুনা অমম অঙাব থায়খরে য়ারোন মচু ইন্দুনা হাচক চুনখরে, ইরাই হৌখরে।

তাইবংপানবা পুন্নমক তউবা অমা ওইহুনা মথক মথা খংখ-রে, মরোং-মতৌ ওনবনা অক ফত্তা থায়খরে। মচাক মথেল চাহুনা, মসানা মসাবু, পোকখরে মপী মপা থায়খরে, মচন মতুং ইন্দুনা অয়াং-অনেম নায়খরে।

তাইবং য়েনিং চুনবনা অরাম খোরা পোকতুনা তাইবং চিঙাক চাখরে, চিঙাকী ময়ায়না লৌসিংবু ফংবনা, চাখিবা, চিঙাকী ময়ায়দগী মতুং ইনা লৌসিংগী মচু ওন্দুনা তাইবংগী অপাম থোরাংখিবনা (মিতাথিবনা) অরা-অনা নংখরে ॥ ১২

য়াখল্লা মতোন লোম্নগা "পী-পা" অনিনা ভেংবানরুনা, চেন্নিবা, তাইবং ইচেম্নি হায়বা কাওখি, অপাম মুংসিগী য়াংমদা লৈখি। অতুগুম্বা অলোম্ব য়াখলদ তোংলবদি তাইবংনা লৈংহৌরবসু, মাওয়বা লোমরুনা, মপুগী মতিক ময়ায় সিংথাবিনবা লৈখিরোই, সিংথাবিনবা লৈতাবদগী মপুগী কুম্মেবু মপুং ফাখিরোই, ॥ ১৩

মতোন লোম্না কাবদি, মকুদগী হোবনি
হৌভমদগী হোবনি, লোইভমদবু লোইবনি ॥
মথক মখা থারুনা অপোকপবু সোনগনি
অপোকপবু সাল্লগা, অরানখুভম ফংগনি।
মাওরিয়াদি কুম্লোনা, তংরনবু শোনজরি
পূকনিং চেংনা নিওগা, ফংগনিবু শায়জরি ॥ ১৪
হু য়ায়ফবা, য়ায়ফবা, য়ায়ফবা।

তাইবংগী অপাম-মুংসি থারুনা" অলোম্বা য়াখলদা লৈখিবদি, অমসু সোরারেন্দা কাখিবদ, তাইবংগী অপাম-মুংসিদগী হোখনি। তাইবংগী অপাম-মুংসিনা হোরগা, থেংবানবদা লোইবনি। য়তোস্নুম্না থেংবামবগী মবুংঙো অপোকপনা মথক মখা ওয়রুনা লৈরিবা ইবুংঙোগী মতিক ময়ায়বু থিগনি, ইবুংঙোগী মতিক ময়ায়গী মডানতবু ফংলগা তাইবংগী অরাম-খৌয়াং লেম্নুনা

অবান থুডম ফংগনি। হায়তুনা নাওরিয়া ফুদোনা ততুনবু শোবজরি, পুরিং চেৎনা নিংডগা ফংগনি হায়না নিংজরি!

ওঁ য়য়ফবা

## মরিস্তুবা তাংকক্কী চেপ্লবা ঈচেল।

মতাবা তিল্লগা তেংবানবা হায়তুনা নৈরিব অসিমক, ইবুংঙো নঙোন্দগী থোকপনি। তেংবানবনা ওয়ৈডেদগী ওয়রকুবা, তাইবংপানবা হায়রিবা, অপাম-অুংসিগী মইথুম অমনা খুমখ্রবা, চিঙ্গাক্কী, ময়ামনা অরা খোৈরাংগী মসক ওয়রিবা অসিবু, অরা খোৈরাংদগী লাম্ববিবা, পুন্সি লোনোই যায়না পানবা পিনবা মপু ইবুংঙোদা নোঙ্গাসি, পুন্নমক্কী মখংগো মঙাক ৈপ হায়বসি কাওগঙ্গসি, পুন্নমক্কুগী থোইখ্রবা ইবুংঙোগী লম্বি তাল্লসি, লম্বীবু ফংতুনা ওাম্লগা লাইগী পোৗান কাওংসি পুন্নমক অসিবু ইবুংঙো নঙোন্দগী পোকপনা অপোকপা হায়বা হায়জগে. তাইবংপানবা পুন্নমক্কা অপোকপবু সাংগে মৈ-ঈসিং ফুংসিং লৈপাক অতিয়া হায়তুনা মতা স্থিরবাস, ইবুংঙোনা লেংদনা লৈতুনা কোমসিনবিবগী মতা অসিবু ৈপ হায়না খবনি। মতবুম্ব ইবুংঙোনা পোকপিরি মতানা ওয়বা তাইবংপানববুম্ব ইবুংঙোনা যাংহল্লি, নসাদগী থোকহল্লি, নসাদবু শিন্নহল্লি। ইবুংঙোগী নথক্কা অমমুক লৈখিদরবা পুন্নমক্কী মথক্কা সক্তিক-থবা ওয়তুনা চিক্লাঙাম্না লৈথরবা ঈপুরোইনি হায়জগে।

খেংথোক-খেংথোকখিবা মাইগৈদা, ইবুংঙো, নংগা মহোক ওইরম্বা, নংগী থবক ভৌতম মক্তা ওইরম্মী, তাইবংপানবা পুম্নমকসে থবকী মসক্কি. 'তৌরিবা পুম্নক অদো নংগী মাংতমদবা" অদুগনা ইবুংঙোবু হৈ হায়বা উৎথোক্লি। ময়ম অদুগা খেংবা খেংবা মাইগৈদা ইবুংঙোগী সক্তম মহুক্তা উজখি। ময়ম অসিনা তাইবং-পানবনা, মতিক নয়ামতবু খিংথৈ ওইনা সোমখি।

ইবুংঙোনা, ঈপাক ঈরেন ঈচাও ওইরম্বা নোং ওইনা চুম্বগী তাইবংপানবা থোকপিখি, তাইবং লুপদা তাইবং ঈচেল ওইরগা তাইবংপানবা সন্দোক্লি, চীংজাও চীংলেন ওইরম্বা মকোক লৈমজু ওইরগা লাইজা ঈসিং য়োক্লুনা, তাইবং ঈচেল চুংলুনা" খায়রক্পথোইনা লৈরিবা ইবুংঙোনি থংগনি। উচেক থোংনাও পাক্লবগুম মউ ওইনা লেপ্লুনা, পাক্কল মপুং অহেন্না লুজাও-সিংজী ওইরম্বা. তাইবংপানবা পুম্নমক্তা মনা-মসা ওইরবা লাইথোং মতোংদা তাইবংপানবা পুম্নমক মসাগা সাগোম্নমিবা, অপোকপানি। তাইবংপানববু পোকপিবা ইবুংঙো, নংগী অখিংবা অমমদগী, তাইবং-পানবসি হোৌখিবনি পুম্নমক অসি নংগী মসাদা, মায়োম থুংনা পুজা তিম্নুনা লোমখিগদৌরিবনি, ইবুংঙোগী মসাদগী হনবনি মখোৌজি? সাংপনি। তাইবংপানবগী থরাইপানবা পুম্নমক্তা মহোৌনা শিরবা মংরাম্না ইবুংঙোগী খিংথৈবু ভত্তনা সোনগনি, সোম্নবি।

ইবুংঙো', ওয়াড্রিং-লৈহ্রিংগী মশাংদা, ওমকচপ্রদবা-লৈপ্রবসবা লক্ষনি। "মেশিনসিংপ কা"বু থংজমদে, মৈ-ঈশিং চুপসিং-লৈপাক-অতিয়া হায়নসু থোকমদে, অইং অসা, অরোং (লেংবোংপা)

লৈরমদে, ময়ায় মসেন তিন্নজনা পাঙ্গল মপুং ফারমদে। অতিয়া (অতিঙা) সু মমশি, পুমমক্মজনা লৈরম্মী, তাইবংপানক সিমক থংখিদে। মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-লৈপাক-অতিয়া মগুামক মসানা, মসা থংখিদে, কনানা কয়াদা লৈ হায়বগী ঈরাং উৎখিদে, সাবোন থুংনা থুম্নম্মী কনানসু থংখিদে। অহিং নুংথিল কৌবা মতম লৈরমদে, অহাং-হাংদা নায়রমদে, অউবা লেংঙিপাম্লিবা অসিনা পথাপ সিন্থা অমাগী মতুং ইন্না তৌরিবা অসিগী নোংদম্মীবা অক্তসু নোংদম্মমদে, নুপা ইথং থংখিদে, লৈরমদে। ইলৈ-লৈনা পংথক্তনা তুমক্তনা, লৈরম্মীবা অসিবু কনানা নিংসিংবা কংক্তনা পাওগী লীথুন মরম্সু কনানবু হায়খিবা ? মগুাগী মতেংনা ওয়ম্মিবা অসিবু ওয়গমি হায়বা কনানা উক্তনা তেংবানখিবা ?

তাইবং পানবদা কায়াংমরোং অমা নায়ক্তনা হেক লৈম্মিবা পোৎ থুডিংগী মসা, অক্তবু হকচাং কৌই, অহকপসিং (মৈসিন-সিংপক্ত্যা) গী ময়ায়গী চাং অমগী মতুং ইন্না পোৎ অক্তগী মরোং অক্ত ওয়রকই হায়ক্তনা, পোৎ অক্তগী কায়াং অপুম্বা অক্তবু (হক+চাং)=হকচাং (থন্দা-হকপা) হায়না থ'নৈ, অহকপসিং অক্তগী মসাদা, সাগোম্বা ময়ায় মসিং থংগনি, পোৎ অক্তগা, ময়ায় অক্তগা সাগোমক্তনা লৈরম্বদগী ময়ায় অক্ত চমখিক্তনা, পোৎকা-ময়ায়গা পুমথাই থাইদোক্লবদা, পোৎ অক্তনা পোৎথি তাক্তনা মাংখ্রগা পোৎ অক্তগী মসিং অক্তসু মাংখ্রে।

পোৎলমদগী থাইদোকতুনা মাংখ্রিবা ময়ায়সিং অক্তদি, মসাগী, মতুং ওয়রিবা মগুামক্তা, মৈনা মৈদা, ঈশিংনা ঈশিংদা, নুংসিৎনা

সুংসিজা, লৈপাক্লা লৈপাক্কা, অতিয়ানা অতিয়াদা তিন্নথরে। মৈ-ঈসিং-সুংসিৎ-লৈপাক য়রিমক্লা অতিয়াদা তিন্নগা মখোন অমুক চোংক্লনা ময়াম অমুক ফংজখি। মশা অসিগু কোনসিন্নবা অম্রা য়াওব্রবদি, মহুং মচেৎ ওয়বনা পাঙ্গল মপুং ফাদবদগী, মপুং ওয়খিবা অপোকপগদি মানদে। ময়ামগী চাং য়াংপদগী মতু সোনবা মরম্না, অপোকপগী পাঙ্গল মপুং ফাখিদে। পোৎলম মশা অসিবু অপোকপনা "য়াম্ববী" ওয়হুনা চিংসিনবদগী পোৎলম মশাগী ময়াম মশামক তিন্নসিন্নখি। ময়াম মশা তিনবদগী "য়াম্ববী" ওয়হুনা, লিংসিংবা ফংদনা, থৌথরে, মসক মহাও-মমম মখোল-সোক্লবা মশা অসি উৎথোকতুনা লৈ হায়বা থংহল্লে।

মৈসিনসিংপক্ত্যা-মৈ-ঈসিং-সুংসি-লৈপাক-অতিয়া মশা হুপনি মশা অসিগী ময়াম মশা লৈগনি। মশা অসিনা অমগা, অম্রগা ভেংবাংনহুনা মথৌ লেপ্পা য়াদনা লৈখিবনা অমতা ওয়না তিন্নসিন্নথরে। ময়াম মশা অসিনা ভেংবাংনখিবদগী মসানা" মসাবু থৌহুনা মথৌ লেপ্পা য়াদনা অমতা ওয়না তিন্দুনা ভেংবাংবৈ হায়হুনা ভেংবানবনি (ভেংবানবনি) হায়নখি। ভেংবানবম্না ওয়বগী মথং মমাও পাওগী লীথুন মরমু মহাক্তনা তাকপিখি। মশানা ভেংবাংনখিবদগী মশাগা সংগোম্নরবা, মসক-মহাও-মমম-মখোল-সোক্লবা হায়খিবা কন্নাংবী অপাম্বসিং চোংথোরকতুনা লেংবা" য়োৎপা ওমহুনা লেংওয়দবা "লেংথরে" লিংসিংবা ফংহুনা সিং-ওয়দবা সিংথ্রে। চিম পান্দুনা, ডাংওয়দবা ডাংথরে, ম্রিৎ পান্দুরে। উমদবা উমরে।

মঙাল্না ভিল্লগা অম্না হায়রবসি হেক ওয়রবা মতম্দগী, অমদগী মঙা ফাওবা মথংমনাও থংখরে, তাইবং মরোং য়াম্থক্লে, থাখল মথুং ইন্দুনা কায়াৎ মরোং হোংজক্লে, কায়াৎ মতুং ইন্দুনা সিংলীতাংলী হৌখরে, কায়াৎ তাংকক মতুংইন্না মিহুন তাভম ওয়ন্থুনা মিহুন মরোম তাথরে অনেম-অরাং নায়ন্থুনা। ময়ায়না থোকপা লোৎলপ্পি, পোৎলম্দা য়াওবা ময়ায়নি, পোৎলমগী সরুক মথৌনা পোৎলম মঙা ভিল্লপা য়ায়রবা অম্না চোংথোক্লে "ঐনি" হায়না থংনরে, মপুং ওয়রবা ময়ায়না সিনথুংনা চংখিন্থুনা ওয়রবা য়াবা মথৈ ওয়রথরে, উরম্দবা লৈরম্দবা পুম্নমক উজরে। অদুম তৌনা পোৎলম মঙালা ভিল্লগা অম্না হায়রবু ওয়রবদা, অম্না অদুদা ভেংবানথগী মপুন্না তাইবং সেম্মকপগী হৌভম ওয়রে। হৌভম ম্রক্তম অসিবু হেক থংজবদা ভেংবাম্বরু পোকপিবা "অপোকপবু" থংগনি। ভেংবায়বগী মপু ইবুংঙো অপোকপনা মঙাগী মরোন ওয়ন্থুনা লেপ্পদা তাইবংপানবা পুম্নমক ]মিহুন মরোন লোরখরে, ইরাই ইনিন থোকখরে। ইরাই ইনিন তারগা, তাইবংপানবা উরগা, অতিবা তাইবং অসিদগী নৈরহুনা তাইবংদগী লাপথুবা থুনা লৈগ্রবা হৌভম সাৎকম্নু থংজরি। ইবুংঙোনা পোম্নসিন্দুনা লৈরম্দগী তাইবংপানবা পুম্নমক ফুদোক্লগে হায়ন্থুনা অসাংপা লৈগী লৈনমগী পান্দমগুম ফুদোয়ক্লিবা নতিকপু "মঙাং-লুরাং-পুমন" হায়রিবা নতিক অদুম অসিদগী মঙাং কৌবা নতিক্লনি হায়জা থংজগে। অসিগুম্না য়াংভদবা, "তিক" অসিগী চংজতম্নু ইবুংঙোদনি। য়াংজবা, ফুদোকপা গুম্না নতিক অসিনা হেক

ফুদোরকপদা নসাদা; সাগোলমরক্তা মৈনু অসাবা ফুদোকুনা মৈসা লাংথরে, ঈসিংসু লাংথোকুনা ঈরং হৌথরে, নুংসিৎসু লেংরোকপা ওমসুনা মরম ফাওথরে, লৈপাকসু পাঙল ফংহনা মমোন হুনথরে।

হে মায়ক থোইকরবা ইবুংঙো, ইবুংঙোদা চংজরিবা মতিক অসিনা হেক ফুদোরকপদা, অাংগম্বা নোংদোম্না মপান পোলোই-থিনরে মৈ-ঈশিং-নুংসিৎ লৈ াক মতিমকসু অতিমা থোংদোক্না তিনথরে। ময়াই মসেন চাইনবনা, থাবী-থাবুং পুম্নমক চোংথোক-হুনা অময়-অতান থাইথরে, যারোন মতুং ইন্দুনা ইচিক হুনথরে, ইরাই হোথরে। তাইবংপানবা পুম্নমক অউংবা অনা ওয়মনা, মথক মথা থংথরে, মরোং মতো ওনবনা অকৎক্ত থাইথরে; মঙ্গক মথেন্ন চাহনা, মসানা মসাবু, পোকথরে মপী মপা থাইথরে, মচন মতুং ইন্দুনা অরাং অমৈম নায়থরে। তাইবং মেনিং হুনবনা, অমাম-থোরাং পোকহনা তাইবং চিঙ্গাক চাথরে, চিঙ্গাক্তী ময়াইনা লোসিংবু, ফংবনা, চাথিবা চিঙ্গাকী ময়াইগী মতুং ইমা লোসিংগী মচু ওন্দুনা তাইবংগী অপাম থোরাংথিবনা অরানা নংথরে।

কনাগুম্বা, অপাম-মুংশি থাদোকপা ওমথিবনা, অপাম্বা লৈতবদগী, অসাওবা মিহৌবা অতুকপা, তুজুং, নাপল হায়রিবা লৌচংকী মেঙ্গবা তরুকমক মাখিহনা, অরা-অনা কোকথরে, অকা-মুংতায় কংজরে। অসুম্না ওয়রিবা তাইবংপান্দগী হৌতম মথি মথোংবু, থংজরবা মীওনা "মতিকী-ময়ায়গী" মথং মনাও পুম্নমক থংহনা পুক্নিংগী লম্বী ওয়রমথি। চাওথিবদা "অতিয়া" লিকথিবদা "মরিক" অনি অসিনা ইবুংঙোগী মসাগী, মচুং মপান ওয়রবগা,

ওয়াথিবা অউবা অসিদা লেপ্তনা, ইবুংঙোদা পুক্নিং থম্মগা, উদবা হৌভম্মগী লমৌবু থিগনি। কোগোম্না ঈসিংদা ভাকপগুম ঈসিংবা কোজোন পোকপগুম সক্লোম্ন সায়োম ভোল্লনা তাইথং তম্বং অসিদা হপ্পং হন্দা চৎলিবা হৌভম্ন মরুবু থংলগা পুক্নিং বায়েপ লৈতারকনি, বাথম্না মতোন লোম্মগা, মঙাম্না মাম লোইম্নবগুম, পী-পা, অনিবা ভেংবানহুনা চেম্নিবা তাইবং ঈচেম্নি হাপ্পবা কাওথি, অপাম্ন-খুংসিগী বাংমদা লৈথি। অহুঙ্গবা অসোঙ্বা বাথলদা ভোংলবদি মপুগী মডিক ময়াম্নবু সিংথাবিনবা লৈরোই, কুম্মেম্নু মপুং কারোই।

তাইবংগী অপাম খুংগি থাহুনা, অসোঙ্বা বাথলদা লৈথিবদি অমসুং লাইরেবাক্তা হ্নিনথিবদি, তাইবংগী অপাম্ন-খুংসিদগী হৌথিবনি। তাইবংগী অপাম-খুংসিনা হৌরগা, ভেংথানবদা লোই-বনি। মতোম্নুম্না ভেংবানবগী মবুংঙো অপোকপনা মথক মথা ওম্নহুনা লৈথিবা ইবুংঙোগী মডিক ময়াম্নবু থিগনি, মডিক মথাম্নগী মঙানথম্নু ফংলগা তাইবংগী অয়াম্ন খোয়াং লেন্দুনা অয়ান খুভম ফংগনি হায়না লাওথিম্না ফুংলানা ভস্তনবু সোজ্জনি, পুকনিং চেৎনা লিংঙগা ফংগনি হায়না নিংজনি।

## মঙাম্নুবা তাংকক।

থিংভি উবা ফংজদে, মিৎপু মঙাম্নি ফংহলদি
নাকোংনদি তাজদে, নাকোংদবু তাহলদি॥
অপোকপদি অম্নুনি, মহাকভবু লিংগনি
মহাকতম্নি মঙানবা, নাকোং-থিৎনি হায়বনি॥ ১

ইবুংঙো মহাক্তগী মঙাম্না মিং নাকোংনি হায়বনি, ইবুংঙোবু লৈরবদি মিংঙ্দু উবা ফংলোই, নাকোংস্ সাবা, ফংলোই, মিংঙি উদে, নাকোংদি তাদে, ইবুংঙো মহাক্তনা তাবনি, উবনি। মিং নাকোং হায়রিবা অসিদি ইবুংঙোনা, মৈসিরসিংপক্তা মঙাবকী মখোন ওয়নুবা, তাইবংপাদি পুনসি অমা, মহাক্তদি ওহাক ভাল্পমা, মতম অহুদা. ইবুংঙোনা শাননব. উননব কায়াৎ পাঙ্গলগী থোং অময়মনি, তারিবা উদিবা মহাক্তবু অপোকপা হায়বনু অহুমি হায়নুনা মহাক্তবু নিংগনি॥ ১

নাভোন মনম ফংজদে, লয়েং মহাও ফংজদে
হুকচাং ইথিন থংজদে, পুকনিং রাংথল লেপচদে॥
মনম ইচিক ফাওহলদে, লয়েং মহাও ফংহলদে
হুকচাং ইথিন ফংহলদে, পুকনিং নিংথৌ ওয়জরে॥
অপোকপনা মরুনি, অপোকপদি য়াথংমি
মহাকনা মরোন হাপপনি মহাকতবু নিংগনি॥ ২

অপোকপনা সৌরিবা পুময়কী হৌভম মক ওয়দুনা, ইবুংঙোনা নিংওকপনা নিংওক নিংওকপা অহুনা থোংগা য়াথং ওয়দনা পুকনিংনা নিংথৌ ওয়জরে অক-কম্বা পুময়ক রাথল রারেপচরে, পাওলয়পা সাগোম্নরিবা মসক-মহাও মময়-মখোম শোকনবা হায়রিবা ময়াই পুময়ক থংজরে, মনম ফংমদবা নাভোনসু খনম ইচিক ফাওজরে,

থহাও থংগুমদবা লম্মেংস্তু মহাও কংহল্লে, মোল্বা,-সৌবা, ইচিক-ইসা ইন্নিন থংথম্বদবা হনচাংস্তু ইন্নিন ক'হল্লে. ইবুং''ওগী পুকরিংদা অথংবা কাম্নাং মওাগী পাঙ্গল মথো হাপ্পিরে, মহাকনা মথোন হাপ্পনি মহাক্তবু নিংপন্নি ।। ২

লম্মেং থংবা য়াজবে, লম্মেং মরোন লোনহল্লি
থুংভি পাম্বা ওমক্তবে, থুংপুদি পাম্বহল্লি ।।
ওম্বহল্লিবা পুন্নমক, অপোকপদ্রি থংগনি
মহাকত্তবু সোনগনি মহাক্তবু নিংপন্নি । ৩

ইবুংঙোমা "ঐ" হায়বা হেক লেপ্লদা, 'মহৌসানা সিক্বা-মথৌ তৌথরে, থবক তৌবা কাম্নাং পুন্নমকস্তু মতিক ওম্বা ফুদাল্লে, লোংরোংবা য়াম্নমদবা লংয়েংস্তু চিন পান্দুনা মরোন লোল্লে পাম্বা, ওমমদবা থুংপুস্তু পাম্বা ওমহল্লে, ওম্বহল্লিবা পুন্নমক অসে, অপোকপনা "ঐ" ওম্বনা লপ্লগী ''মহৌসানা থবক তৌবনি, মতিক মম্নায় উংপনি, পুন্নমক অসিবু ওম্বহল্লিবা মহাক্তবু নিংগনি, মহাক্তবু সোনগনি ॥ ৩

খোংদি মিস্তন নৈলজবে, খোংগী খোংথাং থাংহল্লি
মুংসিং মরোন লোনজবে, মুংসিং মথম কংহল্লি ।।
অপোকপগী য়াথংনি, অপোকপবু খিংগনি
ওক্না ওক্না পুন্নমক, মহাকত্তগী মথিংনি ॥ ৪

ইবুংঙোনা লৈবনা মহৌসাগী তেম্বথোনা মিতম লৈজনা খোংবুন্নু. খোংগী খোংথাং থাংহল্লি মসুং থোংলোম হাংদুনা মতাক ঙথি থাদোকই, লুংসিং মরম কংহল্লি থকী থাগী থাম্নুনা, ইবুংঙোনা লৈবিদুগী পুম্নমক্কসু ওয়রম্মী. ইবুংঙোনা লৈত্রগা পুম্নমক্কসু লেপকনি ওয়বা ওয়দা পুম্নমক মহাক্তগী মরিংনি অপোকপগী থাথংনি অপোকপবু নিংগনি ।। ৪

মসুং পাঙ্গল লৈজদে, মসুং খৌরাম হাম্মিথি
পাংগল তাবা মাংথোইনা খৌরাম মথোম কংজথি ।।
অপোকপগী খৌঙ্গাননি, অপোকপবু নিংগল্লি
তেংবাননবগী পাংগলবু. মহাকতনা ওরবনি ।।
হনবা হনবা থুম্নমক্তে, হনবা হনবা নিংসংক্তে
ইবুংঙোগী খোগনবু ভোগে হায়না বাথেপক্তে।। ৫
হুঁ হায়ফবা হায়ফবা হায়ফবা ।

মথুং তাইবংথোং অমদি ঈসিংথোং ) পাঙল লৈরমগদবসু, অথৌবা, অমা নায়হনা তাইবংপানগী সন্দেকই, তাইবং থরাম থাদোকই, অসুম তৌনা 'মং নাকোং নাতোন-লয়েং-উরনসা অথংবা কাম্মাং মঙানে, খোং-খুং চিন-ঈসিংথোং অমাংথোং থরক তৌবা কাম্মাং মঙানে, কাম্মাং পাঙ্গল তারা অসিদা, পুক্নিং-থাথল-থাপল কৌবা অমগা মাওনা পাঙ্গল তম্নামাথোক্ই অসিবা থরাম মথোম অমা

ফংজথি। অপোকপগী থৌজাল্লি, ভেংবানবগী পাঙ্গলবু মহাক্তন্না ওয়বনি, অপোকপবু নিংগনি।

কু "তিক" তাগী লাম্হোক্লবা য়ায়ফ থোইরবা।

## মওাম্সুবা ভাংকক্কী ঈচেল।

ইবুংঙো মহাক্তগী মওাম্না, মিং নাকোংনি হায়বনি, ইবুংঙোবু লৈত্রবদি মিংসু উবা ফংলোই, নাকোংসু তাবা, ফংলোই, মিংথি উদে, নাকোংদি তাদে, ইবুংঙো মহাক্তনা তাবনি, উবনি। মিং-নাকোং হায়রিবা অসিদি, ইবুংঙোনা, মওামক্কী ময়োল ওয়ত্তুনা, ভাইবংগীদি পুনসি অমা হাম্বতুনা ওহাক লম্মশা, মতম অত্তুদা, ইবুংঙোনা তানবা, উননবা কায়াৎ পাঙ্গলগী থোং অমমমনি, তারিবা, উরিবা মহাক্তবু অপোকপা হায়বত্তু অত্তুনি হায়তুনা মহাক্তবু নিংগনি। অপোকপনা, তৌরিবা পুম্নমক্কী হোৎভম মরু ওয়ত্তু-না, ইবুংঙোনা মিংঙক নিংঙকপা অত্তুনা থৌদা য়াথং ওয়দনা পুক্লিং নিংথৌ ওয়ত্তরে, অক ফক্ত পুম্নমক রাখল য়ারেপচরে, পোৎলমপা সাগোম্নরিবা মসক-মহাও মনম-মথোল-সোক্লবা হায়রবা ময়ায় পুম্নমক থংজরে, মনম ফংঙমদবা নাকোনসু মনম ইচিক ফাওহল্লে, মহাও থংঙমদবা লয়েলসু মহাও ফংহল্লে, মোনবা সোবা ইচিক ইসা ইনিন থংঙমদবা হকচাংসু ইনিন ফংহল্লে, ইবুংঙাগী পুক্লিংনা অথংবা কায়াৎ মভাগী পাঙ্গল মথৌ হাপ্পরে, মহাক্না ময়োল হাম্লনি মহাক্তবু নিংগনি।

ইবুংঙোনা "ঐ" হায়রবা তক লেপ্লবা ' মহৌসানা সিন্থা মখৌ চৌখরে, থবক তৌবা কায়াৎ পুম্নমকসু মতিক ওয়না ফুদোল্লে. লৈংয়োৎপা য়ারমদবা লৈয়ংসু 'চন পান্দুনা মবোন লোল্লে, পায়বা, ওয়ৎদবা খুৎপুসু পায়বা ওমহল্লে ওয়হল্লিবা পুম্নমক অসে অপোক পনা "ঐ" ওয়না লেপ্লগী "মহোসান থবক তোবান মাতক ময়াম উৎপনি, পূম্নমক আসবু ওয়হাল্লিবা মহাক্কবু নিংগনি, মহাক্কবু সোনগনি। ইবুংঙোনা লৈবন', মহৌসাগী থেমথেংনা থিহন লৈতবা খাংবুসু, খাংগী খোংথাং হাংহল্লি, মখুং থোংলোন হাংহুনা ফুংসিৎ মবম ফ' ওহুনা মচাক মথি তাম্লোকই, ইবুংঙোনা লৈরিঙে পুম্নমকসু ওয়রম্মা, ইবুংঙোনা লৈত্রগা পুম্নমকসু লেপকনি ওয়বা-ওয়দা পুম্নমক মহাক্কগী মাবংনি অপোকপগী য়াথংমি অপোকপবু নিংগনি।

মখুং (তাইবংথোং অমদি ঈসিংথোং) পাঙ্গল লৈরমদবসু মখো, অমা নায়হুনা তাইবংপানবা সন্দোকই, অসুম তোঙ্গা মিৎ-মাকোং-নাতোন-লৈয়েং উনসা অথংবা কায়াৎ মঙানে, খোং-খুৎ-চিন-ঈসিংথোং-তমাংথোং থবক তৌবা কায়াৎ মঙাল্লে, কায়াৎ পাঙ্গল তারা অসিদা, পুক্সং রাথল-নাপল, কেবা অমগা য়াওনা পাঙ্গল তরামাথোই অসিনা থরাই ময়োন তম্না কংজবি। অপোক-পগী থোজাল্লি, তেংবানবগী পাঙ্গলবু মহাক্তনা ওয়বল্লি, অপোকপবু নিংগনি। পাঙ্গল মপুং তরামাথোইনা থরাই ময়োন ফংহুনা লপীবা অসিগী সাগৎলকপদি,—অকুপ্পা "সাথুপ" ' মসাদা, লুপাচিন্দুনা লৈবা ) ২৬ খকনা সাগৎলকপনি। মাহুদি.—

য়ীওথবগী য়াথলগী য়াংমদা লৈগ্রবা পুন্নশোই থোইগ্রবা (১ অম্না অসিদা, মহাকদা-হৌড়না সাবা-মঃহৌসা হায়বী অমগা (২) সুরে, মহৌসা অপ্পা অথোইবা অড়না লৈ হায়দ্রনা "অচংবা" অহুগা (৩) সুরে, অচংবা হায়রবত্নু ওয়বদগী পুকনিং য়াখল-য়াপল অহুয় থোয়ক্লে, অহুনা ৬) সুরে তরুক অসিদা সাগৎলকইবা মচাক মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক অতিয়া মণ্ডা অসি হাপ্লগা (১১) সুরে, তরা-মাথোই অসিদা মণ্ডাগা সাগোম্নরিবা ময়ায় মসক-মহাও-মমম-মথোম-সোকনবা মণ্ডা অসিগা (১৬) সুরে, তন্নাকরুক অসিদা লেপ্পীথা মপ্লোং অহুগী অথ'বা কায়াৎ, মিৎ-নাকোং-মাতোন লৈময়েং-চানসা মণ্ডা অসিগা (২১) সুরে, কুঃমাথোই অসিদা থবক তৌবা কায়াৎ পুৎ-থোং-চিন ঈসিংথোং অমাংথোং মণ্ডা অসিগা (২৬) সুরে। অমুক হেন্না অরাবা-মুংঙায়বা,-মৈবাইনবা হায়দ্রনা কয়াম্ভ মুনা মুলাইবা য়াদি। অমুখ তৌনা ওয়হল্লিবা ইমুংতোবু হন্না হন্না পুনবজৈ, ইমুংতোপী থোগঙ্গবু তৌগে হায়না নিংজদি।

### তক্লকম্নবা তাংকক।

মুখক পনথেং কনখনা, লৈকোন কায়াৎ কায়খরে
মণ্ডম ইবক লাকপম্না, য়েনগী-লৈথোং ফাংখরে।
তিন্নবা য়াদরে ইপুথৌ, চৈতেক মসিং লৌরখরে
থৌবায়নাদি থোয়াংজৈ, য়ায়থীনদি ওনখরে॥ ১

কপ্তুরা হেৎথাকদনসু মপুনা তাথিবা লখিদরে, চৌজরনগী মহৈ ওয়রে। য়ায়বা ঈফুৎ ঈনা ভাক্তুলৈ, তুবেন লাইথা মরু চোৎলি ৈউদা বাথন লোমি কৃজবয়বদি, পুনা নৈরাং অসে অসুক থুনা ৈমন চবখিবম্মোইদবনিদো হায়রনা পুক্কুনা নিংঙম্ন ভদনা অমুক্তা চপল্লবদি চেৎনা নুরা থমম্বগী হায়না নিংঙবসু, তাইবং পাও পুত্না চেক্কবকইবা ঈচেম্না অমুক হঙ্গৎনা চেনথৎলু হায়বা য়াখিদরে। পোৎলম মন্তা শিন্দুনা, ময়ায় মণ্ড নিংবদগী য়ায়বী অমা লৈত্না, য়ায়বাত্না থৌরম্মী, হকচা কাংপোৎ লোংত্না, ময়ায় অত্না চম্বথরক্কবা অত্নদদি য়ায়বা থরায সাৎথবা অহুম্মু মাংখ্রে কাংগী পোৎলোন সংখরে, ময়ায় চন্না পোৎলম মনা অত্নসু পোৎখি তাত্না মাংখ্রে, মরোং অমা লৈ হায়না নিংবসু মিৎকা ময়ায় ওয়খরে, উখিদরে, মপুং ওয়বা মরোংদা সাগোন্না ভিজ্রখরে। হেন্নপৎপত্নু নায়ত্রবা, মম্বেং ভাবম্নু নায়ত্রবা হেংবানবগী পোৎলম পুম্নমকপু মসাদা, পুথবা মপুং অদো মহাক্নুনা মপুংনি মরোং অহ্নুভনা অরেম্নি, মন্তামকনা পুম্নিভৈ, মডাগী ময়ায়মসু চম্রিদ্রভেদা, য়ায়বা অমা লৈত্না তাইবং কুম্মৈ য়াওরিভেদা, মরোং অমা মতৌ অমনি হায়না অহুক থংবরবনি ॥ ২

য়ায়বী মৈসা মুংখরে, লম্বী লমঙ্গাও ভানখরে
মালংবসু হুমখরে, লৈগী লৈনম পুখরে॥
ঈশিং ইচেল কংখরে, ইপাক ইচাও কংখরে।
য়ালেম লৈসা ফাওখরে, লৈসা ওয়না লৈহৌরে॥

অরেম্বু ওয়খরে, তাইবং কুম্মৈ য়াওবদি
অকিভ্রাবু ( অতিয়া ) ওয়খরে, মলেমন্নিবু নিংবনি॥ ৩

তৰং হৌতম থিগনি, তৰং মরম খংগনি
হৌতম মকম খংলগা, লাইরৈবাকপু ফংগনি ।।
নাওরিয়াদি ফুলোনা অপোকপবু সোনজরি
অফ-মুংতাম মরমনী, তরা খাদা চংজরি ।।
য়াইরকরিবা মরুপসিং, পুকনিং চেংনা তাবিও
ভোংবানবগী মপুবু, থৌরাম য়াওনা নিংবিও ।। ৫
অপোকপনা য়ায়ফরে, সিদবনা য়ায়ফরে
য়ায়ফরে য়ায়ফরে, ইপুরেইনা য়ায়ফরে ।।

তৰং অসিনা হৌরকইবা, তৰং অসিনা থিল্লুগদৌরিবা হৌতম মকম অদুবু খংলগা লাইরৈবাকপু ফংগনি হায়রদুনা, নাওরিয়া ফুলোনা অপোকপবু সোনজরি, অফ মুংতাম লগী তাল্লসি হায়রদুনা তরাখাদা চংজরি। য়ায়ফরিবা মরুপসিং ভোংবানবগী মপুবু থরাম য়াওনা নিংথিও, পুক্লিং চেংনা তাবিও ।। ৫

## তরুকন্থবা তাংকজী হৈচেল।

মথুং মতম মৌরক্তুনা পোমত্তুনা, লৈরম্বা কায়াং লৈবাং মাম্তুনা য়ায়বা য়েন্নো লৈরিক্তা পক্লিবা লৈহী চেক্করক্লে, অপাম থৌরাং পোকথরে, মিৎ নাংোংনচিংবা কায়াং তরাংকী অপাম্বী ইথক ইরাইগী পত্রবেংনা কর্মশননা, পূক্লিং বারকপা ভয়দনুনা থুমাং চাওসিনথিবদগী, লৈকোন কায়াং কায়থরে. কাং কায়াং কাহরবা, অদুবদি য়েনবী লৈথোং কাংত্তুনা পুন্নসি লৈয়াং অদো

মতম্‌গী ইপাকতা হৈধখরে, সঙ্গোম্‌ মপান্না সঙ্গোম্‌ ওয়বা য়াদংগুম্‌, লৈকোন্‌ লৈবুংদা তিনবা যাক্রে, চৈতেক্‌ মচিং সংথরে হায়নাদ, নয়োন্‌ মহী কংখরে, মতৌসুন্না থম্মোই লৈংকোন্না মক্করক্লবা অসিদ, থরায়না খৌরাংজরবস্থু, তেক্‌খংক্নদোরিবা য়ায়রীনদি ময়ায় চন্থরক্লে।
অপাম্‌ ইথক্‌ ইপোম্‌ অতুনা কন্না য়ৈখিবনা কায়াং চংছো চিক্‌থরক্লবা, তাইবং ঈচেন্‌ মরু কলক্লবা, য়ায়রী ইফুং ঈনাং তাকলক্লবা মতম্‌ অতুদাদি তৌজমনগী মতৈ ফংজদে, তাইব পানবগী মপুদা পুম্‌ খিংনা কপ্তুনা জেথাক্লদনস্থু মপুনা তাবিনা হৌখিদরে। য়ায়রী ঈফুং ঈনাং তাকক্লিরৈঙে, তুরেন্‌ লাইক্ল মক্ল চোক্লিরৈদা অসুম্‌ ওয়নি খংজরম্লবদি, পুন্‌সি লৈরাং অসে অস্তক থুনা লৈনন্‌ চন্‌খিরম্মোইদবানিকো হায়না, নিঙম্মকতদনা অমুক্ত তম্লক্রবদি, চেংনা চান্না থন্‌জগে হায়না নিংজবস্থু, তাইবং পাও পুতুনা চেক্করকইবা ঈচেন্না অমুক্‌ তঙ্গংনা চেনখংলু হায়বা য়াখিদরে। পোংলন্‌ মডা তিন্দুনা ময়ায় মডা তিনবদগী য়ায়রী অমা লৈহুনা, য়ায়রীতুনা তক্‌চাং কাংপোং তোতুনা দৌরম্মী," ময়ায় অতুনা চন্থরক্লবা অতুদদি কাংগী পোঁম্রোন হিংনতোক্লে, য়ায়রী থরায় সাথৌবা অতুস্থু মাংখ্রে, ময়ায় চয়বা পোংলন্‌ মডা অতুস্থু পোংথি তাতুনা মাংখ্রে, মরোং অমা লৈ হায়না নিঙম্মদো উখিদরে, মপু ওয়বা মরোংদা সাগোম্লনা তিনখরে। হেনগংপস্থু নায়জ্রবা, মরোং চাবস্থু নায়জ্রবা পোংলন পুম্মকপু মসাদা পুখিবা মপুং অদো, কতাকতনা মপুনি মরোং অতুতনা অরেম্লনি, মডামক্কা পুক্লরৈঙে," মডাগী ময়ায়নস্থু চন্‌জিরৈদা, য়ায়রী অমা লৈতুনা তাইবং কুম্মে

য়াওরিভৈদ', মরোং অমা মতৌ অমনি হায়দুনা অদুক থংনরম্বাভনি।

পুম্নমকপু চাক্লম্বা য়ু য়ুবী মৈসা মুংখরে, হকচাং ইন্নিন লৈথিদাংরে লম্বী লমজাও তানখরে অতিয়া নোংদোন্দা তিনখরে, পম্বা'য় মন্ডা ওয়দুনা, স্নাজোং নাপোম্ব জুম্মম্বা, খোইদৌ চুক্লী পাযম্বা" খাম্নম পনখেং সিংলম্বা, খোম্বী চবম তোরম্বা, হকচাং পুম্বা পুমম্বা, সাংবান নিসা পোকতুনা মকম ভাম্বা সিংলম্বানি সা'স্থ ম'লংবগা তিনদুনা হকয়াং মনম পুদুনা ছুনখরে, অতিয়া নোংদোন্দা তিনখরে, ঈশ্বু ঈসি ওন্দুনা কংখরে, অতিয়া নোংদোন্দা তিনখরে, মৈ-ঈশ নুংশিং অহুমকু। অতিয়া নোংদোন্দা তিনখরবা অহুবনি মালেম লৈমাম্বু লৈপি ওয়না তাদুনা অতিয়া নোংদোন্দা তিনখরে, মসাদা" মসা চংখরে অম্বাবা মুংডায়ব, নিংসিংবা ফংদুনা ভাইবং কুমৈম য়াওরম্বাদি অমেম্বা ওয়খরে, লৈপাক্লা সাবা হকচাংনি চায়না নিংডবদি অতিয়াবু ওয়রবমে।

ভাইবং হকচাং কায়'ং অসিদি, অতিয়া ভরং অসিগী কোঙ্গোম্নিবু হায়জগে, ঈসিংগী কোঙ্গোম্না ভক্লগা অতিয়া ভরংদা তিনবনি, অতিয়া ভরংগী ইথক ইপোম অদুদা পোংলম মন্ডা য়াওদুনা, মন্ডা অদুনা হিন্দুনা ভরং য়ুমজাও অমমম সারম্বানি, ভরং অদুগী লাখলভাবু ভাইবংপানবে থনবনি "ভাইবংপানবা পুম্নমকসু ভর নি ভর দ সঙ্গাই সারম্বানি। ভারং অসিনা জিকুংপংদোম্নিবা হৌভম মকম অদুবু থংলবা লাইরেবাক ফংগনি হায়দুনা ন ওম্নিম্বা ফুংগানা অপোকপবু সোনজরি, অফং-মুংডায় লম্বী ভাম্নসি চায়দুনা ভম্বা থ দ চজরি। য়ায়ফাম্নিবা মকপসিং ভেংবানবগী মপুবু থরায় য়াওনা নিংবিও, পুক্নিং চেংনা তাবিও।

## ভরেৎসুবা তাংকক্

অতিয়া সিদবা তরংনা হী ওয়বা
তেংবানবা পোৎলমবু নসানা পুরিবা॥
থুরুমজে তংগুনা অথোইবা লাই-ওয়বা
তেংবানবা থিবিকপু নহাকনা মোকইবা॥ ১

অতিয়া সিদবা ইবুংঙো, তরংইথক্কা হী ওয়হুনা তেংবান-বগী পোৎলম্, নসান" পুরিবা, পুম্নমক বাক্তনা লৈবাগী ইনিন খোনবু পোকহুনা অথোইবা লাইবু ওয়রিবা, তেংবানবা থিবিকপু নহাক্না হোকপিরিবা ইবুংঙোবু তত্তনা থুরুমজে॥ ১

সোরারেন লৈপাকপু নহাকনি হায়নরি
সোরারেন কমবানবু নংয়োননা লৈকরি॥
নহাককি নশানা লাইনিংথৌ ভাল্লিয়ে
লাইরেনবী সিদবী থোগনবু তৌবিয়ে॥ ২

১। অতিংকোক:— তেংবানবসি করিগুম্বা অমতা লৈ হায়বা থংহ দবা, সারোন থুংনা থুপচিন্দুনা লৈরম্বা, মমম্বা। (থুমম=থুমন)

১। অপিংকোক:— নহাক্না লৈ হায়বা থংহনগে হায়হুনা স্বদোরকপদা নসদা।" লৈরম্বা পোৎলম পুম্নমক্তা ইনিনথোন "ওঁ, নিং, পিং" অসিনচিংবা খোম্লাক্ত ইনিনগী মগুান হায়দোরকপাংমা, তেংবানবা হৌবা। (মগুান=মগুাং)

৩। (ক) অতিন+ডান=অতিডা (খ) অতিন+ = অতিয়. তেংবাঁনবসিগী মতিক ময়ায় পুম্নমক ফুদোক্লদুন, তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল পুম্নমক ফুদোক্লবা য়ারা ইনিন পুম্নমকস্তু মসাদা" অদুমক তিনবা লু+বাং= (লুরাং) হায়রিবা, হৌবা, ভুবা" লোইবা, তিক পুম্নমকপু ওয়হল্লিবা, পুম্নমকতাগী হানগ্রবা, সা + অরিবা = সরী, অদুগীসু হেম্না লীগ্রবা সরীরেন (সোরারেন) হায়বদা নহাক্কি হায়নরি, পুম্নমক্কী হৌভম ফম্বান অদে। নয়োন্দা লৈঙরি, নহাক্লা, পী, পা অনিমক স্থম্লনা পীদা পাম্বা চংদুনা লাইনিংথৌ ডাক্লিয়ে, লাইরেম্বী সিদবী থৌগনবু তৌরিয়ে ॥ ২

নহাকক্কি থৌজাননা ইরাংসু হৌরিয়ে
অথোইবা ভুরেলগি মপানবু পারিয়ে ॥
মহৈনা মরোংনা তেংবানবা মুংডায়স্রি
মচাগা মসুগা নুংডায়রি, য়ায়ফরি ॥ ৩

নহাক্কী নপুক মমুংবু, তাইবংগী মপান ওয়দুনা, মমুং তাইবং হায়বা অমা, মপান তেংবানবা হায়বা অমা অনি থোক্লা থাইরে," অনিমকতা নহাক্লা মমুং মপান ফাওদুনা, নহাক্কী থৌজাম্না মপান তেংবানবাসিগী অথোইবা ভুরেনগী মপানবু" পাদুনা অথোইবা লৈহাওবু পিরগা মহৈ-মরোং চাদুন তেংবানবা মুংডায়রি, য়ায়করি মচাগা মসুগা, মমুং তাইবংগীসু অথোইবা ভুরেনগী মপানবু" পাদুনা, তাইবং হুকচাং লৈহাও লৈহন্দুনা মুংডায়রি, য়ায়ফরি তাইবং ॥ ৩

নসানা লময়াওবু ওয়দনা লৈবগী
মপানবু নায়দনা লময়পাকপু ওয়বগী।
চৎনিংবা লমথৌদা মালংবা চৎলিয়ে
ভেংবানবা অপুম্বা মনিংবু থুংডিয়ে ॥ ৪

াসান মাপান পোলোই নায়দনা লমপাক লম্বাং লমজাও ওয়বগী, ালংবনা চৎনিংবা লম্থৌদা চৎভুনা সিন-থুংবা তাল্লিয়ে, মালংবগা ইরোইনভুনা পোৎলম পুম্বা য়াওবদগী ওয়বা য়াবা পুন্নমক ওয়ভুনা ভেংবানবা অপুম্বা মনিং থুংনা ফুদোকইয়ে ॥ ৪

মফমনা লৈবগি লমথৌনা চাওবগি
মৈসাম্মু লাংডিয়ে তাইবংগি মন্নমগি।
মহাক্কি থৌজাননা মালেমদি লেমজখি
তাইবংগি থিবিকপু মথকত্তা থোংজখি ॥ ৫

াম্বা লৈতবা (অথিংবা লৈতবা) নহাক্কী অহাংবা অসিনা য়াম্বনা লবগী লম্থৌনা চাওথিবনা লোম্বা নায়বা (অথিংবা নায়বা) নয়ায়-ফংনা মনিং তৌনা চায়নরকপদা নয়ায়সিংগী "ভিক" ফুদোরক্তুনা চাম্বী মৈস্মু হৌভুনা মৈসা লাংখরে, তাইবং ওয়নবগীদমক, নহাক্কী থৌজাম্না মালেমস্থ ময়োন হুন্দুনা তাইবংপানবা পুন্নমক মথক্তা থাংথুনা লেমজখি ॥ ৫

নোংজুথা ওয়দনা তাইবংবু য়োকপিও
লমদা-থা ওয়দনা ময়োনবু হুনবিও।
ভৎতনা মালংবা সিংপবু ওয়হনবিউ
য়ায়থৌদি মৈসাবু ভৎতনা লাংহনবিউ ॥ ৬

য়ারবান নাইনা চাওখৎপা, হক্সবা নায়রিবা, মৈ-ঈসিং-মুংসিং অতম্বক্কী য়াম্নোন কায়হনবিদনা, নোংজুথ ওয়হনা তাইবংপানববু য়োকপিও, লমদা-থা ওয়হনা মালেমগী মায়োনবু হুনবিও, মালংবা তক্তনা সিংপবু ওয়হনবিউ, তাইবংগী মরমগী মৈসাস্থু তক্তনা লাংংলবিউ ॥ ৬

উরীস্থু উপানস্থু নাপিস্থু সিংবীস্থু
ঈচেলস্থু হীদেনস্থু পাংচাওস্থু ইপাকস্থু ॥
মালেমনা তংতনা পমবস্থু ওয়সমু
তাইবংবান অপুমবা য়ায়ফনা পানসমু ॥
লাইনিংথৌ সোরারেন য়ায়ফবা পিনবিউ
লিসিংগি মিংয়েংনা তংতনা য়েংথবিউ ॥ ৭

মপান তাইবং অসিদা, মালেম লক্লা হৌরিবা উরীস্থু উপানস্থু নাপীস্থু সিংবীস্থু, মালেম থক্লা চেল্লিবা হীদেনস্থু পাংচাওস্থু ঈপাকস্থু মালেম্না তক্তনা পমহনা তাইবংপানবা অপুম্বা য়ায়ফনা পানসমু, মসুং তাইবংদস্থু তেংবানবগী কায়াং ফিহুপ ওয়রিবা মালেম হুকচাং কায়াংতা হৌরিবা তুবৈ-তুখোং পুমমক, মিহুন তাভম হীদেনস্থু তইবং ঈপাক মরুস্থু মালেম্না তক্তনা পমহনা তাইবং-পানবা য়ায়ফসমু। লাইনিংথৌ সোরারেন য়ায়ফবা পিনবিউ, মিংয়েং লিসিংনা তক্তনা য়েংথবিউ ॥ ৭

ঈসিংগি পুরেনজা য়াথংবু পিগনি
ঈসিংনা থৌরায়নি ঈসিংনা তাইবংনি ॥

ঈসিংগি ভৎভনা ভাইবংনা লাওজরি
কুমজা-থা থুদি.দা. ভৎভনা নিজরি ॥ ৮

মহৌনা শয়রকপা ভাইবংপানবনি, ভাইবংপানবা পুম্নমক মহৌনা থবায়নি, ঈরাঈ পু'রন্দা য়াথং পিনবিহুনা ঈসিংবু ভত্তনা পিবিউ, ঈপাক মক্ক ক.হনবিগনু হায়না কুমজা মতম পুম্নমক্তা ভত্তনা নিজরি ॥ ৮

অথৌবা থুংলাইবু নথুংনা পায়দনা
অভিঙা সাদোংগি মথক্তা তোংহনা ॥
হন্জবা পিবিক্তা য়াথংবু পিবিরো
মুংঙায়বা লমবীবু থৌজাননা সিনবিরো ॥ ৯

ইবুংঙো, নহাক্না অভিয়া ভরং হীথক্তা তোংঙাহনা মৈশী অসাবা ঈসিংগী অই বা, মুংসিংকী অসিংপা হায়রিবা হজবা থিবিক্তা পাঙ্গল থৌদা য়াথং পিবিহুনা, নহাক্কী থৌজান্না মুংঙায়বা লম্বীবু সিনবিরো ॥ ৯

য়ায়ফবা লৈবুনবু ভৎভনা চায়থবিউ
মুংঙায়বা মহৈবু ভৎভনা ফংহনবিউ ॥
লৈয়াংগি মুংসিবা মনমবু ফংজগে
মহৈগি অথুম্বা মহীবু থক্চগে ॥ ১০

য়ায়ফবা থৌজান লৈবুনবু ভত্তনা পিনবিহুনা, অবা-অনা, অকি-অথং লৈভবা লম্বীবু মতম পুম্নমক্তা ফংহনবিউ, ফত্তবা লমচংকী নমথীবা মনম পিবিদু, অফবা লমচংকী মুংসিবা মনম ফ.জগে পুক্লিং-চাকচা চুমজহনা অবা-অনা লৈভনা পুক্লিং লৈভানা লৈজগে ॥ ১০

ময়োক্না হানবনি থুদোনদা লোইবনি
ময়োক্তা কক্লগা মতোলম্ সু কংবনি ॥
মসাস্তু থাবগা মরুদি সিখিদে
যান্নিসি তাবগা অরা-না ফংজদে ॥ ১১

পুম্নমক অসিগী নহাক্না অহানবা ময়োক লেপ্ফুনি, তেংবানবসিনা নহাক্কী নসা কুয়োন থুদোন ওযহনা, মতিক নয়ায় পুম্নমক সিন-থুংহনা লোইবনি, নহাক্কী পাংথোকপা ওম্বা নতিক অহুগী ময়ায়সিং অহুনা নসাদা হেক তিনসিনখিবদা মতোন্গী মসক ওয়রবা তাই-বংপান অসি মাংগনি, লৈরম্বস্তু মাংখিবা লৈরমদবস্তু লৈরকপা মিকুপ থুদিংগী সংক্রান সায়োন্নিবা তাইবপান অসিদি মসা থাব-গুম্বনি, মরু ওয়রিবা নতোন্দদি মাংবা ওমদে, মন্নুং তাইবংপস্তু নহাক্না ময়োন লেপ্ফুনি, হকচাং কায়াৎ অসিনা মুযোম থুদে স্নি, লেপ্ফুদা কক্লগা মতোনস্তু কংগনি, সিন্নরেম্বীগী সিম্বা মতুংইন্না চাফু মথুম হাংবনদি মরুস্তু পান্না কংখিরোই, অসিগুম্বা নহাক্কী নতিক নয়ান্নগী য়াম্বাব থংজরবা মীওয় অহুদি অন্না-অনা ফংজরোই ॥ ১১

## তরেৎসুবা তাংকক্কী ঈচেন

অতিচা সিদবা, তরং ঈথক্না হী ওয়হনা তেংবানবগী পোংলম মৈ-ঈসিং-মু সিং-মৈপাকপু নসানা পুরিবা, পুম্নমক য তুনা লৈবগী ইনিন্থোন্যু পোকতুনা অথোইবা লাইব ওয়রিবা, তেংবানবা থিবিকপু য়োকপিরিবা ইমুংতোবু তত্তনা খুরুমজে।

১। নক্সিঙ্গ নয়াই পুম্নমক ফুদোক্তিং চৈ, নসাদা সায়োন থুংনা থুপচিন্দুনা লৈরিঙৈ, অময়মি হায়বন্থু থংবা, অঙানবমি হায়বন্থু থংদবা, ভেংবানবসিদা করিগুম্বা অমত্তা লৈ হায়বা থংখ্রিঙৈ মতম অচুম্বা পুনশিং ভেংলমই পুমকোক কোকলম্বী হায়দুনা, অভিংকোক কৌই, থুমজিন্দুনা মখসিন্দুনা লৈরম্বী হায়দুনা মতম অচুম্বী নত্তিকপু থুমম (থুমন) হায়না থংই।

২। নহাক্না লৈ হায়বা থংহনগে হায়দুনা নত্তিক ফুদোয়ককপদা, নসাদা লৈরম্বা মৈ-ঈশিং-মুংশিংনা চায়নবকচুনা ঊরাইথিন "ছঁ-নিং-পিং" অসিনচিংবা ইনিনখোন কাওয়কপদা, অকোকপদগী পিং-হায়বা ইনিনখোন লাকই হায়দুনা অপিংকোক কৌই, অমগা অমগা ভেংবানবা চৌবে, মঙান হাইদোয়ক্কে হায়দুনা মতম অচুম্বী নত্তিকপু মঙান (মঙাং) হায়না থংই।

৩। (ক) অহাংবা অসিদা, মৈ-ঈশিং-মুংশিং-লৈপাক চায়নদুনা মঙাঁমক্লা তিন্দুনা ঙাক্লে অত্তিন+ঙান=অত্তিঙা (খ) থোরক-ইবা য়ন্না ইনিন পুম্নমক অচুম্বু মসাদা অচুম্বক তিনখি হায়দুনা অত্তিন+য়=অত্তিয়া হায়না কৌই, তৌবা ওম্বা পাক্লন পুম্নমক মপুং কাক্লুনা য়ায়া চাওনা লৈয়ে হায়দুনা মতম অচুম্বী নত্তিকপু নু+বাং=নুরাং হায়না কৌই। অসুম্না হৌবা হুবা লোইবা তিক পুম্নমকপু ওয়ুহল্লিবা, পুম্নমকপী হানপ্রবা, সা+অরিবা=সরী অচুম্বমীচু হেন্না নীপ্রবা সরীরেন (সোরারেন) হায়বনো নহাক্কি হায়নবি, পুম্নমকী হৌডম্ব কবাক অদো নয়োম্বা লৈজবি, নহাক্না পী-পা অরিমক পুম্না, নসাবমী

থোকইবা ভাইবং পানবা পুম্নমক পীদা পাম্বা চংহুনা অনি অনিনা ওইরিয়ে। নহাক্কী নপূক মস্তুং অসিবু, ভাইবংপানবগীদি মপান পোলোইথিব্রবা মপান ওইহুনা, মস্তুং ভাইবং হায়বা অমা, মপান ভেংবানবা হায়বা অমা, অনিথোক্লা খাইয়ে, অনিমক্তা নহাক্লা মস্তুং মপান কাওহুনা, নহাক্কী থৌজাম্না ঈরংবু হৌহুনা মপান ভেংবানংবসিগী অথোইবা ভুৱেনগী মপানবু পুহুনা অথোইবা লৈহাওবু পিমগা, লৈহাও অহুনা মহৈ-মরোং ওইহুনা মাহ্ চাহুনা ভেংবানবা মচাগা মসুগা মুংঙাইরি য়াইফরি মস্তুং ভাইবংদস্থ সিংলী ভুঃৱন পুম্নমক্কী মপান পাহুনা, ভাইবং হৰচাং লৈহাও লৈহন্দুনা হায়ংবদি—মসা মউ ফহুনা মুংঙাইরি, য়াইফরি ভাইবং।

নহাক্কী অহাংবা অসিনা মপান পোলোইদনা লম্মাং লমজাও ওইবগী মালংবা সিনথুংনা চংনিংবা লম্বীদা চংলিয়ে, মালংবগা ঈরোইনহুনা পোংলম পুম্বা য়াওবদগী ওইবা য়াবা পুম্নমক ওইহুনা ভেংবানবা অপুম্বা মনিং থুংনা ফুদোকইয়ে। চাওখৎপস্থ নায়ব্রবা মরোং ভাবস্থ নাইদব্রবা, অখিংবস্থ লৈতবা নহাক্কী অহাংবা অসিনা য়াম্না লৈবগী লম্বীনা চাওখিবনা, লোম্বা নাইবা, অমনা অমবু অঙ্কিংবা লৈবা, চাওখৎপা, মরোংভাবা নাইবা নয়ায়সিংনা মনিং ভৌবা চায়নৱকপদা নয়ায়সিংগী ভিক ফুদোরক্লুনা কাম্বী মৈথু হৌহুন', ভাইবংপানবা ওইবনবগীদমক মৈমা লাংথয়ে, নহাক্কী থৌজাম্না মালেমস্থ মরোন হন্দুনা ভাইবংপানবা পুম্নমক মথকতা থোংহুনা লেমজখি।

রাথোন মক্কু ঈম্না চাওখৎপ', হয়বা নায়রিবা বৈ-ঈখিং-মুংখিৎ

অহুমকী ময়োল কায়হনবিংবা। নোংজুখা ওইহুনা, ঈশিং পিবিহুনা ভাইবংপানবব য়োকপিও, লমদংখা ওইহুনা মালেমগী ময়োল নানৌ য়েম্বিং হুনবিও, মালংমসু ওস্তুনা সিংত্থুনা হুকচিঙ লাংহনবিও ভাইবংগী মরমগী মৈসাসু ওস্তুনা লাংহনবিউ। মালেম থক অসিদা হৌরিবা ঊরীসু উপানসু নাপীসু সিংবীসু, মালেমথক্তা চেঙ্গিবা হী-দেনসু পাংচাওসু, ঈপাকসু মালেম্না ওস্তুনা পমহুনা ভাইবংপাব অপুম্বা য়াইফসমু, মসুং ভাইবংগীসু ক্ষেৎবানবগী কায়াৎ ফিতুপ ওয়-রিবা মালেম হুকচাং কায়াত হৌরিবা তুরৈ-তুখোং পুম্নমক, মিহুন তাওম হীদেনসু, ভাইবং ঈপাক মরুসু মালেম্না ওস্তুনা পমহুনা ভাই-বংপানবা য়াইফসমু, লাইনিংথৌ সোরারেন মিংহৈং লিসিংনা ওস্তুনা য়েংথবিহুনা, য়াইফবা পীনবিউ।

কোয়ো নোংমাদোন থক্তগী চুরকপা নেংনা, ময়োল মহী ওইহুনা মালেমগী থক্তা ভারগা মালেম্না নাওকম ওইহুনা ময়োল্ ছল্লগা ভাই-বংপানবা ওইরিয়ে, ভাইবংপানবগী মসুংদা অমুক অমনা অমগী অচাপোৎ ওইহুনা চায়গা ভাইবংপাবগী থরাই ওইনম্নি, ক্ষেৎবানবগী মত্তৌওম ভাইবংদসু ওয়হুনা, পাদগী চুরকপা নেংনা পীগী নাও-ফমদা তুংওগা ভাইবংপানবা সম্লোকই, ভাইবং কোজোম্না অমুক তাক্লগা অতিয়াদা ভরংদা অমুক তিঙ্গি. অসুম্না চংনা থেংক্লা লৈরিবা ঈশিংবু ঊরাই পুরেন্দা য়াথং পীনবিহুনা ক্ষেৎবানবগী ঈপাক মরুসু, ভাইবং ঈচেম মরুসু বংহুনবিগসু হায়না কুমজা মথম পুম্নমকতা ওস্তুনা নিজরি। নহাক্লা অতিয়া ওবং হীথক্তা তোংওহুনা মৈগী অসাবা, ঈশিংগী অঙৈবা, মুংশিংকী অসিংপা হায়রিবা হজবা

খিবিক্লা পঙ্গল থোংদা-য়াথং পিবিহুন, নহাক্কী থোজাল্লা শুংজাইবা লম্বীদু সিনবিয়ো। নহাক্কী থোজাল্লা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিহুজা। অরা না' লৈতনা পুক্নিং লৈতানা লৈজগে, পুক্নিং চাকচা কাযহনবিগম্ব। পুম্নমক অসিগী নহাক্ক অহানবা মরোক লেম্ফুনি, ভোংবানবসিবা নহাক্কী নশা কুয়োম থুংদান ওয়হুনা- নতিক নয়াই পুম্নমক সিনথু হুনা লোইবনি, নহাক্কী পা খোকপা ভম্বা নতিক অহুম্নী ময়াইশিং অহুনা নসদা হেক তিনসিনখিবদা মতোনগী মসুক ওয়য়বা তাইবংপানবসি মাংগনি লৈরম্বস্থু হেক মা থিবা লৈরমদবস্থু হেক লৈরকপা, তাইবংপানবা অসিনা মিকুপ থুনিংগী সক্লোন সায়োজিবা অসিদি মশা থাবগুম্বনি, মক ওয়রিবা নচোন্দদি মাংবা ভমদে, মজুং তাইবংদস্থু নহাক্ক ময়োন লেম্ফুনি, হকচাং কয়াং অসিনা কুয়োম খুংদাম্নি, লেম্ফুদা কক্লগা মতোনস্থু কাংগনি, সিনরেম্বীগী সিম্বা মজুং ইম্না চক্ষু মখুম হাংবনদি নক্কস্থ পক্লা কংখিরোই, অসিগুম্বা নহাক্কী নতিক নয়ায়গী য়াম্বীবু খজবরা মীওই অহুদি অয়া-না ফংজরোই।

## নিপানসুবা তাংকক

কৌরু চিংগী তি নোন্দা, সনাগী কোম্মুং ময়ায়দা
সনাগি সংগাই মত্থু দ', সনাগী থাগয় য়থাদা
লাই নিংথৌবা য়েংভাকয় লাইরেম্বীবা ওয়দাকয়
সনাগি তাংবল চিনায়বা, অনিয়ককি তুংবভম॥

মনাই চম্থু লিসিনা, সনাগি পেক্কাও থানদনা
চিক্না থোগন তৌবিয়ে, সাংমৈ হুমাংয় হুমদনা ॥ ১

কৌহুন + মক্কদ + চংগ্রব = কোকচৌগী চিংদোন্দা, তাইবং হক্চা অসিবু কোলিব কোপ্পুং ময়ায়দা, সনাগী সঙ্গাই মঙ্গুংদা হায়-বাদ কোক লেংফু মকুংদা কোলোংগা সিজীনা সনাগী থাগন ওয়হুনা সনাগী থাগন মথাংদা তাইবং ময়োন ফগ্গান অনিমক্কী তুনভমদা থবযথ যায়বীগা অনিমক্কী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ওয়হুনা য়েংক ওযগা ফনসগা, কযাং সিলা লিসিংনা মনা পেক্কাও খান্দুনা চিক্না থোগন তৌবিয়ে সাংমৈ হুমাই ওমহুনা ॥ ১

থাদী মাচেং ডাদনা, থোগন থোবম তৌরিয়ে
মনিন মশা নায়দনা, থোগন মকুং ইললিয়ে ॥
পুক্নিং মরা হোদনা, মোংবা হাবা লৈতনা
মিংয়েং লুনা য়েক্তরি, পথাপ ইকই কায়দনা ॥ ২

সিজী তং লী পুম্নমক্ক অমুক হংলবা লৈতনা মনিন মশা ইনায় মায়দনা অনিমক্কী থোগন থোবম তৌরিয়ে, অনিমক্কা নিংডক্পা মকুং ইমা থোগন মকুংতবু ইল্লিয়ে, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী থোগন সাইখিগনি হায়হুনা পুক্নিং মরাং হোইহন্দনা মোংবা হাবা লৈতন মিংয়েং লুনা য়েংক্তরি পথাপ ইকায় কায়দনা ॥ ২

কোম্নু মাইচৈগ মবিদা লৈগী লৈকোন নিংথিবে
মথল-মথা য়াম্রবা লৈগী মরূপ সাংথয়ে।

খোইমু মখোন তাবদি পামু সক্তম উপিদে
চিকনা মখোন তাবসু কৌজেং হায়ৌ নৈথিদে ॥ ৩

পুক্লিং, রাখল নাপন, তীং মরিমক অসিগী মসক ওয়রিবী য়াইবীগা পুম্নমক্পু থৌরিবা থৌরায়গা অনিমক্না য়েংকা ওয়গা ওইহুনা তাইবং হক্চাং অসিবু কোন্দুনা লৈরিবা, কোন্নুং অহুগী মাইগে মরিমক অহুদ, অতোবা, অমুবা অঙাংবা অসবা লোয়াম্বনচিংবা মচু মখন কয়ানা অসাংপা লৈগী মতৌগুম সাংথরে, সুমিৎ লক্না লিসিংনা ঙানবদগী হেন্না ঙানথরে, লৈকোন লৈবুং অদো ওস্থোক্না নিংথিজরে, খোইমুন লৈহী চুপকে হায়হুনা ঙংবগুম, উচিংখাইনা মি সুম্বগুম, পাংপী অনিগী সিচিংনা মসক ইউ উদনা ওস্থোক্না চিকপ্রবা মফম অহুদগী অঙংবা ইনিন অমা ঙংভি ॥ ৩

মসক ইউ উবনা লাইগী সরিক থিংথরে
চিংলোন তারেৎ লানহুনা মালংবসু থুলরে
ওনথোকনসু পুক্লিং হুই, ওস্থোকনসু নিংথিজৈ
মনিন মহা লৈতনা, চিকনা ঙাননা নিংথিজৈ ॥ ৪

লাইরেবাক কোন্নুং লেম্ফম্, মঙান পুম্নমক্কী তুনফন ফম্বান্দা, লাই-নিংথৌ লাইরেম্বী অনিন, ওয়-য়েং ওয়হুনা অনিনা অমা ওয়হুনা লৈথিবা মফম অহুদা, লাইগী মক্পপ থিবিক্না, সরিক থিংথরে, পুং য়েথরে, সেন য়েথরে, তৌদ্রি খোংথরে, পেনা খোংথরে, ময়াম অহুনা পুন্দুনা হারীনা খোংবগুম, খোইমুনা ঙংবগুম মতৌ অমা ওয়থরে, মালংবসু মালেন সিম্না থুংনা সিংলুহুনা তৌবা ঙম্বা পাঙল

পুম্নমক চিংখৎলুরে, মহীদগী ঈ, ঈদগী সা, সাদগী হাও, হাওদগী লু, লুদগী তোং, তোংদগী ময়োন (কম্বী) পুম্নমক চিংখৎতুনা মাংলেম লৈথোললুরগা মপু থোপনগীদমক থুংলরে, ওনথোকনম্নু নিংথিজরে, ওনথোকনম্নু পুক্লিং হুরে, মনিন মহা লৈতনা চিক্লা ডান্না ফজরে ।। ৪

তাইবংদগি থাপথরবা, ইরাও মথোন তাদরবা
উংচেক রায়া খিবিককি, মখোলনম্নু য়োদরবা ।।
লাইরৈবাককি কোম্নুংদা, থুমনা-থোইবা বাহৈনা
লাইরেম্বীনা হংখিয়ে, লাইনিংথৌবু য়েংহুনা ।। ৫

তাইবংগী অপাম থৌরাংগী অবানাগী চৈনা ফংখিত্রবা মফম, তাইবংগী ওয়বা অরাবা-মুডায়বা হায়বহুগী রাংমা, অচাবা-অপায়বা রাখন অঙকপা তুজুংবা পুম্নমক য়োবা ভমদরবা, অসেংবা-মুংডায়বা হায়বতু ওয়খরবা, মু ডাই থোইশরবা মফম অতুদা, লাইনিংথৌবু য়ে হুনা লাইরেম্বীনা হংখিয়ে ।। ৫

নোংদোনরেন খোমবা ইবুংঙো থৌজান মসক ওয়রিবা
ইবুংঙোগি নতিকপু, তেংবানবনা থংডিবা ।।
ইবুংঙোগি মফমদা, ননাইনবু হংজগে
তেংবানবনা হৌবগি, মরি মথোং থংজগে ।। ৬

হে নোংদোনরেন খোম্বা ভবং, নোংদোন ফাওরিব', ঈথৈ ঈহন ময়েবা ইবু ঙো, নহাক্না থৌজানগী মসক ওয়হুনা তেংবানবা পুম্নমক্তা সিন্না-থুংনা নতিক ময়ায় উৎথোকপদগী তাইবংপানবা ওয়হল্লিবা ইবুংঙোগী নফমদা ননাইনবু হংজগে, তেংবানবনা হৌবগী মরি মথোং হংজগে । ৬

অচৎ-চৎত পুম্নমক্, কনা য়েংনা লৈরিবা
করম্নবগী য়াথংনা, অচৎ-চৎত হায়রিবা॥
কনাবুনো কৌরিবা, কনাবুনো সোল্লিবা
কনা কৌবা, মরমনা, মথৌনাবু তৌরিবা॥?

তাইবংপানবদা অচৎপা চত্তবা হায়দুনা লৈরিবা লেংডি পাল্লিবা পুম্নমক্ অসিনা, কনা য়েংদুনা, কনানা মহোৎইদা থৌদা-য়াথং পিদুনা মাগী মাগী মথৌনাবু তৌদুনা অচৎ চত্তা হায়দুনা থংনরিবানো তাইবংপানবা পুম্নমক মথক থোবা অমা থমদুনা মাদুগী মতিক ময়ায়দবু সোন্দুদা পথাপ ইকায় কায়দনা। সিম্না মথৌ তৌনরিবা অসিবু হনা কিংদগীনো॥?

সুংসিদুনা তৌবরা, কিদনবু তৌবরা
মরম করি লৈদুনা মহোৎসাগী ওয়বরা॥
সুমিৎ-থাসু ডালিয়ে, অমম-অডান থায়রিয়ে
অপানবদি পুম্নমক, অতিডাদা লংডিয়ে॥

থরায় মীচাক অপানবা পুম্নমক্না অতিডা নোংমদোন্দা লংডি, সুমিৎ থানা অমম অডান থায়রিবা অসিবু মরম করিদগীনো মহোৎসাগীনা পুম্নমক অসিনা পথাপ ইকায় কায়দনা চৎলিবা অসিবু সুংসিদনবু তৌরিবরা, কিদনবু তৌরিবরা॥

অহাংবদি অতিডা, মপান পোলোই নায়থিদ্রে
চিক্না রাথন তৌবদা, রাথলনসু য়োথিদ্রে॥
অচৎ-চৎত থিবিকতি, মাডোনদবু তাংজরি

তাইবং চিনজাক ফংতুনা, মপানদগী ফংজরি।' ৯

অহাংবা অতিঙা অসিগী লক্মাং লমজাও অসিনা মপান পেংলোই নায়দবা মথৈ পাকংথ্র, মহাক্কী মথোং মতৌ অসি করিনো হায়দুনা চিঙ্কা রাখল তৌবদগী রাংমা লাম্বা ফংখিদরে অচৎ চত্তা হায়দুনা লৈরিবা লেংডি পাল্লিবা পুম্নমক অসিদি মগী মপুক মথুংদ লৈদুনা মাডোন্দা তাংজরি, ঈসিং-তুংসিং পুম্নমক মাথেংনগী থোক্লুনা মাদুনা তাইবং চিঙ্গাক ওয়দুনা; মহাক্কী মপানদগী তাইবংপানবনা ফংজরি। ৯

মৈ-ঈসিং-তুংসিংসু' ভেংবানবাসু য়োকলিয়ে
মালেম লৈপাক লৈমনা, তাইবংপানবা কোল্লিয়ে॥
মচৈ মথোং অচুম্বা তাইবং চিঙ্গাক ওয়রিয়ে।
তুরেন-ইচেল পাংচাওনা তাইবংপানবা য়োকইয়ে॥ ১০

মৈ-ঈসিং-তুংসিং অহুম অসিনা ভেংবানবগী থবায় ওয়দুনা মফম সিন্না চংলুনা ভেংবানবা হায়নদু ওয়রিয়ে, মালেম লৈপাক লৈমনা তাইবংপানবা পুম্নমক মতমবাক্তা পমদুনা কোল্লিয়ে, মালেম থক্তা চেল্লিবা তুরেল ঈচেল পাংচাওনা ঈসিং পিদুনা তাইবংপানবা য়োকপিরে॥ ১০

অক-ফম্ব থায়দুনা তাইবং দোখন তারিবা
নিংথৌ অমা নাইদুনা পুমনমকপু থেংডবা॥
লাইনিংবগী মরুপনা লাইবু ফংগে তাহিরে
মীপোক মীথোই অকবা; নিংথৌনিবু হায়রিয়ে॥ ১১

ভাইবংপানবগী মমুংদা মপাঙ্গল মরোমসিং অকবা লৈবাকপু মাকহংপা ঙম্বা অতুবু মি বগা তৌবগা মানৈ হাযত্তুনা নিংথৌ হায়না হায়রিবে, লৈবাক মরা তপকদনা অফবা রাখল লৈবাক ইসৌ লা গদবা ফত্তবা নাখন পুম্নমক ভাইবং বাখল্লা ফংতুবা, পুম্নমকপু লাক্কন।" লৈবাক মরা তপ্পবা, নিংথৌ অমা হাপ্পুনা পুম্নমকপু য়েংঙিরে, ভাইবংগী অপাম থোৎনাং থাংজোবগুবা লাইনিংবগী মরূপসিংনা নিংথিবা অতুদা যুংতুনা লাইবু ফংগে ভাজিরে। ১১

চরান চিনথী তৌবনা, ভমগী পুকচেন নিংঙিয়ে
মরোং মখল অহুমনা ভাইবং লমচৎ ওয়রিয়ে॥
তুরেল-লাবা অমোমনা ভংতনবু চেনথরে
ইসিং-ইপাক-ইচাওনা কোইনা থুংনা লৈথরে॥ ১২

চরান চিন্থী তৌবা কাংবুনা, পুক্রিং চাবচা বাম্মী, ভমথী পুকচেন চেল্লি, নত্ত লমচং চংলি নমজা নমথেক তৌতুনা মীগী মপোং পাম্মীরে, মতৌ অহুম্না অপাম থোরাং লেন্দুনা লাইনিং লম্বী ভানথিবা কাংবু অমা, মীথোই মীহেন তান্দুনা মীগী মকোক থোংবা ভানথিবা কাংবু অমা, নত্তা লমচৎ চত্তুনা চরান চিন্থী তৌবা, ভমথি পুকচেম চেল্লবা কাংবু অমা, অথোই-অহেন-অতোন হায়বা রাখল মরোং অহুম অসিনা ভাইবং লমচৎ ওয়রিয়ে, ঈসিং ঈপাক ঈচাওনা মালেম কোইনা থুংনা লৈরিয়ে, তুরেল লাবা অমোম মায়হুনা ভংতনবু চেল্লিয়ে। ১২

চিংজাও লবলেন লৈরিয়ে, ভমপাক-ভমমা থাইরিয়ে

নোংজু-নুংসা থায়দুনা, তাইবংপানবা পাল্লিয়ে ॥
উরি উপান থিবিবনা, নোংদোন থকপু তাল্লিয়ে
মরা সিংগি মথৈনা, লৈমুং লৈসা থিরিয়ে ॥ ১৩

চিংজাও চীংজেন কয়ানা তাইবং মীওয়বনা চংবা ঙমদদুবা লমদেম ওয়না কয়া লৈরি, তমপাক তময়া থায়দোক্লুনা লৈরিক লৈরাক থল্লিয়ে, নোংজু নোংসা থায়দনা নোংজুথা ওয়দুনা ঈসিং পিবিদুনা মহৈ মরোং চুমজরি," জুসা সাবিদুনা খোংগং খুংকদুনা তাইবং- পানবা মরাং কায়না" পাল্লিয়ে, মাজেম থক্তা হৌরিবা "উরী উপান পুম্নমক মসা মত্তোন পুম্নমক্তা নোংদোন তম্না হায়গৎলি মরা সিংগি মথৈনা লৈমুং লৈসা" থিদুনা মরা চেৎনা তারিয়ে ॥ ১৩

অঙকপনি লাইনিংথৌ মরি মখোং থংজগে
বাখল লৌসিং চমখরে, ৎনভম লৈত্তে হায়জগে ॥
মরম করি লৈদুনা, পুমনকসি ওয়রবনো
করমবগী বায়েলনা ঙেংবানববু লেপপনো।
পুমনমকী রারীবু মথং-সিংনা লিবিও
মথাক-চঙ্গ থমবিদু, নিংথি থোইনা হায়বিও ॥ ১৪

অঙকপনি লাইনিংথৌ ইবুংঙা পুমনমক অসি থল্লুবদা, বাখল লৌসিং পুমনমক চমখরে, পুক্লিং পম্মাংভম লৈজদে, মরি মথোং পুম্নমক থংজগে ইবুংঙোনা জাকপিয়ু, মরম করি লৈদনা' পুমনমকসি ওয়রিবনো, করম্বা রাম্মল অমদগী মঙ্গামক্লা পথাপ ইকাই কায়দনা ঙেংবাংনদুনা ঙেংবানবা হায়দুনা লেপ্পনো, পুম্নমকী বারিবু মথাক

মচন থম্বীদনা নিংথিনা মথংসিংনা লীবিও ॥ ১৪

মরু ওয়বা রাহংবু, লাইরেম্বীনা হংবদা
লাইরেম্বীগী রাহৈবু, লাইনিংথৌনা ভাবদা ॥
ভেংবানবনা হৌবাগী রাম্নী লিখুন পরেংবু
ভেংবানবগী মপুগী, কুম্ম মরোং খিবিরপু
লাইনিংথৌনা লিররকই, ইবেম্মগী মফমদা
মথং সিংনা হায়রকই ইপুরোইগী মরিদা ॥ ১৫

ভেংবানবা মপুনা সাম্নবা কুম্ম মরোং খিবিরকী অমস্থং ভেংবানবা হৌবাগী রাম্নী লিখুন পরেং থংদা ওস্লোক্ক লুখয়রবা থুপা লৈথররবা মরু ওয়বা রাহং, লাইরেম্বীনা হংজবা রাহৈবু, লাইনিংথৌনা ভাবদা," লাইনিংথৌনা, ঈপুরোইগী মরিদা মথংসিংনা লীহুনবা ইবেম্মগী মফমদা হায়রকই ॥ ১৫

পুক্রিং ভয়াংহনগদ্বু, য়াম্না লুবা রারিনি
চিথংহোবা মতাংদি, ইবেমমনা খিগনি ॥
ইপুরোইবু নিজুনা, রাম্নী রাহৌ হৌরগে
ইপুরোইবু সোনজুনা, পাংথেন লাইপাও হায়রগে ॥ ১৬

লাইনিংথৌনা হায়রকই-য়াম্না লুবা মতাংনি পুক্রিং ভয়াং ভসোইহনগদ্বু, পুক্রিংনা নিংগুরুপা অদে রাথম্না থজগা লৌশিংনা লৌশিন্দুনা ভীংদা পালহল্লু চিথ নাক্কহোবা মতাংদি ইবেমমনা কুপ্না খিগনি, ভেংবানবা পুম্নমক্কী মপু ওয়রিবা ঈপুরোইবু নিংজুনা ঈপুরোইবু সেন্দুনা, ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মথায়ম্ভনা পাওগী লিখুন ওয়রিবা পাংথেন লাইপাওবু হায়রগে রাম্নী রাহৌ হৌরগে ॥ ১৬

তেংবানবগী মপুদি, অপোকপনি হায়গনি
তেংবানববু, পোকপনা অপোকপনি খংগনি ॥
অপোকপনা হৌবনি, অপোকপনা লোয়বনি
অপোকপনা মথকনি, অপোকপনা মথানি
অপোকপনা পোকপনি, অপোকপনা লানগনি
অপোকপনা পুবনি, অপোকপনা থোরায়নি ॥ ১৭

তেংবানবা পুম্নমক অসিগী মপু অহুদি, মহাক্না পুম্নমক অসিবূ ওয়হল্লকপনা, পুম্নমকপু পোকহল্লকপনি হায়দুনা মহাকপু অপোকপা হায়না খংগনি, মাঙোন্দগী হৌদুনা পুম্নমক অসি মাঙোন্দগী লাকপনি, মহাক্না চিংসিন্দুনা মাঙোন্দা তিন্দুনা লোমগদৌরিবনি, মথক মথা পুম্নমক্তা মহাক্না লৈদুন, মথকসু মহাক্না ওয়বনি, মথাসু মহাক্না ওয়বনি, মহাক্না পোকপিদুনা তাইবংপানবা মসক খংজরে, মহাক্না অমুক চিংসিন্দুনা তাইবংগী অরা অনাদগী অমুক লানগনি, পুম্নমক অসিবু মহাক্না লংসুং অমতদ লেংদুনা পুবগুম্না মসাগা সাগেম্নদুনা পুবনি, মহাক্কী ফুদোকপা ঙম্বা মতিক ফুদোক্নুনা তেংবানবা পুম্নমকপু থোদুনা মহাক্না পরায় ওয়বনি ॥ ১৭

অভিভাবি লমজাওনা, হকচাং কায়াৎ ওয়বনি
হকচাং কায়াৎ মমুংদা, পোচং মরি তিনবনি
ভুরেল সিংলি লিসিংনা, ইচেল ওয়না চেনখরে
ভুরেল তাঙম নিহুন্না মফম খুদিং ওয়থরে ॥ ১৮

অভিভা লম্বাং লমজাও অসিনা হকচাং কায়াৎনি, কায়াৎ অসিগী মমুংদা মৈ-ঙৈশিং-মুংশিং লৈপাক মরিমক তিন্দুনা মঙাসুবা মপু অহু

ওয়বনি, মশা অসিনা ওয়রকইবা পুম্নমক অসিদি তক্কস্সুবনি, মৈ ঈশিং-মুংশিং-লৈপাক মরিমক অসিনা, চাওখৎপা ময়েংতাবা লৈত্রবা অতিঙা অসিদা মহৈ মহৈ অমনা অমদগী হেনবা তাম্নহনা চায়নরি তুম্নিম্না লেপ্তনা লৈবদি নত্তবনিনা মাগী মাগী তোবা ওবা পাঙ্গল অহু কুদোক্নমকপদা ঈসিংনা সিম্না থুংনা চেনখয়ে, ঈসিংনা সিম্না থুনা চেল্লিবা মরম অহুবু সিললী (সিংলী) হায়না কৌয়ে, পুম্ন-মকপু তুই হায়হুনা তুরেল সিংলী হায়না খংনরে, মপুংফগী চেম্থ-রকইবা ঈশিং অহুনা মপুং অহুদা অমুক চেনসিল্লকপদ থেনবা য়াবা য়াবা মফমদা েল্লয়ে, ঈথেন্ অহুদা, ঈচেন্ অহুগী ঈরাই অহুনা িকুন্ কুন্ভম ওয়হুবা মফম খুদিং লৈখয়ে ॥ ১৮

> অচৌবদি, তুরেলনা সিংলি অহুম ওয়হুনা
> হৌভমদগি হৌহুনা, লোইভমদবু লোইহুনা ॥
> চীংথকতগি চেন্হুনা, চীংখাদবু তাখয়ে
> লাইরেবাককি কোম্নুংদা, হৌভম চীংদোন ওয়খয়ে
> ইপুরোইগি হকচাংনা লমজাও লমহাং ওয়হুনা
> তেংনানবু মসানা, কোনগেবু নিংহুনা ॥ ১৯

অতিঙা লম্হাং লমজাও অসিদা, মৈ-ঈসিং-মুংসিং অহুম অসিনা চায়নরগা" মালেম লৈসা" চোংথোকপনি, অতিঙা হায়খ্রিবা অসিনা পুম্নমকী তুংনত্তমনি, য়েৎসিম্নহুনা, তুসিম্নহুনা লৈখিবা অচৌবা তুরেল ওয়হুনা লৈখিবদি, মৈ-ঈশিং-মুংশিং-অহুম অসিনি, ইপুরোইগী হকচাং লমজাও মসুংদা নিংথৌরেবাক কোপং ওইহনা মাহনা হৌভম

চিং দান ওয়খরে, পুম্নমকপু চীংথংলিবা চীংদোন অদুদগী অমুক চেম্প্রক্কনা চীংখা ওয়রি মালেমদা অমুক তাখরে, ইপুরোইগী মসানা তেবানবু কেংলগে হায়না নিংদুনা হৌভম অদুদগী অমুক হৌ, মাদুদা লৌ-ভম ওয়দুনা অমুক লোই অসুম্না চংনা থোক্লঃ তেংব মবু কোম্লরে ॥ ১৯

ইর-পুদেং ওয়খরে, ঈসিং মরোং সেমখরে
মচনশিংদি অথোইবা, ঈশিং হায়না হায়খরে ॥
হুসিং ইরং মন্নু দ' ইপুরোইনা লুপখরে
ইভারেনগী মরোংবু ইপুরোইনা লৌখরে॥ ২০

পোচং মচং অথোইবদুনা, ময়েন মহৌ ওয়দুনা ঈশিং হায়না হায়খরে, ঈশিং অদুনা ঈর ঈথক হৌরকদুনা ঈপাক-ঈচাও ওয়না থেনখরে, ঈর খুদেং সাদুনা ঈসং মরোং সেমখরে, ঈসিং অদুদা, ঈপুরোইনা ভাগী মরোং লৌরদুনা মতিক ময়ায় পুম্নক লোয়ননা ঈনুংবুংদা লুপখরে ॥ ২০

ইপুরোইনা লুপপদি লৈপাক লৈসা লিবনি
তেংবানবু মসানা, সেমগেবু নিংবনি ॥
ইপুরোইদি অপোকপা, নিংসংববু ফংদুনা
ইসিং-ঈরং ময়ায়দা, য়ায়ক্ক হুংয়াই ফংদুনা ॥
নোংদোন থকতা হুঙংলি, অমমবু ভালেহললি
ইপুরোইগি লৌসিংমু, থোইনা হেম্না চাওথংলি ॥ ২১

ইপুরে ইনা লুপ্লদি তে বানববু মসানা সেমগে নিংহুনা তাইবং কুদৈম ওইবনবা লৈপাক লৈসা লিবনি, ঈশিং ঈর ময়াইদা ময়োম্ন মাওফম অমংপগা, য়ায়জ খুংয়ায় যংহুনা, ঈপুরোই, তাইবং-পানববু পোকপিবা অপোকপনা নিংসিংবা ফংলহুনা য়ায়জা-হুংগায় পুম্নমক নোদেন থক্ত, হাইগংলি, অমসুবু ডংহল্লি, ডালহুনা ইপুরোইগী লোসিংসু থোইনা হেন্না চাপ্রবংলি ॥ ২.

যায়জ মডাল ফহুনা, লৈপাক লৈসা ফংরে
ইপুরোইনা লৈপাকপু, পুথংনব হোৎনরে ॥
পাগল থেকনা ঈনবদি, মালেম লৈপাক লে খিদ্রে
ইডারেনগী হকচাংনা, অকন শোৱম য়াংনিদ্রে ॥ ২২

থাবী থাবুং পুম্নমক্কী য়ায়জ মডান ফলহুনা, মালেম লৈপাক লৈসাসু ফংনরে তাইবগীদমক ঈপুরোইনা লৈপাকপু পুথংনবা হোৎনরে, ঈাংদ তাওরিবা ঈডারেনগী মরোংনা অকনবা শোৱম তৌবা য়াদবনা পাঙল থেক্কা ইনবদা মালেম লৈপাক লেংখি.দ ॥ ২২

থেঙ্গুরেনগী মরোংবু, ইপু রাইনা লৌহুনা
হকপরবা লৈসাবু, মথকতবু থোহুনা ।
পুথংপনি লৌসি বু, ইপুরেইনা থনংরে
পামবৈ পুনোং চাখিদ্রে, পাঙল ফিরেপ লেপথরে । ২৩

ঈপুরোইনা, হকথরবা লৈসাবু মথকতা থোংহুনা পুথংলগে হায়হুনা, থেঙ্গুরেনগী মরোং বু ইপুরোইনা লৌহুনা মথক্কা মালেম

লৈসা থোংহুনা পুখৎনবা লৌসি বু ঈপুরোইনা থনথরে, থেজ্‌রেনগী মরোম্ভ মখোং তেনবা মরমনা পাঙ্গল থুদোং চাথিদে, পাঙ্গল ফিরপ লেপথরে ॥ ২৩

ওকসালাবা মরোংবু, ইপুথৌনা লৌথরে
ভংচাও পাংগল পাময়বনা, মালেম লৈসা পুথংলে ॥
ইরাও মখোল নিনথরে, লৈসা ইনিন ভংথরে
মালেম লৈসা ফংবনা, ইপুরোইদি হুংচায়রে ॥ ২৪

ভেংবানবগী মপু ইপুথৌনা, ওকসা লাবা মরোং লৌরহুনা মালেমদু মকোক্তা থোংহুনা ভকচাওগী পাঙ্গল পাময়বনা, মালেম লৈসাদু পুথংলক্লে, মালেম লৈসা হাইগংলকপনা লৈসাগা লোয়ননা লৈসা ঈনিন ভংথরে, ইরাও মখোন নিনথরে, মালেম লৈসা ফংলহুনা ইপুরোইদু হুংচায়রে। ২৪

ইপুরোইদি হুমাংনা হিংচা য়ায়তম পোকখরে
তিলগি কাংগি মরুপশু মগাংগি পোকখরে ॥
হিংচা য়ায়তম মরুপনা, লৈপাক সিননা থুখরে
ইপুথৌগি থৌজালনা, মাংহনগেবু নিংথরে ২৫ ॥

ঈপুরোইনা মালেম লৈসা পুথংপা অহুম বারাদনা চেম্বরকপা হুমাংনা হিংচা-য়ায়তম খিবিক পোকখরে, তুবৈ তুখোং পুয়মক্কী মনিন মংোদগী পোকপা তীল-কাংগী মরুপশু ঈপুরোইগী মসাদগী অহুমমক পোকখরে, হিংচা-য়ায়তম মরুপ খিবিক্তা ঈপুরাইনা পুথংলকইবা লৈপাক অহু সিন্না থুংনা লৈথরে, পুয়মক অহুবু ঈপুরোইগী থৌজালনা তাইবং কুইরেগীদমক মাংহল্লগে হায়না নিংথরে। ২৫

অকনবগী সকতমবু, ইপুরোইনা লৌহুনা
পুমনমকপু হাংংরে, নোংসা মরোং ওয়হুনা॥
ইপুথৌগী পুকনিংদি চিক্লনা ইনা তপথরে
লৌসিং ময়োন মচংনা, লাইজ দৈবু সেমথরে ॥ ২৬

অকনবগী মরোং সক্কম নোংসা মরোং লৌরহুনা হায়বদি, "নোং" হায়রগা ঈসিং, মহী অমদি মহীনা ওয়রকইবা তাইবংবুস্তু থংনৈ, "সা" হায়রগা অহকপা পেংলম মচানা থিন্দুনা বরিগুম্বা মরোং অমা ওয়রহুনা, মরোং অমা লৈরবা, লৈরিবা পোং অচুগী উরিবা অপুম্বা মসা" অদুবু "সা" কৌই, তকনবগী সক্কম হায়বনা পুম্নমকপু লাকসিনবা চথা মসক হায়বনি, মাহৈ তসিনা পুনসিনগা তাইবংপানবগী মস্কুংদা লৈরিবা তাইবং মরোং পুম্নমক্কগী পুম্নমকপু লাকসিনবা চথা মরোং হায়বদু থাক্লে, পুম্নমকপু লাকসিনবা তথাদি তাইবং মীনি, ঈপুরোইনা তাইবং মীগী মরোং সক্কম লৌরহুনা ইপুরোইগী থৌরমদা অয়েংপা অপমবা লৈরম্বা পুম্নমক কা ওথংথরে, হাংথরে, ঈপুথৌগী পুক্নিং চিক্লা ইমা তপথরক্লুমা লৌসিং ময়োন মচংনা লাইজ দৈবু সেমথরে ॥ ২৬

নাতোন নাওলোম কানবদ, মুংসিং নিংথৌ পোকথরে
ইপুথৌগী মসাম্বু, মৈগী মুংদা চংথরে ॥
তাইবংপানবা মুম্বু, 'মৈদগী' চোংথোকখি
থৌবাম পানবা পুমনমক মতৌ মুমনা ওয়হুখি ॥ ২৭

ইপুথৌগী মসাম্বু" মৈগী-মুংদ চংথরে, কায়াং পাঙল মুরদনা নাতোন নাওলোম কানকপদা মুংসিং মরম কাওরক্লুমা মুংসিং

নিংথৌ পোকখয়ে' মতৌ সুম্না তৌহুনা মৈগী সুংদা চংথিবা, ঈপুরোইনা সায়োন্ তৌরকপা তাইবংপান্‌বা মুন্নবু মৈসুংদগী চোংপোকখি, থবায় নিংসা হোল্লিবা থবায় পানবা পুন্নমকসু মতৌ সুম্না ওয়রখি।' ২৭

তাইবং মীনা চিংববু মৈগী মচা ওয়খরে
তাইবং মরোং ফংবদা নিংসিংববু ফংথরে'।
অহল মডা তিনবনা অচৎ-চৎতা থোকখরে ॥
ময়াই মডা তিনবনা জেংবানবাবু থংথরে ॥ ২৮

ঈপুথৌগী মসানা" মৈগী সুংদা চংলগা, নাত্তোন নাওলোম কাপ্পদা হুংনাই নিংনাইরক্লুনা তাইবংমীনচিংবা লেংঙি পাল্লিবা অপুম্বা মীগী হুং-নিং হায়রবা ইনিনথোন অসিদগী পোকপনা, পুন্নমকপু মৈগী মচা ওয়খরে, তাইবং যাওরহুনা, তাইবং মরোং ফংজরবা অহুদনি নিংসিংবা যংজরে, মৈসিনসিংপাক্তা মডামক্তা তিনহুনা অচৎচত্ত পুন্নমক থোকখরে, পোংলম মডানা তিনবদগী ময়ায় মডা জেংবাংলহুনা, জেংবানবা হায়বসি ওয় হায়রবা থজরে ॥ ২৮

ইপুরোইগী মসানা ময়াই মডা সুবগী
ময়াই মডা তিনহুনা সুপনা অমা ওয়বগী ॥
উরী-উপান ছোথরে নাপী শিংবী ওয়থরে
সা-গী-ডা-গী মকুপসু মথন মথা মাংথরে ॥ ২৯

পোংলম মডানা ইপুরোইগী মসা ওয়বদা ময়ায় মডামক

মাচোম্দা সুনা লৈবগী ময়ায় মঙা অহুনা তিমরগা, সুপ্পা অমা ওয়রবগী মচাবা ওয়রিবা উঠী উপানসু হৌথরে, নাপী সিংথীসু গোকথরে, মঙা অহুগী মচন চা-গী মতুং ইম্না মনিন মথাংগী পোকপা তিল-কাং চায়দনা কয়া লৈথরে, জীসি দা লৈবা মথন, ক কান্দা লৈবা মথন সাগী" ভাগী মথন মথা কয়া য়াংথরে ॥ ২৯

ওয়থিবনা ওয়খরে লৈহৌবা লৈহৌরে
ওয়থিবসু লেপথরে লৈহৌবসু লেপথরে ॥
ঈপুরোইনা সেমবদি মহৌসুম্না লোমথরে
ইপুরোইগী য়াথংবু পুমনমক্না ইনথরে ॥ ৩০

মহৌ অসুম তৌনা ঈপুরোইনা সেম্বা মতোন লোমথরে, ওয়রবা য়াবা মথৈনা ওয়খরে, লৈহৌবা মথৈনা চা হৌরে, ওয়খিবা অহুসু ওয়থিবা মথন অহুনা লেপথরে, লৈহৌবা অহুসু অমুক ওয়রকতরে লেপথরে, পুমনক অসিনা ঈপুরোইনা নিংবা মতুং ইন্না মহাক্কী কুমৈগী মংক পথাপ ইকাই কাইদনা মহাক্কী য়াথংবু ইনথরে ॥ ৩০

ইপুথৌগী মতিকনা ইপুথৌগী মথাইনা
ইপুথৌগী য়াথংবু লোইবা য়াদে চায়বনা ॥
অতানবনা ওঃনথরে অমনবনা মথহৌরে
অচংপবা চংথরে চংতবনা লৈহৌরে ॥ ৩১

কুংদোকপনা কুপোকই, সাংভোকপনা, সাংভোকই, উমসিনবনা উমসিল্লি, অথোই-অহেন-অভোন হায়রিবা ঈপুথৌগী মতিক-সিংনা মথৌ ইলেপ লেপ্পা লৈতে, অচাকপনা চাকই, অইং-বনা ইংই, অসিংপনা সিংলি, ময়োন চোংবদা মযোন চোংলী, লেংদবনা লেংদরী মসক-মহাও-মনম-মথোন-সোক্কবা পুম্নমক অসি উত্তুনা মতিক্কা ময়ায়না ঈপুথৌগী য়াথংবু সোইবা য়াদে হায়দুনা, অচংপনা চংথরে, চত্তবনা লৈহৌরে ॥ ৩১

ঈপুথৌগী পুক্নিংনা পুমনমকপু ওইখিরে
ভেংবানবগী খিবিকপু অসুমনবু ওয়খিরে ॥
ভেংবানবগী মপুনা পোংলম-পেংচং সেমখিখি
চিঙ্গাক চাবা খিবিকনা লৌথংদুনা চাজখি ॥ ৩২

ভেংবানবগী মপুনা, ভাইবংপানবগী ওয়বা য়াবা পোংলম পেংচং পুম্নমকপু য়ংদুনা সেম্বীখি, ঈপুরোইগী পুক্নিংদগী পুম্নমক ওয়হন্দুনা ভেংবানবা অপুম্বা মতৌ অসুম্বা ওয়খিয়ে, মহাক্না সেম্বীরিবা ভাইবংপানবা অসিগী মচুংদা চিঙ্গাক চাবা" মথেনা লৌথত্তুনা চাজরি" চিঙ্গাক্কী ময়ায়বা অবোইবা লৌসিংবু কংদুনা ইবুংঙোগী মতিক ময়ায়বু খংজখি ॥ ৩২

খংদবনা উজদে চাবা মনিং থুংজদে
ইপুরোইগী থৌজানগী মখি মথোং লিখিদে ॥
নিংনা উপাল মউনি অথংবগী লাইকয়নি
ভঙ্কা থুযোপ য়ারু-ওইবা মসাদবু লৈবনি ॥ ৩৩

ভাইবংপানবগী মসুংদা লৈরিবা মথন লৈপাক্কগী চোৎবা পাম্বী, ভীল-কাং, উচেক রায়া, সা-ডা অমসুং ভাইবংমী হ'য়দুনা লৈরিবা মথনসিং অসিগী নসুংদা ভাইবংমী নত্তবা অতৈ অসিদি "ঐগী ঐনা ঐগী" হায়বা নাপন অসি লৈতে, য়াথল মপুং ফাদবগী মপুগী কুমসু মপুং ফানা উদে, মপুনা পিনবা চিজাক থুম্না হাওনা লৈরিবা পুম্নমকপুসু চাবা" ফংদে, প্রুম্নমকপ্র হেক্সীবা মপ্র অমা লৈ, চীরায় ভক্তা থুদোপ মসাদা" লৈদুনা মাঙোন্দগী ভাইবংপান প্রুম্নকসি ওয়য়কপনি, নিংনা উপাল মরুনি অথংবা হায়বদুগী হৌয়ককম লাইকল্লি হায়দুনা ইপুরোইগী থৌজানগী মরি মথোং লৈখিদে ॥ ৩৩

থমবাল মত্তা লিসিংনি মপান লিসিং সুমনি
মপীদুসু থমবালনি মনাওদুসু থমবালনি ॥
পোৎচং মচন মানৈয়ে উকম মসিং য়ামথিয়ে
সীংসক থংবা মুম্নুনা মতাল ফনা চৎচৈয়ে ॥ ৩৪

মহাত্মা অসাৎপা লৈমাং থম্বালগী মতৌগুম্না সাংলগা মাঙোন্দগী ভংনবা লৈত্তনা সম্মককইবা মরি মত্তা" অদুদি মসিং মখা লৈখিদয়ে, মরি মত্তা" অদুদগী মহেমহ চোংদুনা হৌরককইবা মপানদু" মসিং মখা লৈখিদয়ে, মপ্রুং ওয়রিবা মাঙোন্দগী ওয়রক-পনিবা মনাও ওয়রিবা ভাইবংপানবদু পোৎচং মচন্সি চপ মাইয়ে, উকম মচুং ইন্দুনা মথোং মসিং য়াম্বগি, অদুম্না ওয়রিবা ভাইবংগী উচেম অলিম্ব বাংজবা মীওয় অদুনা ইপুরোইগী মতিক মমায়গী মতাল ফনা চৎচৈয়ে ॥ ৩৫

থাম্মিসিবু ভাবগা ভাইবং লৌশিং ওয়গনি
ভাইবং ইচাও ইপাকপু সোইদনবু লানগনি॥
মপু মনাই ফুলোনা অপোকপবু সোনজরি
ভাইবং মরূপ থিবিকপু সোনবিউ হায়না হায়জরি॥ ৩৫

অসুম্না ওয়রিবা ভাইবং মপুগী কুমদৈ মথোং অসিবু, পুক্নিংনা থাখলদা নৈনরবদি লৌশিংনা লৌশিনবা ওয়রদুনা, ভাইবংগী লাম্বোকপা এম্বোক্না হায়বা অপাম্ব থৌরাংগী ঈপাক ঈচাওবু সোয়দনা লানবা ওমগদবনি হায়না নিংজদুনা, মপুগী মনাই ফুলোনা অপোকপবু ভংডনা সোনজরি, ভাইবং মরূপ থিবিকসু সোনবিদুনা মপুগী থৌজাম্মা অম্না অনা পুম্নমক খোকপিউ হায়না হায়জরি॥ ৩৫

নিপাল স্থবা ভাংক্লৌ ঈচেন।

ভাইবং মথোং খায়াৎ অপুম্বা অসিগী পুম্নমকপু চিংজিবা হায়বনি; মাঙোন্দা পুম্নমক্না সাংক্লরিবা, মাঙোন্দগী পুম্নমক সিংন্দোক-থকইবা," অথংবগী লাইফম ওয়রিবা, অরাংবদা লৈরিবা কোকপু কৌব্রচৌংগী চিংদোন খৌই, মকম অদুদা পাং-পী অনিদক্লা পুম্না" লৈরিবা সনা সজাইনি, ভাইবংপানবা অমা ওয়দুনা লৈরিবা হকচাং খায়াৎ মথোং অসিবু কোক্নি হায়দুনা কোম্লুং হায়রম্না খৌই, মকম অদুদা থবায়গা থাম্বীগা অনিনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ওয়রদুনা, অসাংবা লৈরাংবা লৈরিক্লা, অনিমক্লা ওয়রিবা মথোং অদুওম্না চিক্লা ভাম্না লৈরগা, ভোলোম্বা সিংলীনা হায়রবনি, থাংগী

লুজাওনা সনাগী থাগন মরোং ওয়, কায়াং সিংলী পুন্নমক্কা সানা পেজাও ওয়. লেংছিপালি পুন্নমক্কা সায়ৈ হুমাই কমঙ্খুনা চিক্কা থোগন তৌবিয়ে।

সিংলী ভাংলী পুন্নমক্কা মথৌ ইচেপ লেপ্তুনা অহিং ছুংথিল নায়রনা মাগী-মাগী মথৌ তৌবি, মিহুন থাহুম পুন্নংক্কা মিস্কুপ পুংজা পুথি, চেঙ্খোকপনা চেঙ্খাকই, চেনসিনবনা চেনসিল্লি, সৌগৎপনা সৌগৎলি, লৌসিনবনা লৌসিল্লি, থাদোকপনা থাদোকই, মতৌ অস্তুম্মা মোংবা-হাবা লৈতনা, অমনা অমদা ছুংনকনঙ্গু লৈতনা, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা সম্মিবা কুমমৈ অদু মপুং ফানবা হায়রুনা অমসুং য়ায়বীকোন লৈয়াং লৈমন চন্দনবা হায়রুনা মিৎয়েং লুনা য়েংহুনা পথাপ ইকাই কায়রনা মপু থোগন তৌবিয়ে।

পুক্সিং, থাথন, নাপন, ভীং মরিমক অসিগী মসক ওন্নরিবী য়ায়বী হায়রিবী ফসিদি হত্তৌসা কৌবী লাইরেম্বীগী মসানি” মহাক্তি মুপীনি, মহাক্কা থবক পুন্নথক তৌবনি, মতিক পুন্নমক মহাক্কীনি, অসিগুম্নবা মতিক চেন্নবী য়ায়বী অসিদা, পুন্নমক্কী অথোইবা “পা।” অহুনা চংহুনা লৈ, মরম অসিনা ভাইবংপাঃমমদা লৈরিবা পুন্নমক অসি “পা।” অনিনা পুন্দুনা” ওন্নবনি, পা পীনা পুন্দুনা” উৎলিবা মসক মরোং অদুবু য়ায়বীকোন হায়না থংনমে, য়ায়বীকোন অদুগী মপ্তোম অদুদা “পা”গী ফুদোকপা ওস্বা অদুনা ফুদোকমক্তনা থমায় পুন্নমক থোয়ে” হায়রুনা “পা”বু থমায় হায়না থংনবে, মতৌ অদুম্মা পা-পী অনিনা পুন্দুনা “লৈরিবা মকম অদুদি

ওন্থোক্লা লিংখিজয়ে, কোমূং মাইগৈ মরিমক অতুদা, অভৌবা, অমুবা অঙাংবা অসংবা, লোয়াম্বনাচিংবা মচু মথম কয়াবা অসাংপা লৈগী মতৌগুম্না সাৎখয়ে, মুথিং লক্ক লিসিংনা থোকপদগী হেন্না ওানখয়ে অনিমকী ফুংনজম "ওয়রিবা লৈকোন লৈবুং অদো ওথোক্লমক লিংখিজয়ে; পা-পী অদিগী চিংনরকপা লিচিং অতুনা মসক ইউ উদবা থোইমুনা লৈহৌ চুপকে হায়হুনা ঙংবগুম, উচিথোয়না যি শ্বাগুম্না ওনথোক্লা চিকপ্রবা মকম অতুজা পাদগী অঙংবা অখোংবা ইনিন অমা ফুদোয়ক্লী।

মতৌ অসুম্না লাইবৈবাকী কোমূং ওয়রিবা লেমফু, মঙান পুম্নমক্কী ভুংনজম" কপ্পান্দ, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা ওয়-য়েং ওয়হুনা অনিনা অমা ওয়হুনা লৈরিবা মকম অতুদা, লাইগী মকপ খিবিক্লা, সরিক খিংখয়ে, পুং সেন যৈখয়ে, তৌজি পেনা খোংখয়ে, ময়াম অতুনা পুন্দুনা" হারৌনা খোংবগুম, থোইমুনা ঙংবগুম, লাক্ক-ওমজবা মতৌ মরোং অমা ওয়না লিংখিজয়ে, মালংবসু মপু খোগনগীদমক নোংখোং থুংনা কোইক্লহুনা" ভৌবা ঙম্বা পাজল পুম্নমক চিংখৎলুয়ে, মহীদগী ঊ, ঊদগী সা" সাদগী হাও, হাওদগী লু, লুদগী তোং, তোংদগী কম্বী অসুম তৌনা সায়োন" ভয়েংমক চিংখৎহুনা মালেম লৈথোম্নবগা মপু খোগবদীমক খুংলয়ে, ওথোংক্লসু পুক্লিং হুয়ে, মনিম মহা লৈতনা চিক্লা ঙাম্না কজখে।

তাইবংপানবগী অপাম থৌরাংগী অরাবাগী চৈনা কংখিত্রাব? অরাবা হুংঙায়বা হায়বহুগী বাংমা, অঙকপা ফুজুংবা পুম্নক্লা থোবা ওথথবা, অসেংবা হুংঙায়বা হায়বহু ওয়থবা, হুংঙায়

থোইদ্রবা থকম অহুব', থরাম্বদ: ম্লাকপীনা হংজখিয়ে। হে নোংগোমরেঙ খাম্বা ইবুংঙো মহাক্না ভবং নোংপোন কাওহনা অভিয়া ভবং অসিগী মতৌ ঈহন ওয়হুন, তাইবংপানবগী পোৎলম পুরমকপু কসাদা" মাওহনা মহাক্না থোজানবগী মসক ওয়হনা ভেংবানবা পুরমক্তা পিয়া তুংনা মতিক নয়ায় উংথোকপদগী তাইবংপানবা ওয়হন্নবা ইবুংঙোগী নকখদা, মনায়নবু হংজগে, ভেংবানবদা হৌবগী মরি মথোং খংজগে, তাইবংপানবদা লৈরিবা, অচৎপা চত্তবা জেংছি-পারিবা পুমনক অসিনা, কনা য়েংহনা, কনানা মহোইদা থোজা মাথ' পিহনবা মাগী মাগী মথৌনাবু হৌহনা অচৎ চত্তা হায়হনা থংনরিবনো, তাইবংপানবা পুমমক্না মথক থোংবা অমা থমহনা মাহুগী মতিক ময়াম্বদবু সেংন্দুনা পথাপ ইকাই কায়দনা সিস্তা মথৌ ভৌনরিবা অসিবু কনা কিবদগীনো।

খরাম্বগী মচাক ওয়রিবা (থরান মচাক) অপানবা পুমমক্না অতিঙা লোপোলদা লত্তিবা, তুংলিংন থানা অমম অত্তান থায়রিবা অসিবু মরম করিদগীনো, মহৌসাগী থা, পুমমক অকিম্বা পথাপ ইকায় কায়দনা চৎলিব অসিবু সুংলিদনবু ভৌরিবর, খিজনবু ভৌরিংমা। অহাংবা অতিঙ' অসিগী লম্মাং লমজাও অসিন', মপান" পোপোই নায়মদবা মথৈ পারথরে মাহাক্কী মথোং মতৌ অসি কথিনো হায়দুনা চিক্না মাথল ভৌবদ্রু বাথম্না লাম্বা ফংখিদরে, অচৎ-চৎত্তা লৈরিবা জেংছি পারিবা পুমনক অসিদি মগী মপুক মজুগদা লৈহনা মাঙোন্দ' ভাংজদি, ঙসিং তুংসিং পুমনক মাঙোন্দগী থোজ্নানা মাহুনা ভাইব' চিজাক ওয়হনবা, মহাক্কী মপান্দবু তাইবংপানবদা কংজদ্রি। মৈঙসিং

হুংসিং-অহুম অম্নিনা ভেংবানবগী থরায় ওয়হুনা মরুম সিন্না চংহুনা ভেংবানবা হায়বহু ওরবিয়ে, মালেম লৈপাক লৈমনা তাইবংপানবা পুন্নময় মতমবাক্তা পনহুনা কোক্লিয়ে, মালেম থক্তা চেক্লিবা হুয়েল ঊচেন পাংচাওনা ঊশিং পীহুনা তাইবংপানবা য়োকপিযে ।

তাইবংপানবগী মমুংদা মপাঙ্গল মরৌশিং অফবা লৈবাক্কপু য়াক্কহংপা ওন্বা অহুবু নিংবগা থোকপা খাইমে হায়হুনা নিংথৌ হায়বা হায়নবি, লৈবাক মরা ওপকদবা অফবা রাখল, লৈবাক ঊসৌ লাংগদবা কম্ভবা রাখল পুন্নমক তাইবং রাখম্না কংহুনা, পুন্নমক অহুবু লাক্কবা লৈবাক মরা ওপনবা হায়হুনা নিংথৌ অমা হাপ্পুনা পুন্নমকপু য়েংঙিয়ে, অপাম-খোরাং থাদোকপ্রবা লাইসিং-বসিংনা নিংবিবা অহুদা ফুংহুনা লাইবু ফংগে তাক্লিয়ে । হুয়াল চিন্থী তোবক্তা পুক্কি চাকচা কাম্বী, ওমথী পুকচেল চেক্লি, নত্তা লমচং চংলি, নমক্তা নমথেক তৌহুনা মীপী মপোৎ পাম্বী, মত্তো অসুম্না অপাম-খোরাং লেন্দুনা লাইনিং লম্বী তানথিবা কাংবু অমা, মীপোই মীহেন তান্দুনা মীপী মকোক থোংবা তানথিবা কাংবু অমা, নত্তা লমচং চংহুনা হুয়ান চিন্থী তৌবা, ওমথী পুকচেল চেনবা কাংবু অমা, নংত্তা লমচং চংহুনা হুয়াল চিন্থী তৌবা, ওমথী পুকচেন চেনবা কাংবু অমা, "অখোউ-অহেন-অত্তোন" হায়বা রাখল মখোং অহুন অম্নিনা তাইবং লমচং ওরবিয়ে, ঊসিং ইপাক ঊচাম্নবা মালেম কোইনা ফুংবা লৈবিয়ে হুয়েল লাবা অহাম মায়হুনা ভংতমবু চেক্লিয়ে । চৌক্কাও চৌলেন কন্নানা লমলেম ওয়রবি, ওম্পাক ওমম্না থাইদোকহুনা লৈবিক লৈমাক

থল্লি, নোংম্মু নোংমা থাম্লদনা নোং চুহুনা থহৈ মরোং চুমজরি মুংসা সাহুবা খোংগং খুৎকাংহনা তাইবংপানবা মরাং কায়না পাল্লিয়ে, মালেম থক্তা হৌরিবা পাম্বী পুম্নমক মসা মতোন পুম্নমক নোংদোন ভম্না হাইগৎলি, মরা সিংলী থবৈনা লৈসা মুংদা মরা চেৎনা তারিয়ে।

অঙকপনি লাইনিংথৌ ইবুংঙো, পুম্নমকসে খলুবদা, বাখল লৌশিং পম্নমক চমথরে, পুক্লিং পম্বাংভম লৈজদে, মরি মথোং পুম্নমক থংজগে ইবংঙোনা তাকপিয়ু, মরম করি লৈদনা পুম্নমকসি ওয়রবনো। করম্বা বায়েল অমদগী মঙামক্তা পথাপ ইকাই কায়দনা ভেংবাংনহুনা ভেংবানবা হায়রহুনা লেম্ননো, পুম্নমকী বারীব মথাক মচন থম্বিদনা নিংখিনা মথংসিংনা লৌবিও।

ভেংবানবা মপুনা সাম্নবা কুমৈ মবোং খিদিকী অমসুং ভেং-বানবা হৌবগী বারী লৌখুন পরেং থংবদা ওংম্বাক্তা লুখরবা, খুপনা লৈখরবা মক ওয়বা বাহং, লাইরেম্বীনা ফংজবা বাহৈব লাইনিংথৌনা তাবদা লাইনিংথৌনা, ইপুরোইগী মরিদা মথংসিংনা লৌহুনা ইবেমগী মকনদা হায়রকই, য়াম্না লুবা মতাংনি পুক্লিং ওয়াং অসোইহনগনু, পুক্লিংনা নিংঙকপা অদো রাখম্না থল্লগা লৌসিংনা লৌসিন্দুনা তাঁংদা পালহল্লু চিৎথ নাম্বহৌবা মতাংদি ইবেম্মনা কুপ্না খিগনি, ভেংবানবা পুম্নমকী মপু ওয়রিবা ঈপুরোইবু নিংহুবা, ঈপুরোইবু সোন্দুনা, ইবুংঙো মহাকী মতিক ময়াম্নভনা পাওগী লৌখুন ওয়রিবা পাওলেন লাইপাওবু হায়রগে রাবী বাহৌ ছোয়গে।

ভেংবানবগী মপু অহুদি, মহাক্না পুম্নমক অসিবু ওয়হল্লকপদা পুম্নমকপু পোকহল্লকপনি হায়রুনা মহাকপু অপোকপা হায়না থংগনি, পুম্নমক অসি মাঙোন্দগী হৌহুন। মাঙোন্দগী লাকপনি, মহাক্না চিংসিন্দুনা মাঙোন্দা অমুক তিন্দুনা লোমগদৌরিবনি, মথক্কসু মখাদসু মহাক্না লৈহুনা, মথকসু মহাক্না ওয়বনি মথাসু মহাক্না ওয়বনি, মহাক্না পোকপিহুনা তাইবং পানবা মসক থংজবে, মহাক্না অমুক চিংসিন্দুনা তাইবংগী অৱানাদগী লানগদৌরিবনি, লিক্লাগী মরিক্না মরি তৎনবা লৈহনা ঈপাক ঈচাওগা। সম্নখিবগুম তাইবংপানবা পুম্নমক অসিবু মহাক্না লংসুং অমত্তা লোংহুনা পুবগুম, থাংহুনা চিংহুনা মসাগা সংগোম্নগা পুবনি, মহাকী ফুদোকপা ওম্বা মতিক অহুনা ফুদোকতুনা ভেংবানবা পুম্নমকপু থৌহুনা মহাক্কনা পুম্নমকী থবাই ওইবনি। অতিঙা লম্চাং লমজাও অসিনা হকচাং কায়াৎ ওয়হুনা কায়াৎ অসিগী মসুংদা মৈ-ঈসিং মুংশিৎ-লৈপাক মরিমক তিন্দুনা, মঙানা তিল্লবা, মঙাস্থবা মপু অহু ওইবনি, মঙা অসিনা ওইয়কইবা পুম্নমক অসিদি মহাকী মতিক ময়াই উংথোয়কপা তক্লকশুবনি, মৈ-ঈশিং-মুংশিৎ-লৈপাক মরিমক অসিনা চাওখৎপা, মৱেংঙাবা লৈত্রবা অতিঙা অসিদা মহৈ মহৈ অমনা অমদগী হেনবা তাম্লহুনা চায়নরি, মাগী মাগী তৌবা ওম্বা পাঙ্গল অহু ফুদোক্লরকপদা ঈসিংনা সিল্লা থুংনা চেনগ্রে, ঈসিংনা সিল্লাথুংনা চেল্লিবা মরম অহুবু সিনলী (সিংলী) হাইনা কৌরে, পুম্নমকপু তুই হায়হুনা তুরেল সিংলী হাইনা থংনরে, মপুদগী চেম্বরকইবা ঈসিং অহুনা মপু অহুদা অমুক

চেনশিল্লকপদা থেংবা য়াবা য়াবা মফমদা থেল্লয়ে, ইথৈন অহুদা ঈচেন অহুগী ঈয়াই অহুবা মিহুন তাভিম ওয়হুনা মপুগী মিহুন তাওম্না মফম থুদিংদা লৈথয়ে।

অভিঙা লম্মাং লমজাও অসিদা, মৈ-ঈসিং-মুংসিং অহুম অসিনা চায়নরগা মালেম লৈসা" চোংথোকখি, অভিঙা হায়রিবা অসিনা পুম্নমক্কী তুংনভম্নি" য়েৎসিন্দুনা তুসিন্দুনা। লৈরিবা অচৌবা তুরেল ওয়হুনা লৈরিবদি, মৈ-ঈসিং-মুংসিং অহুম অসিনি, ইপুরোইগী হকচাং লমজাও মফুংদা নিংথৌরৈবাক কোম্মুং ওয়হনা মাহুদা হৌভম চিংদোন ওয়থরে, পুম্নমকপু চীংথংলিবা চীংদোন অহুদগী অমুক চেম্বরক্তনা চৌ-থং ওয়রিবা মালেমদা অমুক তাথরে, মতৌ অহুম্না ঈপুরোইগী মসানা" তেংবানববু কোনগে হায়না নিংহুনা হৌভমদগী অমুক হৌ, মাহুদা লোইভম ওয়হুনা অমুক লোই চংনা-থোক্না তৌহুনা তেংবানবাবু কোন্নিয়ে।

পেংচং মচং অথোইবা অহুনা, ময়োন মহী ওয়হুনা ঈসিং হায়না হায়থরে, ঈসিং অহুনা ঈয়ং ঈথক হৌরক্তনা ঈপাক ঈচাও ওয়না থেমথরে, ঈয়ং থুদেং সাহুনা ঈসিং মরোং সেমথরে, ঈসিং অহুনা, ঈপুরোইনা তাগী মরোং লৌবাহুনা মতিক ময়াম পুম্নমক লোইনবা ঈহুংবুংদা লুপথরে। ঈপুরোইনা লুম্নদি তেংবানবাবু মসানা" সেমগে নিংহুনা তাইবং কুমদৈ ওয়নবা লৈপাক লৈসা" থিবনি, ঈসিং ঈয়ং মমায়দগী ময়োন নাওকম অসাংপদা, য়ায়ক মুংয়াম কংহুনা ঈপুরোই অপোকপনা নিংলিংবা ফংলহুনা য়ায়ক মুংয়াম পুম্নমক নোংথোন থকা হাইগংলি, অমম্বু তানহল্লি, তাল্লহুনা

ঈপুরোইগী লৌশিংসু থোইনা হেন্না চাওখৎলি। থবী থাবুং পুন্নমক্তা য়াম্নৈ মচান ফংলদুনা মালেম লৈপাক লৈসাসু" ফংনরে, ভাইবংশীলমক ঈপুরোইনা লৈপাকপু পুথৎনবা হোৎনরে, ঈবংদা তাওথিবা ঈঙাহেনগী মরোংনা অকনবা থৌরম ভৌবা য়াদবনা পাজল থেক্লা ইনবদা মালেম লৈপাক লেংথিদে।
ঈপুরোইনা, থেঙ্গুরেনগী মরোং লৌরদুনা হকথরবা লৈসাবু" মনংগন্দা থোংদুনা পুথৎলগে হায়রদুনা, মথক্তা মালেম লৈসা" পো গৎদুনা পুথংনবা লৌসিংবু ঈপুরোইনা থনখরে থেঙ্গুরেনগী মরোংসু মথোং তেনবা মরম্না পাজল পুদোং চাদদুনা" পাংগল ফিরেপ লেপথরে। তংবানংগী মপু ঈপুরোইনা, ওকসা" লাবা মরোং লৌরদুনা মালেমু মকোক্তা থোংদুনা ওকচাওগী পাশ্বে পাংগল্লা মালেম লৈসাবু" পুথৎলক্লে, মালেম লৈসা" হাইগৎলকপদা লৈসাগা লোয়ননা লৈসা" ইনিন ঙংখরে, ঈরাও মথোন নিনথরে, মালেম লৈসা" ফংলদুনা ঈপুরোইসু ঙংঙায়রে। ঈপুরোইনা মালেম লৈসা" পুথৎপা অদুদা বাররনা চেক্লাকপা হুমাংনা হিংচা য়াইতম থিথিক পোকখরে, ভুরৈ-ভুথোং পুন্নমক্তাগী মনিন মহানগী পোকপা তীন বাংগী মকপসু মশাংরগী" অদুমক পোকথরে, হিংচাং-য়াইতম মকপা ঈপুরোইন পুথৎলকইবা লৈপাক অদু সিন্না পুংনা লৈথরে, পুন্নমক অদুবু তাইবং ফুমৈশীলমক ঈপুরোইগী থৌজাম্না মাংহল্লগে হায়না নিংখরে।

অকনবগী মরোং সক্তম নোংসা মরোং লৌদদুনা হায়বদি,—
"নোং" হায়বগা ঈশিং অনম্মুং মহী অমদি মহৌনা ওয়রকইবা তাইবং-

পানববুসু থংনৈ, "সা" হায়রগা মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক-অভিজা মঙানা ভিন্দুনা কন্নিগুম্বা মরোং অমা লৈরবা পোৎ অতুগী উন্নিবা মসা" অপুম্বা অহুব "সা" কৌই, অকনবগী সক্তম হায়রবনা পুম্নমকপু লাকসিনবা ওম্বা মসক হায়বনি, মাহে অসিনা পুমসিঙ্গা তাইবং-পানবগী মমুংদা লৈন্নিবা তাইবং মরোং পুম্নমক্কগী, পুম্ন কপু লাকসিনবা ওম্বা মরোং হায়বত্থু থোক্লে, পুম্নমকপু লাকসিনবা ওম্বা মরোংদি তাইবং মীনি, ঈপুরোইনা তাইবং মীগী মরোং সক্তম লৌবতুনা, ঈপুরোইগী থোরমদা অয়েৎপা অপমবা লৈরম্বা পুম্নমক কাওথংখরে, হাংখরে, ঈপুথৌগী পুক্লিংস্থ চিন্না ইংনা ভপংহক্কুনা লৌসিং ময়োন মচংনা লাইজ মৈবু সেমখরে। ঈপুথৌগী মসাসু" মৈগী মমুংদা চংখরে, কায়াৎ পাঙ্গল স্থরদনা নাতোন নাশলোম কাম্নকপদা মুংসিং মরম কাওরক্কুনা মুংসিং নিংথৌ পোকখরে, মতৌস্থম্না তৌতুনা মৈগী মুংদা চংখিবা, ঈপুরোইনা সায়োন তৌরকপা তাইবংপানবা মুম্নবু মৈমুংদগী চোংথোকখি, থবায় নিংসা হোঙ্গিবা থবায় পানবা পুন্নমকসু মতৌস্থম্না ওয়জখি।

ঈপুথৌগী মসামা" মৈগী-মুংদা চংলগা নাতোন নাওলোম কাম্বদা হুংনাই নিংনাইরকতুনা তাইবংমীনচিংবা লেংঙিপান্নিবা অপুম্বা মৈগী হুং-নিং হায়বা ইনিনথোন অসিদগী পোকপনা, পুম্নমকপু মৈগী মচা ওয়খরে, তাইবংপানবা কাওরতুনা তাইবং মরোং কংজরবা অমুকদি নিংসিংবা কংজরে, মৈ-ঈসিং-মুংসিং লৈপাক-অভিয়া মঙা-মক্কা ভিনবদগী মরায় মঙা ভেংবানবা ওয়খরে। পোৎলম মঙানা ঈপুরোইগী মসা" ওয়বনা, মরায় মঙামক মাঙোন্দা স্থনা লৈবদগী

মমায় মঙা অহুনা তিন্নবা হুম্বা অমা ওয়বদগী মতামা ওয়রিবা উপী উপানসু হৌথরে, নাপী সিংবীসু পোকখরে, মঙা অহুগী মচন চাংগী মতুং ইন্না মনিন মহাদগী পোকপা তীন-কাং হায়দবা কন্না লৈখরে, ঈসিংদা লৈবা মথন, কংকানদা লৈবা মথন, সাম্বী" ভাগী মথম মখা কয়া যামনগে মতৌ অস্নুম তৌনা ঈপুরোইনা সেম্বা মতোন লোয়খরে। ওয়বা য়াবা মখৈনা ওয়খরে, লৈহৌবা মখৈনা হাংবোরে, ওয়খিবা অহুসু ওয়খিবা মথন অহুদা লেপখরে, লৈহৌবা অহুসু অমুক্ক ওয়য়কতরে লেপখরে, পুম্নমক অসিনা ইপুরোইনা সিংবা মতুং ইন্না, মহাক্কী কুমমৈগী দমক পথাপ ইকাই কাইদনা মাহাক্কী য়াথংতুং ইনখরে। কুদোকপনা কুদোককই, সাংতোকপনা সাংতোককই, উমসিনবনা উমসিল্লি, অখোয়-অহেন-অতোন হায়রিবা হৌবা" -তুংবা" লোইবা ঈপুথৌগী মতিকসিংনা মথৌ ইলেপ লেপ্পা লৈতে, অচাকপনা চাকই, অইংবনা ইংই, অসিংপনা সিংলী, মরোন চোংবনা মরোন চোংলী, লেংদবনা লেংদরী, মসক-মহাও-মনম-মখোল -খোক্নবা পুম্নমক অসি উত্তনা মতিক ময়ায়না ঈপুথৌগী য়াথং সোয়বা য়াদে হায়রুনা, অচংপনা চংখরে, চঙবনা লৈহৌরে।

ভেংবানবগী মপুনা তাইবংপানবগী ওয়বা য়াবা পেংখলম পোৎচং পুম্নমকপু য়াম্নুনা সেম্বীখি, ঈপুরোইগী পুক্নিংদগী পুম্নমক ওয়হল্লুনা ভেংবানবা অপুস্না মতৌ অস্নুম্না ওয়রিরে, মহাক্না সেম্বীবা তাইবং পান্নবা অসিগী মচুংদা চিন্নাক চাব।" মখৈনা লৌথংলুনা [illegible]" চিংগাক্কী ময়াম্না অখোইবা লৌমিংবু কংহুনা মপুগী মতিক ময়াম থংতবি। তাইবংপানবগী মচুংদ লৈরিবা, লৈপাক্কী হৌবা প

উীল-কাং, উচেক-রায়া, সা”-ঙা অমস্তুং তাইবংমী হায়স্থনা লৈরিবা মপনসি অসিগী মস্তুংদা তাইবংমী নস্তবা অতে অসিদি “ঐবু ঐনা ঐগী” হায়বা নাপন অসি লৈতে, য়াথন মপুং কানবদগী মপুগী কুপমৈস্তু মপুং কানা” উদে মপুনা পিনবা চিঙ্গাক থুম্না হাওনা লৈরিবা পুম্নমকপুস্তু চাবা” ফদে, পুম্নমকপু সেম্বীবা মপু অমা লৈ ছী-য়ায় তম্ফা থুংদাপ মসাদা” লৈহুনা মাঙোন্দগী তাইবংপানবা পুম্নমকসি ওয়রকপনি, নিংনা উপান মক্ননি অথংবা হায়বস্থগী চোরককয় ফাইকম্মি ঙায়হুনা ঈপুরোইগী থৌজানগী মরি মথোং থিথিজে।

তাইবংপানবগী মপু অহুনা, অসাংপা লৈমাং থম্বালগী মতৌ-শুম্না সাংলগা, মাঙোন্দগী তংনবা লৈতনা সম্নকইবা মরি মতা অহুদি মসিং মথা লৈংদরে মরি মতা অহুনগী ময়োল চোংহুনা শৌরকইবা মপানস্তু” মসিং মথা লৈখিদরে, মপুং ওয়রিবা মাঙোন্দগী ওয়রকপনিনা মনাও ওয়রিবা তাইবংপানবস্তু পোংচং মচন্দি চপ মাটৈনয়ে, উকয় মজুং ইন্দুনা মরোং মসিং য়াম্বতনি, অস্তুম্না ওয়রিবা তাইবংগী ঈচেন অসিবু থংজরবা মীওয় অহুনা ঈপুরোইগী মতিক ময়াম্নগী মতান মংনা চংচৈয়ে। অস্তুম্না ওয়রিবা তাইবং মপুগী কুমৈ মরোং অসিবু পুম্নিংনা য়াথলদা নৈনমবদি লৌসিংনা লৌসিনবা ওয়হুনা, তাইবংগী লাম্বোকপদা ওম্বেক্না বায়বা অপাম থৌমাংগী ঈপাক ঈগাওবু সোয়দবা লানবা” ওয়গনি হায়না নিংজহুনা, মপুগী মনাই মুলোনা অপোকপবু তংতনা লোজানি, তাইবং মকপ থিথিকস্তু সেনবিহুনা মপুগী থৌজায়া অরা অনা পুম্নমক কোকপিক্ত হায়না হায়জন্নি।

অপোকপবু থুকমক্তে অপোকপবু নিংসংক্তে
জেংবানবগী মপুনি ইপুরোইবু থাগোনক্তে ॥
ইবেমদি লাইরেম্বী থৌরাইগীদি থৌরাইনি
ইবেমগী মকমদা লাইগী পাওবু হায়গনি ॥
জেংবানবদি ওয়থরে ইপুরোইগী থৌজ্জাননা
তাইবংপানবা ওয়থরে ইবুংঙোগী পুকনিংনা ॥ ৩৬

ইবেম্মা লাইরেম্বী সিনবী, থরায়গীসু থরাম ওয়রিবী, জেংবান-বগী মপু ওয়রিবা ইপুরোইবু থাগোনজাহুনা, অপোকপবু নিংসিং-জাহুনা, অপোকপবু থুকমহুনা, ইবেম্মগী মকমদা লাইগী পাওবু হায়গে তাও, পুমথোই থোইথরবা মাহাক্কী মথক্তা অমমুক লৈখিং-দরবা থক্লবা থৈয়বা ইপুরোইগী থৌজ্জানগী পুক্লিং অমদগী মৈ-ঈসিং-নুংসিং-লৈপাক-অতিয়া মশামক্লা জেংবানদুনা, জেংবানবা হায়বসি ওয়খরে, জেংবানবনা ওয়রবদা ইবুংঙোগী লৌসিংসু থোইনা হেন্না চাওখৎলক্লুনা কুম্মেগীদমক ইবুংঙোগী পুক্লিংনা তাইবংপানবা ওয়থরে ॥ ৩৬

অক-ফক্তা অনিগা নাপনগদি অহুমনি
ইপুরোইগী মশাননা ময়াম অহুম সুবনি ॥
অকবনা থকতা লৈ নাপনমদি ওমথংনি
ফত্তবদি মথানি তুকচবা পুক্চেননি ॥ ৩৭

জেংবানবগী মপু ইপুরোইগী মতিক-তি মশান অহুম সুবনি মাহুদি, অকবা, ফত্তবা নাপন (অথোই, অহেন, অতোন) হায়রিবা

অহুম অসিনি, অহুম অসিনা ইবুংঙোগী মচাম ওইবনা, তাইবং-পানবা পুম্নমকসু অহুমসিনা পুবনি, মতিক অহুম অসিনা খুদিংমক্তা অমগী অসিনা য়েক্লবা ওয়রুনা য়ৈথাংবনৈ, য়ৈথাংবনবা অসিমক্তনা তাইবংপানবগী থবক ওয়রুনা, তাইবংপানবা পুম্নমক অসি চেনগী মসক তম্বিবনি, অকবা অহুনা মচং ওয়রুনা পুম্নমক্তা মথক্তা লৈরগা অকবা অহু উংথোক্লকই, নাপল অহুনা ওমথং ওয়রুনা অকবা কত্থবা য়াগম। থবক পুম্নমক মহাক্তা তৌনিংই, অদিসুগী মথাদা কত্থরুনা লৈরুনা কত্থবা তমথিবা ভুককচবা পুকচেল্লা য়ৈথাইরম ।। ৩৭

লাইনিং পুকনিং চংপবু অকবনি হায়রগনি
লাইনিং লমবী খিবনা অপায় স্নুংসি থাগনি ।।
সিদববু ওয়রুনা মপু মঙাল ফংনি
মপু খোঙাম ফংবনা লেপনা লাইবু ওয়গনি ।। ৩৮

তাইবংপানবাবু সেম্বীবা মপু অমা লৈ, মহাক্তা তাইব পানবা পুম্নমকপু য়োকপি, মহাক্তা পুম্নমকপু চপ মান্নবা স্নুংসি মাঙোন্দা অমগা অমগা থেম্নবা কাম্নসু লৈতে, মখম অহুনা সেম্বীবা মপু অহুগী মকুং ইমা চংকদবনি হায়না চংলিবা মীওয় অহুবু লাইনিং পুক্নিং চংপা কৌই, লাইনিং লম্বী খিবনা অপায় থৌরাংবা লৈরোই কয়াং-সিংগী মিতাবা লৈরোই, অপানগী কক্তবা পোৎ অমদগী স্নুংঙাকবা তানলোই, মিকুপ অমা স্নুংঙাইবগীদমক স্নুংঙা অহাবা লেংদ্রোবা পামদে, থবোইগী মসুংদগী অসেংবা লোমসংগী মঙাল অহুনা লোয়রবদুনা অবেক্তা স্নুংঙাম্নবা অদু তানগনি, মসুংদা মপুগী মঙাল ফংলদুনা সিদবা মিচং ওয়রুনা অকবা থুদগনি, মপুগী মঙাল ফংলবা মীওয় অহুদি তাইবং মপোকতা পোক্লবসু থোইবা ওয়রুনা

পুম্নমক্না লাইগী মপোক্নি হায়গনি ॥ ৩৮

নাপন কৌবা ময়ায়দি নিংথৌ ওয়বা পুকচেননি
ভাইবংপানবা মমুংদা লেমনা পানগে নিংবনি।
তমথিবগী পুকচেনবু ফত্তবনি হায়রিয়ে
নমজা-নমথেক তৌববু পুকচেন লিবা কৌরিয়ে ॥ ৩৯

নাপন হায়বসিনা, লন, নি চং, মহৈ, অমস্থং পাঙল লৈরিবা থিবিক পুম্নমক্না মহাক্না হেন্নি ডি হেক নিংচকপদো হেক্না পা থোক-নি বগী খোরাংবা পোকই, পুম্নমক মহাক্কী মথাদা থম্লিডি ভাইব-পানবগী মমুংদা এনা মতংদ্রে, এনা মকল্লে, এনা মচাঙরে অন্দ্রম্না লেম্না পান্নি ডি, ফত্তবা অতোনবা হায়রিবা অসিনা ওম্মোক্না তুকচবা পুকচেন চেন্নি, পৌজান লৈতে, ইকাইবা থংদে, নমজা-নমথেক পাম্মী অফ ফত্ত রাথল লিদে মীনা উত্তগা লোয়রে হায়বগুম হৌরাল পুকচেন চংলি। ৩৯

অপুম-অসা পামিবা অথা অয়াক চারিবা
নমথি-হাথ পামিবা মোংনা-থীনা লৈরিবা ॥
ভাইবং খোরাং কোমুংগী ভাইবংমীগী লমচংনি
ভাইবং চিঙাক ময়ামগী মথন অতম স্থরম্নি। ৪০

ভাইবং রাথল্দা ভাওহ্নৈনা লৈরিবা, ভাইবংগী অপাম খোরাংগী রাথল য়াম্না পোক্লিবা মীওইবসিংদি, অথা অয়াক ময়াম্ন কাবা" চিঙাক চারিব।" অসিমা, অমনা অপুন অসা নমথী হাথী পামিবা,

মোংনা থীনা লৈরিবা অসিমা অনি অসিনি, তাইবং চিঞ্জাকসিং অসি পোংসকসি অহৃগী মতুং ইন্না ময়ায় মথন অহুম সুরি । ৪০

মসানবু ওয়্রিবা মসানবু মুন্দলিবা
তাইবং থুংচং য়াওদনা মসাদনা ওয়রিবা ।।
অহুক্সবা চিঞ্জাক্সা অফ পুকচেল ফংগনি
অপাম মুংসি লমবীবু সোয়দনবু কাওগনি ।। ৪১

তাইবং মীগী খুংচং য়াওদনা মসাদনা মুঞ্জাবা মহৈ মরোং অথোং অমেংবা অহুদা চাবা, অপুম অসা অথা অয়াক চাদবা মীওয় অহুনা চিঞ্জাকী মতুং ইন্না পুক্নিং য়াম্না লুই, ইংভি, অফবা পুকচেন চেঞ্জি, মতম লৈবা খিবিক্তা থৌজানগী মসক ওয় বাহৈ খোনফম অখিবা, অয়াকপ অসাওবা লৈতে, অপাম থৌরাংবা লাম্বোকপা ঙম্মী ।। ৪১

ইপুরোইগী লমবীদি মহাকতনা ফংজৈয়ে
অপোকপগী মতিকপু কহাকতনা খংজৈয়ে ।।
তাইবংপানদা পোকপনা লাইগী মতিক ফংজখি
লাইনিং চেংপা মুন্নবু মহাকতনা ওয়জখি ।
তাইবং মীপোক ওয়রবসু লাইগী মপোক ফংজৈয়ে
সিহৈদবা উপানবু মহাকতনা ওয়জৈয়ে ।। ৪২

অবাবা, মুংওাইবা, অইংবা, অসাবা, কপ্লিংবা, নোক্লিংবা হায়রিবা থৌবাংবদী পুন্দম পুম্নক মাংখিহ্নবা", "ঐগী" হায়বা বাংঙল থাদোকখিহ্না ঈপুরোইগী লমবীবু মহাক্তনা ফংজৈ অপোকপগী

মতিকপু মহাক্তনা থংলে, তাইবং মীওয়না পোক্লবসু লাইগী পুকচেন চেন্দুনা লাইগী মতিক ফংজখি, মীওয়বনা ভুন্নাত্রবা লাইনিং চেৎপা মমুবু মহাক্তনা ওইজখি, তাইবং মী ওয়রবসু পুন্নমক্লা লাইনি, লাইপোক্তি হায়নহুনা মাহাক্তী মতিক ময়ায় অহুনা সিদবা লেংদবা উপান ওয়দুনা লৈহৌই ॥ ৪২

মহৈ মরোং থিবিকপু অমুক হননা সেমহুনা।
থৌরায় পেননা চারিয়ে অহাও অথুম ভিনহুনা।
তেকনা-হাওনা চাবনা নিংথৌ পুকচেন ফংজখি
চাবা চিঙ্গাক ময়ায়না নাপন মথোই কাজখি।
থুভম চাওব খিজখি পুকচেন রাখন চাওবনা
তাইবং থৌরাং চেনজখি মহৈ ময়ায় কনবনা॥ ৪৩

মহৌসা কৌবী লাইরেম্বীনা পিরিবা মহৈ মরোং থিবিকপু অমুক হন্না সেম্লগা ময়ায় অমুক হাপ্তুনা, অহাও অথুম ভিন্দুনা থরায় পেম্না চানরি, অসংবা অতেকপা চাবনা" চাবা চিনজাক অহুগী ময়ায় কনবনা হকচাং পাক্লল কন্দুনা নাপন মথোই কায়, পুন্নমকপু ভম্লিংবা নিংথৌগী পুকচেন চেল্লি, চিঙ্গাক অহুগী ময়ায়দগী মতুং ইন্না অচৌবা থুভম পাপ্পী, মহি ময়ায় কমবনা অপায় থৌরাংগী মৈচাক কল্লি॥ ৪৩

মতম নাইনা মুললিবা মতম নাইনা হুললিবা
তাইবং পানবা মরমগী মহৌসানা ওয়রিবা॥

উহৈ রাহৈ ময়োলবু মতম হেননা থমদুনা
মহিক মতাং চংদুনা মরোং মচু ওয়দুনা।।
মমথি হাথি ওয়রগা পুক্লিং পেননা চাবদো
সিংলি তাংলি পুম্নমক তমথি ময়াই সিনবদো।। ৪৩

তাইবংগী চানবা" হায়দুনা মহৌসানা পিরিবা, মতম নাইনা মলহৌরিবা, মতম নাইনা ভগ্নরিবা মহৈ মরোং থিবিকপু মতম হেন্না পমদুনা পংহন পুক্কন্দুনা মহিক মতাং চংদুনা মচু মরোং ওন্নগা অপুম অমা অহুবু ৎাবিবা, অংখংবা পোৎপুম্নু, চক্লিক অপুম্বা ওয়রগা পুক্লিং পেন্না চাবিবা কাংবু অদো, সিংলী তাংলী পুম্নংকতা তমথিবা ময়ায়না সিন থুংলবনি।। ৪৪

তমথি পুক্লিং ফংগনি অপাম ফুংসি হেনগনি
অত্তোমবগী পুকচেননা মীগী মরল পামগনি।
ফলক মিহৌ হেনগনি লাইবা চুতং ওয়গনি
লাইবক থীবা তাইবংবু মহাকতনি থগনি।
অথা-অয়াক চাবনা মসা লাইথুং পোকফনি
ইপুরোইগী রাথংবু মহাকতনা লজনি।। ৪৫

সিংলী তাংলী পুম্নমক্তা তমথিবা ময়ায়না সিন থুংলবনিবা, পুক্লি সু তমথীবা পুক্লিং চেনলে, অপাম ফুংসিগী রাথন্দা তাওরে,

অমত্তানবা ফজদবা চাকচা পুক্‌চেল্লা মীগী কাদা মিংয়াং লাক্লে, মীগী মরল পাক্লে, লাইরা চুত্তং ওয়্‌হনা কলক মীহৌ হেল্লে, লাইবংপানবগী মচু দা লাইবক থীবা হায়বহু মহাক ওয়্‌রে অসা অয়াক, অপুম অসা চাখবা অহনা চিঙ্গাক্নী ময়ায়না মসাদা লাইশিং পেক্লে, তেংবানবগী মপু ঈপুরোইগী থৌদা য়াথং অফ-গু ভাইগী লথী চংপা জংথ্রে মহাক্না তৌথোরকপা পুন্নমক্তা লাওবা ওয়্‌রে ॥ ৪৫

মীবু হাংপা মৈচাকতি মহাকতমা ফংজৈয়ে
মীবু হাংপা মৈচাকনা রানা নানা সিজৈয়ে ॥
লাইরেম্বীগী মফমদা হায়জবিবা অসিনি
ঈপুরোইগি মতিকপু রারিসিনা থংগনি ॥ ৪৬

মতৌ অসুম্না অপাম মু সিগী ঈথক ঈপোম কনবনা অরেম্বদা মাহন্দুনা মীবু হাংপা হায়বদি থবায়বু হাংপগী লজবা মৈচাকসু মহাক্না ফংজৈয়ে, অরেম্বদা থবায় মহোন মা হনখিদনা মীশিং লাইশিং চেন্দুনা রানা নানা থাউদনা সিজৈয়ে। চংশিনবা রারী অসিনা ঈপুরোইগী মতিকপু থাঙ্‌জিনি হায়দুনা লাইরেম্বীগী মফমদা হায়জবিবা অসিনি ॥ ৪৬

ময়াম অহম তিনবনা ঈপুরোইগি মতিকনি
মতিক অসি লৈবনা মরো অহম ওয়্‌রবনি ॥
লাইবং পানবা কায়াংতি ময়াম সুনা ফজদে
ময়াম অম ফংবনা অতৈ অনি চংখিদে ॥ ৪৭

অথেই, অহেন, অতোন হায়রিবা ময়ায় অহুম অসিনা ঈপু-য়োইগী মতিক্কি, মতিক অহুম অসি লৈবনা তাইবংপানবগী মমুংদা অফ, ফত্তা, নাপন হায়দুনা মারোং অহুম সুরিবনি, তাইবং মরোংদা পোক্রবা কায়াংসিং অসিনা হায়রিবা ময়ায় অহুম অসি সুনা ফংদে অমনা চিংদুনা চংশিন্দুনা অতৈ অনি অদুবু লৈ হায়বা থংহনদে হায়বদি, মতিক ময়ায়শিং অদুবু লাকসিনবা ঙমদে, ময়ায়সিং অদুগী অমনা চিংদুনা চংলি॥ ৪৭

করম্বনা অফবা তাইবং মীনা পিনরি
তাইবং মরো অহুমনা ঈপুরোইবু সোনরি॥
মীরমমেন্দা পোকপস্থ লাইনি হায়না হায়নরি
ময়াই অহুম তিন্বনা তাইবংমীনা সোনরি। ৪৮

অফবা, ফত্তবা, নাপন হায়রিবা ময়ায় মতিক অহুম অসিনা ঘামদুনা লৈরিবা তাইবং মীওইবনা, ঈপুরোইবু সোনরি, করম্বা চাকচা সাজংবা অফবনো, অফবা হায়বদুগী মরোং মতোনা করম তৌবগে হায়বদু তাইবং মীনা খিনরি, ময়ায় মতিক অহুম অসিগী হৌনসা, সাজং য়াওপ চাকচা মুন্না থংজদুনা ময়ামশিং অসিবু লাকসিনবা ঙমদুনা, ময়ায়শিংগী পোক্রকপা অরাবা নুংঙাইববু চপ মান্নবা থন্বা ঙম্বা মীওই অদুদি, তাইবংমেন্দা পোক্রবস্থ মীনা লাইনি হায়না সোনরি॥ ৪৮

লমবী অহুম তিন্বনা ময়ায় অহুম ফংজেয়ে
ময়ায় অহুম ফংবনা লাইরমমেনদা কাজেয়ে॥

ঈপুরোইগী পুনসিদি মসিং মথা লৈখিদ্রে
চহি মসিং নাইখিদ্রে হৌবা লোইবা লৈখিদ্রে॥ ৪৯

অফবা, ফত্তবা, নাপন্ হায়রিবা অহুম অসিনা চংপা হৌনবা সাজংসিং অতুব্ লাকসিনবা ওস্বনা, ময়ায় অহুম ফংবা কৌরে, মতিক্কী ময়ায়সিংনা পুন্দ্রে হায়তুনা, মহাকপু "লাম্থোক্লবা" হায়না কৌরে, মাঙোন্দা তাইবংগী অপুনবা লৈত্রে, করিগুম্বা থবক অমগী থৌজ্জমন্ মতৈংগীদমক থোরাংবা লৈত্রে, করিগুম্বা থবক অমগী তেক-চক মতৈংসু ফংদ্রে, লাইগী পুকচেন্ চেনথরে, মহাকী পুক্লিং অদো অমোংপা অনৈবা লৈত্রে, য়াম্না সুখ্রে, তাইবংপানবদা লৈরিবা পুন্নক অসি মাঙোন্দদি চপান্ননা উত্রে মহাক লাই হায়বদুমক থুয়ত্রে, অদুগা তেংবানবা পুন্নক মপু ওয়রিবা মহাক্কী মথক্তা অমা অমুক লৈখিদরব্রা, মাঙোন্দগী হৌবা, মাঙোন্দা লোমগদৌরবা, মাঙোন্দা থক্লবা থৈরবা ঈপুরোই হায়রিবা অদুদিদি, মহাক্কী পুনসি হায়বা লৈখিদরে, চহি মাসং মথা লৈখিদরে, মহাক্কি কৈদৌউদগী ওয়রকপনো কদৌউ লোমগদৌরিবনো হায়বা লৈতে॥ ৪৯

ঈপুরোইনা চহিনি ইপুরোইনা পুনসিনি
ইপুরোইনা হৌবনি ইপুরোইনা লোয়বনি॥
ময়ায় অহুম সুপপনা ইপুথৌগী পুনসিনি
ইপুথৌগি পুনসিদি হুমনিদনি থংগনি॥ ৫০

তেংবানবগী মপু ঈপুরোইনা লৈবগী মহাক্কী মবুক মহুম্বা হুমিংথা অপানবা পুন্নক লৈতুনা অমসুং অহিংবা, অসাবা নায়না

য়ারোল্দুনা চহি কুমজা হায়রুবতনি, চহি হায়বদো ঈপুরোইনা চহিনি, ইপুরোইগী হৌবনি ইপুরোইদা অহুনক তিল্দুনা ঈপুরোইনা পুনসি অহুনক ওয়বনি, ঈপুরোইগী থৌজান্না তেংবানবা ওয়রবদা, তাইবংপানবসু ওয়রদনা পুম্নমকপু পোকইববুসু পোকপিরকপনি হায়দুনা ইপুথৌ হায়না খনরে, "নঙাং-লুবাং-থুমন্" (হৌবা-তুবা লোইবা) হায়বা ঈপু থৌগী মতিকী ময়ায় অহুম অসিনা ইপুথৌগী পুন্সিনি, অমুক হৌবা, অমুক তুবা অমুক মাংবা, অহুম অসিনা তাইবংপানবা হায়বা মতুপ অহু ওয় হায়দনা তেংবানবা পোকপিবা ইপুথৌগী পুনসিবু হায়রিবনি হায়না খংগনি ॥ ৫০

তাইবং মীগী মরোংসু ইপুরোইগি ফিতুপনি
মচন মঙা তিনবনা ইপুরোইগী কায়াংনি ॥
তাইবং মীগী কায়াংসু তেংবানবগী মরোংনি
পিরনা কায়াং ওয়বগি অতোপ্পনি নিংবনি ॥ ৫১

মৈ ঈসিং তু শিং-লৈপাক-অতিয়া হায়রিবা অহুকপা পোৎলম মঙা অদুনা তিন্নগা, ঈপুরোইগী কায়াং ফিতুপ ওইরিবনি, তাইবং মীগী মরোংসু ইপুরোইগী ফিতুপ্তা মঙামরা ওয়বনি, তেংবানবগী মসুংদা, তেংবানবগী মসানা পিরা কায়াং ওইবগী তোঙানবনি নিংবনি, ঈপাক ইচাওনা ঈশিং মরিক ওয়বগুম, ঈশিং মরিক ময়ায়া ঈপাক ঈচাও ওইবগুম, তাইবং মীগী কায়াংসু তেংবানবগী মরোংনি ॥ ৫১

উজাও উরেন খোংনাংদি মসা ফননা চাওরিয়ে
মরু পিসক মসুংদা খোংনাং মরোং লৈরিয়ে ॥

ভেংবানবগি মবোংসু হকচাং-সুংদা তিললিয়ে
কোনুং অমা ওইহনা পিকনা সুমা পালিয়ে॥ ৫২

উজাও উরেন খোংনাং হায়বসি, পাম্বীশিংগী মরক্তগী ওম-খোক্লা অচৌবা পাম্বী অমনি, খোংনাং অহনা মসা মরেং ফম্না চাওনা, চিক্লা লেয়া থৌতুনা লৈবা উরগা, পাম্বী অচৌবহু উবদা, চাওখিবা অহনক্তনা পুক্লিংদা অকিবা অথুকপা পোক্তনা পুক্লিং নরাই লুকইবনি, অহুক চাওথ্রবা খোংনাং পাম্বী অহুগী মবোং মতৌম্ননা পিকথ্রবা মক্কগী মমু দা লৈরিয়ে, খোংনাংগী মবোংসুনা খোংনাং মক্কদা লৈবগুম্না লাকহমজ্রবা ভেংবানবগী মবো সু পিক্লবা হকচাংনু দা সুনা তিল্লিয়ে, তাইবং মপুনা তাইবংপান পুম্নমক কোন্দুনা পানবগুন, কোনুং অমা ওয়হনা পিক্লা সুনা পাল্লিয়॥ ৫২

ঈপুরোইগী ময়াইবু হকচাংদমু লৈবনা
ঈপুরোইগী লৌশিংবু হকচানমু ফংবনা॥
তাইবং মীগী মক্কপনা ঈপুথৌবু থংজখি
ঈপুথৌগী মঙানবু মসাদবু ফংজখি॥ ৫৩

ঈপুরোইগী অথোইবা মতিক অহুগী ফুদোকপা ঙম্ব ময়ায় অহনা তাইবং হকচাংদমু লৈবনা, নিংসিংবা ফহনা অফবা ফত্তবা, অচুম্বা অরানবা খন্দোকখজিন তৌহনা, অফববু লৌশিন্নবা লোসিংমু তাইবং হকচাংদগী অহুনক পোকহনা মীওয়বনা পুক্লিং, রাখল, লৌসিংনা নৈনহনা তাইবংপানবা পুম্নমক অসিবু ওয়হল্লকইবা ঈপুথৌবু মসক

থংজখি, ইপুধৌগী মতিক ময়াইগী মঙানসু মসাগী মসুংদগী অহুমক থংজখি ।। ৫৩

মৈগী মরিক মফোন্না মৈরি মৈজাও হৌবগুম
ময়েং তাবা লৈতনা মসা যিরেপ লেপগুম ।।
তেংবানবগী মপুনা তাইবং হকচাং খাইবদা
ইপুধৌগি মতিকপু তাইবং সুদা চংদৌদা ।। ৫৪

মৈগী মৈরিক মফোন অমদগী, মৈদগী মৈ পোক্তুনা মৈরি মৈজাও ওয়বগুম, মৈ অহুদগী মৈ, লোথোকখিবদসু মৈ অতুনা ময়েং তাবা লৈতবগুন, তেংবানবগী মপুনা তাইবংপানব। ওয়গুরগে হায়-দুনা ঈপুধৌগী মতিকী মরিক মফোন্ অনময়া তাইবং সুংদা চংদুনা তাইবং হকচাং অমমম ওয়না খাইদোরগতুনা তাইবংপান্বা পুম্নমক অসিনা থরায়গী মসক ওয়রকপদা।। ৫৫

ময়েং তাবা লৈখিদে মবোং কায়বা লৈখিদে
ইপুরোইগি রায়েনসু কৈদৌঙ্গুংদা কায়খিদে ।।
ভুরেল লাবা অমোমজি মমিং মথা য়ামিয়ে
ইচেন্ ঈসিং অয়াম্বা ভুরেল মমিং ফংদৌজেয় ।। ৫৫

তেংবানবগী মপু ঈপুরোইদগী তাইবংপানবা পুম্নমক অসি খাইদোরকপদা, রাঙোন্দগী করিসু ময়েং তাখিবা লৈতে, মরোং কায়খিবসু লৈতে, মপুং অহুদগী মসক অমগী মমিং অমমম পান্দুনা তাইবংপানবা পুম্নমক অসি খাইদোরকতুনসু মঙামকী তেংবানবা

হৌনবা ঈপুরোইগী য়ায়েনবু কৈদৌঙ্গুংদা ঙায়খিদে, কোয়ৌ থক্কী ঈসিং মালেম থক্কা তারগা ঈসিং ঈচেন ওয়হুনা তু-খোং পুম্নমক্কী চিহুনা অয়াম্বা ঈচেন ওইনা চেল্লিবা অহুবু মমিং তুরেল কৌরে, মসক খরেং মতুং ইন্না তুরেল লাবা অমোম হায়না মমিং মথা য়াম্না থোনখরে ।। ৫৫

চেনথখিবা ঈসিংদি ঈপাকতবু তিনখরে
মমিং মথা মুংতনা ইপাক ইচাও হায়খরে।
ইপাক ইচাও মথকতা নুমিৎ মৈশা লাংবনা
ঈসিং ইরং মরিকপু মৈথু খরেং ওয়বনা ।। ৫৬

ঈসিং অহুনা ঈরম মতুং ইন্না চেনখিহুনা ঈপাক ঈচাওদা তিনখরে, ঈথেনগী ঈসিংনি, খোংনগী ঈসিংনি, পাংকী ঈসিংনি, তুরেলগী ঈসিংনি হায়বা মমিং মথা মুংখরে, ঈসিং মসক নাংখিদরে পুম্নমক্না ঈপাক ঈচাও হায়খরে, ঈপাক ঈচাওগী মথক অহুদা নুমিৎকী মৈসানা লাংগা, মৈসা অহুনা ঈশিং অহুবু চিংহুনা ঈশিং ঈরং মরিকপু লৈচিন নেংফেন ওইহুনা মৈথুগী মতমগুম্না কোয়ৌ থকলোমদা হাইগৎলক্ল ।। ৫৬

অতিয়াদা তিনখরে নুংশিৎ ইথক তোংহুনা
নোংবু ওয়না তাখরে ইংবা নুংসিৎ ফংহুনা ।।
তুরেল ইচেন ওয়হুনা ইপাকতবু তিনখরে
ভেংবানবু অমুমনা চংনাং-থোকনা লৈখরে ।। ৫৭

ঈসিং অহূ ফুংসাগী মৈসাবা লৈচিন ওয়না [illegible], ফুংশিংবা কন্না ফুংসিং ঈথক তোংহনা অতিক্তাদা তিমখরে, অমাং ঙদা লৈরিবা অহিংবগ, ঈসিং পোকপা ফুংসিংবা কনখনা ঈসিং যোম্বুবা নোং ওয়বা অমুক চুরগা, ফুরেল ঈচেন ওয়হনা ঈপাক্তা অমুক তিনখরে, মতৌ অমুম্না ভেংবানবসি চংবা থোক্তা তৌহনা লৈরিয় ॥ ৫৭

ঈসিং মরোম ওয়বগুম ভেংবামবসু ওয়খরে
অপোকপদি লাইনিংথৌ মতৌ ফুমনা ওয়খরে ॥
তাইবংপানদি সিন্নিয়ে মরোং মতৌ ওললিয়ে
ঈপুরোইদি লেংত্রিয়ে মরোং মসোন তান্নিয়ে ॥ ৫৮

ঈপাক ঈচাওনা ঈসিং মরিক ওইরকপা ঈসিং মরিক অহূনা ঈপাক ঈচাও অমুক ওইবা হঙ্গং-হন্দা মরোংদি ওনবা মরোং তাখিবদি লৈতবগুম্না অপোকপা লাইনিংথৌসু মতৌ অমুম্না [illegible] রিয়ে, তাইবংপানবনা সিন্নগা মরোং মতৌ কায়খিহনা অপোকপা লাইনিংথৌদা তিনখি, ভেংবানবা পুন্নমকসু ঈপুরোইনা চিংসিনঞ্জপা মরোং মতৌ পুন্নমক থাংখি, সাবোম থুংবা থুপচিনখিহনা অতিং-কোক্তা তাইহৌই, অতিংকোক অহূবগী ভেংবানব অমুক ওয়খরগা অতিংকোক থাংখরে, ভেংবানবা হায়খরে, সনা সল অমনা চনিং [illegible] মোত্রবা চনিং অমমম হায়খরে, সনা সল [illegible] [illegible] চনিং ফুলমদি অহূ অমুক [illegible] সল [illegible] হায়খরে [illegible] ফুলমদি [illegible] সনা [illegible]

তাখিবা লৈতে, অদুগুম্না তাইবংপানবনা চংনা থোক্না মরোং মতৌ ওন্দুনা লৈরিবা অসিদা ঈপুরোইদি লেংড্রি ময়েং মসোন তাখিবা লৈতে ।। ৫৮

মসাদগি ওয়বনি মসাদবু তিনবনি
অকুৎপবু মেনবনি অতোংববু লৌবনি ।
সিবা হায়বা তারগা তাইবং মীনা কিথরে
অরাবনি হাইদুনা থৌরাই সোকনা কপথরে ।। ৫৯

পুন্নমক অসি ঈপুরোইগী মসীদগী মরিক মফোন অথম্না ওইবনি, পোৎসক অদুগা লোইনরকইবা মতিক ময়ায় অদুনা হেক চমখিবদা তাইবং মরোংস্থ কাইথিদুনা মসাদা অদুমক তিনখিবনি, নিকুপ থুনিংগী সক্লোন সায়োন তৌদুনা ওল্লিবা তাইবংপানবনি, অকুৎপবু মেনবনি অতোংববু লৌবনি, অকুৎপা কয়ানা তোংখরে, অতোংবা কয়ানা কুৎখরে, অদুম্না ওইরিবা অথাং অচা লৈরা। তাইবংপানবা অসিদা পোৎসমসিং অদুগী মসাগা সংগোম্নরকপা ময়ামশিং অদুনা চমথিদুনা পোৎসম মভা অদুবু ফাদুনা ময়ামসিং অদুবু থৌরম্মীবা, মতিক অদুস্থ মপুং অদুদা তিনথিদুনা পোৎসম মভা অদুম্থ পোৎথি তাদুনা অমগা অমগা তিনবা য়াদ্রে, সিদোক্লে, ( সিরে ) মপুং অদুদা তিনখরে, অম্থুম্না ওয়রিবা তাইবংগী পোকপা সিবা অসিবু সিবা হাইবা তারগা তাইবং মীনা কিদুনা অরাবনি হায়দুনা থরাম্ম সোক্না কপনরি ।। ৫৯

ম্মারিসিবু তারগা কিবা-খংবা ফগনি
ম্মারিসিগি লিখুনবা সিদ-হিরাক ফংগনি ।।

কোংগোনদবু পানদনগে তাইবং সকতম মরোংদি
ঈসিংদবু তিনথরে কোংগোন তাংকপা মতমদি ॥ ৬০

অমাং অতা লৈত্রবা ঈপুরোইগী মতিক্তি, তাইবং বুৈম্মগীদমক হুক্কৎ-হন্দা মরোং মতৌ ওনবতনি, থরায়দি অমাং-অতা লৈতবা ঈপুরোইগী মসানি হায়বা রারী লীথুন পরেং অসিনা, অমম্বা অঙকপা পুম্নমকপু মাংহনবা ঙম্বা সিদা হিদাক ওইহ্নুনা, অপংবা থংদবা পুম্নমক কোক্তুনা অকি অথং পুম্নমক কগনি, তাইবং সক্তম মরোং অসিদি ঈসিংগী কোঙ্গোনগুম্বনি, কোঙ্গোম্না তাক্লগা ঈসিংদা তিনবগুম তাইবং মরোং কোঙ্গোম্না তাক্লগা ঈপুরোইগী মসাদা তিনগনি ॥ ৬০

মৈ ঈসিং-মুংশিং-লৈপাক অতিঙা মঙাসিনা মচননি
মচন মঙা তিনবনা ইপুরোইগী হকচাংনি ॥
তাইবং হকচাং পিসকসু মঙাসিনা তিনবনি
মঙাসিনা তিনবগী অপোকপনা লেপনি ॥ ৬১

মৈ-ঈসিং-মুংশিং-লৈপাক-অতিয়া হায়রিবা মঙা অসিনা পোৎলম মচন ওয়হ্নুনা, অতিয়া লম্মাং লমজাও অসিদ মৈ ঈসিং-মুংশিং-অহুম চায়নবনা মালেম লৈসা চোংথোক্তুনা মঙামক্তা তিন্দুনা ঈপুরোইগী হকচাং কায়াৎ ওয়বনি, তাইবং হকচাং পিসক অসিসু পোৎলম মচন মঙা অসিনা তিন্দুনা ওয়বনি, ঈপুরোইগী মসাগী পোৎলম মঙানা তিনবগী অপোকপনা মরোন ওইহ্নুনা লেপ্পনি ॥ ৬১

ইসিং কোংগোম তাকপশুম তাইবং হকচাং মাংথরে
মৈনা-মৈদা তিনথরে মুংসিং মসেন তিনথরে ॥
ইসিং লমবী থিথরে লৈপাক লৈসা থাইথরে
অতিয়াস্তু হাংহৌরে মকমদবু লৈহৌরে ॥ ৬২

ঈসিংগী কোংগোম্বা তাকথিবশুম তাইবং হকচাংস্তু মাংথরে; হকচাংগী মৈসা ইনিন পীরম্বা মৈস্তু মৈদা তিনথরে, থবায় নিংসা লোল্লম্বা মুংসিংস্তু মুংসিং মসেন তিনথরে, হকচাং পুম্বা মাংথিদুনা অতিয়াস্তু হাংহৌরে মকমদবু তাইহৌরে ॥ ৬২

য়াইবী মৈগী ময়ায়দি মসানস্তু তিনথরে
ইসিং মুংসিং ময়ায়স্তু লোইনদুনা চংথরে ॥
ময়ায় মতিক কোনদুনা লৈপাক লৈসা লৈহৌরে
অতিয়াগি ময়ায়দি অতিয়াদা তিনথরে ॥ ৬৩

পুম্নমকপু চাক্কুনা য়ায়বী থবায় ওইরম্লীবা মৈগী অচাকপা হায়বা ময়ায় অহুস্তু মপুং ওয়রিবা ময়ায় অহুদা তিনথরে, ঈসিং মুংসিং অনিগী ময়ায়স্তু ঈসিং ইনিন অপুম্বা মুংসিং ইথক তোংদুনা লোয়নদনা চংথরে, মপুংদবু তিনথরে, মালেম লৈপাক লৈমস্তু ময়ায় মতিক কোনদুনা লৈপাক লৈসা লৈহৌরে, অতিয়াগী ময়ায়দি অতিয়াদা তিনদুনা, অতিয়াবু ওয়রথরে ॥ ৬৩

পোৎচং মতা স্থূবাগী ময়ায় মতা লৈবনি
ময়ায় মতা তিনবগী ইপুরোইবু ওয়বনি ॥
ময়ায় মতা থাইরদ ইপুরোইস্তু থাইথরে
তোঙানখিবা খিবিকতি মপুংদস্তু তিনুরে ॥ ৬৪

মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক অতিয়া হায়বা পোৎলম মঙা মুবাগী ময়ায়সু মঙা লৈবনি, ময়ায় মঙা অসিনা তিনবগী নিংসিংবা ফংহুনা ঈপুরোইবু ওইবনি ময়ায় মঙা অসিনা খাইদোক্লখিবদা ঈপুরোইসু ময়ায়সিং অহুগা লোইনহুনা খাইথরে, মঙাঃক্লা পুনসিনহুনা অমা ওইরম্বা অহুনা, অমা অহুনগী তোঙান তোঙান্না খাইদোক্লনা চৎ-থ্রিবসিং অহুদি মপুং ওইরিবা অহুদা অমুক তিলুরে ॥ ৬৪

ইপুরোইনা লৈবগি মঙা মসিং থংজখি
ইপুরোইদি অপোকপা থোরায় হাইনা হাইনখি ।।
ময়ায় মঙা খাইদুনা থোরায়সিসু খাইথরে
থোরায় হাইনা অতোপ্পা তোঙাননবু লৈতরে ।।৬৫

ইপুরোইনা তাইবং মুংদা চংহনা লৈবগী, পোৎলম মঙানা তিনহুনা ওয়বনি হাইবা থংজখি, পোৎলম মঙা অহুগী ময়ায় মঙা অহুবু থোই হায়হুনা, ইপুরোই অপোকপবু থরায় হায়না হায়নখি, ময়ায় মঙা অহুনা খাইদোক্লখিবদা ময়ায় অহুবু থোরমবীবা থরায়সু মখিগা লোইনহুনা চৎখরে, থরায় হায়হুনা তোপ্পা তোঙান্না অমমুক লৈহোনদরে ॥ ৬৫

ইসিং থুজোপ য়াউবনা ইপাকতবু হৈয়গা
ইপাকতগী ইসিংবু অমুক হননা সোক্লগা ॥
হৈথখিবা ইসিংবু তোঙাননবু সোক্লখতে
ইসিং মরোং পানখিদে ইসিং মসক লাইখিদে ॥ ৬৬

থবিজবা ঈপাক অমা ঈসিং য়াউৎ পুরা ওমা হৈজিনপা, ঈপাকতা অমুদগী ঈসিং অমু অমুক হন্না সোকচনুবা, হৈথবিবা ঈসিং অহুত্তা [illegible] ভোতাম্না লেংকৎলকপা য়াদে, ঈসিং য়াউৎ অমুমু ইপাক অমুদগী হন অমুমক ওইথরে, ঈসিংগা থিনথরে, মপি মচা হৈজিনখিবা ঈসিং য়াউৎ অমুনি য়াহুনা ঈপাক্কী ঈসিং অমুনি হায়বা ঈসিংগী মরোং মসক মাইথিবরে। ৬৬

পোকপা সিবা হায়বনু মরোং সুমন ওয়রিয়ে
ভেংবানবগী কুইথেদি মতৌসিনি হায়রিয়ে।
মতুং তাবা রাবিদি ইবেমদা হায়গনি
রাবি মরম বিবিকতি অমুক হন্না থনগনি॥ ৬৭

ঈসিংদা ইসিং হৈজিনগা থাবলোয়রবা য়াদনা তিঙ্খিখওম, পোকপা সিবা হায়রিবা অসিনু মতৌসুম্না ওয়রিয়ে, থরায়গা হকচাংগা থাইদোক্তুনা হেক সিবদা, হকচাং ওয়রম্মীবা পোৎলম মওা অমুনু ইপুরোইগী মসা ওইরিবা পোৎলম মওাদা তিনথরে, থৌরম্মীবা থরাই অমুনু পুন্নমকপু থৌরিবা ইপুরোইদা তিনথরে, মতিক মরাই লোইনবা, মতিকনু মরাইনু ইপুরোইগী মতিক মরাই ওইথরে, ভেংবানবগী কুইথে মরোংদি মতৌসুম্না ওইদি, মতুং তাবা রাবীনু ইবেমদা হাবিদি, মীয়বা রাবী মরম বিবিক্তি ইবেমদা অমুক হন্না থনগনি॥ ৬৭

[illegible]
[illegible]

মপ্ৰু মনাই ফুংলোনা ইপুরোইবু সোনজরি
অপোকপবু সোনজহুনা তরা থাদা চংজরি ॥ ৬৮

মপুগী মনায় ফুংলোন', অপোকপগী মিংথৈবু তৎতনা সোজসি, ইবুংঙোগী থৌগনবু তৎতনা তৌযসি হায়হুনা ইপুরোই অপোকপবু সোন্দুনা তারা থাদা চংজরি ॥

—:(0):—

থরায়গীসু থরায় ওয়রিবী ইবেম্মা, লাইরেম্বী সিজবী, তেংবানবগী মপু ওয়রিবী ইপুরোইব থাগোজহুনা, অপোকপবু নিংসিংজহুনা, অপোকপবু থুক্কমহুনা ইবেম্মগী নফমদা লাইগী পাওবু হায়রগে তাও, তেংবানবা পুম্নমক অসিদগী পুমথোই থোইথরবা মহাক্কী মথক্তা অমমুক লৈথিদরবা তেংবানবগী পাওগী লীথুন পুম্নমক মাঙোন্দা থরুবা, খৈরবা ইপুরোইগী থৌজানগী পুক্নিং অমদগী থৈ-ইসিং-নুংসিং-লৈপাক-অতিয়া মঙামক তেংবাংনহুনা, তেংবানবা হায়বসি ওয়রে তেংবানবনা ওয়রবদো, ইবু ঙোগী লৌসিংসু থোয়না হেন্না চাওথৎলক্কনা কুম্মৈ ওয়নবগীদমক ইবুংঙোগী পুক্নিংনা তাইবংপানবা ওয়থরে। তেংবানবগী মপু ইপুরোইগী মতিকতি মঙান অহুম সুবনি, অকবা, কন্নবা, নাপম (অথোই-অহেন-অতোন) হায়রিবা অহুম অসিনা, অহুম অসিনা ইবুংঙোগী মঙান ওয়বনা, ইবুংঙোগী মসাবগী ওয়রিবা তাইবংপানবা পুম্নমকসু অহুমসিনা পুনবনি, তিক অহুম অসিনা মথোই থুদিংমক্কী অমগী অনিনা য়েন্নবা ওয়হুনা থৈবায়নরি, থৈবায়নরিবা অনিমক্না তাইবংপানবগী থবক ওয়হুনা তাইবংপানবা পুম্নমক

অসি থবক্তী মসক ওয়ম্লিবনি. অফবা অদ্না মচং ওয়্দ্না পুম্নক্তী মথক্তা লৈম্নগা মহাক্তী মাংতদবা অকবা অদ্ উংথোক্লকই, নাপন্ন অদ্না তমথং ওয়দ্না অফ-ফত্তা য়াম্লনা থবক পুম্নমক মহাক্তগা তৌনিংই, তৌনিংবগী থৌম্বংবা .পাকই, অনিদ্গী মথাদা ফত্তবদ্না লৈদ্না ফত্তবা তমথিবা পুকচেম্না য়ৈথায়।

তাইবংপানবব্ধ লেম্বীবা মপ্ অমা লৈ, মহাক্লা তাইবংপানবা পুম্নমকপ্ য়োকপি, মহাক্লা পুম্নমকপু চপ মাম্লনা খুসি, মংঙোম্না অনগা তমগা খেম্নবা করিম্ন লৈতে, পুম্নমক্তা মহাক্লা চংহুন্না লৈবনি হাইনা থংহুনা, মপুগী পুক্লিং বাথন অহুগী মতুং ইম্না চংজদবনি হাইনা চংলিবা মীওই অহুবু লাইনিং পুক্লিং চংপা কৌই, লাইনিং পুক্লিং চেন্দুনা লাইনিং লম্বী থীথিবনা অপায় খৌন্নাং লৈরোই কয়াংসিংগী মিত্তাবা লৈরোই, মপানদগী কনিওম্বা পোৎসক অমদগী মসাগী মুত্তাইবা তাললোই মিকুপ অমতং মুত্তাইবনি হাইনা থম্বাগীদমক, তুংদা অবাবা লেম্নোবা অদ্ থক পামদে, থমমোয়গী মস্লুংদগী অসেংবা লৌসিংগী মতান অদ্গা লোয়ননা, অহুদগী পোকলকপা অবাবা য়াওদবা অরেম্বা অহুদমক পাম্বী, মহুতদা মপুগী মতান ফংজহুনা সিদবা মিংচং ওয়হুনা অকবা ওয়গনি, মপুগী মতান ফংলবা মীওয় অহুদি তাইবং মপোক্লা পোক্লবম্ন অথোয়বা ওয়হুনা পুম্নমক্লা লাইগী মপোক্লি হায়গনি।

নাপন হায়বসিনা, লন, মিংচং, মহৈ অমম্লুং পাত্তল হায়রিবা পুম্নমক অসিদা মহাক্লা হেম্লিংজি, হেক নিংতকপদো হেক্তা পাং-থোক্লিংবগী লাংতক্লবা পোক্লবই, পুম্নমক মহাক্তী মথাদা থম্লিংজি,

তাইবংপান্বগী মন্নুংদা ঐনা মহেল্লে, ঐনা মকল্লে, ঐনা মচাওল্লে হায়না অস্নুমা লেপ্পা পাম্লিংঙি, করম্বা অতোনবা হায়রিবা অসিনা ওপ্পোক্কা তুকচবা পুকচেন চেল্লি, থোঙানগী লমচং লৈতে, ইকায়বা থংদে, নমঙা নমথেক পাম্মী অফ করু বাখল লিংদে, মীনা উত্রগা লোয়রে হায়বগুম্বা হৌরান পুকচেন চৎলি। অসা অয়াক ময়ায় ক্লাবা চিঙ্গাক চারিবা, অমনা অপুম অসা নমথী হাথী পামত্তুনা মোংনা থীনা লৈরিবা অনি অসিদি তাইবংগী অপাম থোরাংগী খ্বাথন্দা তাওত্তুনা লৈরিবা মীওয়সিংনি, তাইবা চিঙ্গাকসিং অসি পোৎসকসিং অত্তুগী নত্তু ইম্না ময়ায় মথন অহুম হুরি। তাইবং খ্বাগী থুংচং খাংদবা মসদনা মুঙবা মহৈ মরোং অথোং অমেংবা অত্তুতা চাবা অপুম অসা অখায়াক চাদবা মীওয় অত্তুনা চিঙ্গাক্কী মত্তুং ইম্না পুক্লিং যাম্না লুই, ইংঙি, অফবা পুকচেন চেল্লি, মতম পুম্নমক্কা থোঙানগী মমক ওয় বাহৈ খোনকম অয়াকপা অসাওবা লৈতে অপাম থোরাং লেপ্পাকপা ওম্মী অবাবা হুডায়বা, অহিংবা অসাবা, কপ্পিংবা নোকনিংবা হাংথরিবা থোরাংবগী থুদমসিং অসি মাংথিত্তুনা, "ঐগী" হায়বা খাথন কৈথিদত্তুনা ইপুরোইগী লম্বীবু মহাক্কনা ফংকৈ, অপোকপাগী মতিকপু মহাক্কনা খংকৈ, তাইবং মীওয়না পোক্লবস্তু লাইগী পুওচেন চেন্দুনা লাইগী মতিক ফঙথি, মীওয়বনা ওয়মঙ্গাবা লাইনিং চেংপা মুম্বু মহাক্কনা ওয়জখি, তাইবংমী ওয়রবস্তু পুরেমক্কনা লাইনি, লাইংপাকনি হায়ত্তুনা, মতিক ময়ায় অত্তুনা সিদবা লেংবা উপাম ওয়ত্তুনা লৈহৌই।

মহৌসা কৌবী লাইরেম্বীনা পিরিবা মহৈ মরোং থিথিকপু

অমুক হুয়া। সেম্বগা ময়ায় অমুক হাঙ্খুনা অহাও অথুম তিম্দুনা থবায় পেয়া চানবি, অচংবা অতেকপা চাবনা চারিবা চিঙ্গাক অহুপী ময়ায় কনবনা হকচাং পাজল কনহুনা বাপন মথোই কায় পুয়মকপু ওয়িংবা নিংথৌগী পুকচেন চেল্লি, চিঙ্গাক অহুপী ময়ায়গী মচুং ইয়া অগৌবা খুন্তম পাম্মী, মহী ময়ায় কনবনা অপাম খৌরাংগী মৈচাক কল্লি। তাইবংগী চানবব" হায়রহুন। মহৌসাবা পিরিবা, মতম নায়না মুনহল্লিবা মতম নামনা হুল্লিবা মহৈ মরোং খিবিকপু মতম হেয়া থনহুনা। পংহন পুক্ন-হুনা মহিক মতাং চংহুনা মচু মরোং ওয়াগা অপুং অসা অহুব চাবিবা অথোংবা পোৎপুম্ব চজিক অপুম্বা ওয়রগা পুকনিং পেয়া চারিবা কা বু অদো, সিংলী তাংলী পুয়মক তমথীবা ময়ায়না সিন থু লবনি। তমথীবা ময়ায়না মস।" সিন থু'লবনিনা, পুক্নি সু তমথীবা পুকচেন চেল্লে, অপাম লুংসিগী বাথল্লা তাওরে, কজরবা চাকচা পুকচেয়া মীগী কানা মিংয়েং থম্মে, মীগী মরল প'ম্মে, লাইয়া চুতং ওয়রহুনা কলক মীহৌবা হেল্লে, তাইবপাম্বগী মথুংদা লাইবক থীবা হায়রক্তু মহাক ওয়রে, অসা-অয়াক অপুন অসা চাখিবা" অহুনা চিঙ্গাকী ময়ায়না মসাদা" লায়থং পোক্লে, তেংবানবগী মপু ঈপুথৌগী থৌনা য়াথং অক্না সু তায়গী লম্বী চংপা ওয়রে, মহাক্না তৌথোক-যকপা পুয়নক্তা লংজমক্তা ওয়রে। মতৌ অহুম্বা অপাম লুংসিগী ঈবক ঈপোথ কনবনা অংয়মা পুল্লি মাংহন্দুনা মীবু হাংপা হায়রবি থর'মু হাংপগী লংজবা মৈচাকসু মহাক্না ক্ষৈরে, অরেম্মা থবায় মরোন কংহনখিবনা তিনথুং লাইখুং

চেন্দুনা খানা নানা থাংওমদনা সিজেরে। চৎথরকইবা হাগী অসিদগী ইপুরোইগী মতিকপু থংওয়িনি হায়রহুন। লাইরেম্বীগী মকমদা হায়জরিবা অসিনি।

অথোই, অহেন, অতোম্ব হায়রিবা ময়াই অহুম অসিনা ইপুরোইগী মতিক্নি, মতিক অহুম অসি লৈবনা তাইবংপানবগী মফুংদা অক, কত্ত, নাপম হাযহুনা মরোং অহুম স্থরিবনি তাইবং মরোংদা পোক্কবা কয়াৎসিং অসিনা হাইরিবা ময়াই অহুম অসি সুমা কংদে অমত্তা চিংহুনা চংখিহুনা অতৈ অনি অহুবু লৈ হায়বা থংহন্দে হায়বদি, মতিকী ময়াইসিং অহুবু লাকসিনবা ওমদে, ময়াইসিং অহুগী অমনা চিংহুনা চংলি। অকবা, কত্তবা, নাপন ময়ায় অহুম অসিদা পুহুনা চংলিবা তাইবং মীওয়বনা, মতিক ময়ায়না চংজরিবা ইপুরোইবু সোনহি, করম্বা চাকচা সাজৎনা অকবনো, অকবা হায়রিবহুগী মরোং মতৌনা করম তৌবগে হায়রহু তাইবং মীনা সিনবি ময়ায় মতিক অহুম অসিগী হৌনসা, সাজৎ য়াহীপ চাকচা যুমা থংলহুনা ময়ায়সিং অসিবু লাকসিনবা ওয়রহুনা, ময়ায়সিংদগী পোক্কপা অবাবা, মুংতাইববু চপ মামনা থনবা ওয়রবা মীওয় অহুদি, তাইবং মেন্দা পোক্কবস্থ মীনা লাইনি হায়না সোয়রি। অকবা, কত্তবা, নাপন অহুম অসিনা চংপা হৌনবা সাজৎসিং অহুবু লাকসিনবা ওমলবদি, ময়াই অহুম কংবা কৌরে, মতিকী ময়ায়সিংদা পুত্রে হায়রহুনা মাহাকপু "লাথোক্কবা" হায়রদা কৌরে, মাতোন্দা তাঁইবংগী অপুনবা লৈত্রে কেৎথবা থবক অমগী তৌজবন মতৈগী দমক থৌদাংবা লৈত্রে, থবিতব থবক অমগী তেকচাক

মহৈসু" কংজে লাইগী পুকচেল চেনথরে, মহাক্কী পুক্কিং অমো অমোংপা অনৈবা লৈজে, য়াম্না লুপ্রে, তাইবংপানবদা লৈরিবা পুন্নমক অসি মাঙোন্দগি চপ মান্নবা উপ্রে, মহাক লাই হায়বস্তুমক ওয়রে, অহুগা তেংবানবা পুন্নমক অসিগী মপু ওইরিবা মহাক্কী মথক্তা অমমুক লৈখিরবা, মাঙোন্দগী হৌবা, মাঙোন্দা লোমগদৌরিবা, মাঙোন্দা থক্লবা থৈরবা ঈপুথোই হায়রিবা অহুগীদি, মহাক্কী পুন্সি হায়রবা লৈখিদরে, চহি মসিং মথা লৈখিরে মহাক্তি কৈদৌঙৈ ওয়রকপনো কৈদৌঙৈ লোমগদৌবিবনো হায়বা লৈজে। তেংবানবগী মপু ঈপুথোইনা লেংদনা লৈবাগী মহাক্কী মবুক মমুংদা হুমিং থা অপারবা পুন্নমক লৈহুনা অমসুং অহৈংবা অসাবা ময়ান মাঙোন্দুনা চহি কুমজা হায়রুবতুদি চহি হায়ংদো ঈপুথোইনা চহিনি, ঈপুথোইদগী হৌবনি ঈপুথোইদা অহুমক হিন্দুনা ঈপুথোইনা পুন্সি অহুমক ওয়বনি, ঈপুথোইগী থোঙ্গাই তেংবানবা ওয়রবদা, তাইবংপানবস্তু ওয়রদনা' পুন্নবকপু পোকপবুস্তু পোকপিরকপনি হায়হুনা ঈপুথো হায়না থংলরে, "মঙাং-লুয়াং-থুমন" (হৌবা কুংবা" লোয়বা) হায়বা ঈপুথোগী মতিক্কী ময়ায় অহুম অসিনা ঈপুথোগী পুন্সিনি, অমুক হৌবা, অমুক কুংবা, অমুক মাংবা" অহুম অসিনা তাইবংপানবা হায়বা মতুপ অহু ওয় হায়হুনা তেংবানবা পোকপিবা ঈপুথোগী পুন্সিবু হন্দ্রিদনি হায়বা থংগনি।

থৈ-ঈশিং-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া হায়রিবা অচৌবা অহকপা পোংজম মঙা অসিনা তিন্নপা, ঈপুথোইগী মবোং কারাং কিহুপা ওয়রিবনি, তাইবং মীগী মথোংসু ঈপুথোইগী কিহুপ্তা অহকপা

পোংলম মতাংমক্তা ওয়রবনি, জেংবাম্মবগী মফুংদা জেংবানবগী মস.” অহুমমক্তা পিক্তা তাইবং কৈয়াং ওয়রবগী জোত্ত'নবনি নিংখনি, ইপাব ইচাওবা, ইসিং মরিক ওয়রবপা, ইসিং মরিক ময়ায়া ইপাক ইচাও ওয়বা, মরিক অহুগা ইচাও অহুগা ইসিং মরোং মায়বত্তম তাইবং- খীগী কয়াংস্তু জেংবানবগী মরোংনি, উক্তাও উরেম খোংমাং হায়বসি, পাম্বীসিংগী মযক্কগী অচৌবা পাম্বী অমনি, খোংমাং অহুনা মপা মরোং কয়'চাওনা চিক্তা লেয়া হৌহুনা লৈবা উরগা, পাম্বী চাওখিবা অহুমক্কনা পুক্নিংদা অকিবা অথুকপা পোক্কুনা পুক্নিং মরাই জুকইখনি, অহুক চাওপ্রবা খোংমাং পাম্বী অহুগী মরোং ম.তৌ স্থনা পিকপ্রবা মক্কগী” মমুংদা লৈ, খোংনাং মরোং স্থনা খোংমাং মরুদ” লৈবত্তয়া, লাকওমজবা জেংবানবগী মরোংস্তু পিক্কখা তাইবং হকচাং ঙুংদা স্থনা ভিল্লিয়ে, তাইবং মপুনা তাইবংপানবা পুয়মক কোমস্তুন পানবত্তয়, কোম্মুং অমা ওয়স্তুনা পিক্ক। স্থনা পাল্লিয়ে।

তাইবং হকচাং ঙুংদস্তু ইপুরোইগী অথোইবা মতিক অহু কুদোকপা ওস্বা ময়ায় অহুনা লৈবনা, নিংসিংবা ফংস্তুনা অফ ফত্তবা, অচুম্বা অয়ানবা খন্দোক খজিন তৌহুনা, অকবর লৌসিং লৌসিংস্তু তাইবং হকচাংদগী অহুমক পোক্কুনা, মীওয়বনা পুরি রাখল, লৌসিংনা নৈনদুনা তাইবংপানবা পুয়মক অসিবু ওয়হ খইবা ইপু:খোবু মসক খংজখি, ইপুখোগী মতিক ময়ায়গী মতান মসাগী” মমুংদগী অহুমক কংজখি। মৈগী মরিক মকোম অম মৈরি মৈজাও হৌবা, মৈ অহুদগী মৈ লৌখোকখিবদস্তু মৈ অহু মরোং তাবা লৈত্তবত্তয়, জেংবানগী মপুম, তাইবংপানবা [illegible]

হায়দুনা ঈপুংথৌগী মতিক্কী মরিক মকোন অমমম্মা তাইবং মুংদা চংদ্রনা তাইবং হকচাং অমমম ওয়না, তাইবংপানবা পুম্নমক অনিনা থরায়গী মসক ওয়না থাইদোরকপদা মাঙোন্দগী কবিসু ময়েং তাখিবা লৈতে, মবোং কায়খিবসু লৈতে, মপুং অদুদগী মসক অমগী মমিং অমমম পান্দুনা তাইবংপানবা পুম্নমক অসি থাইদো-রকদুনসু মঙামক্কী তেংবানবা হৌনবা ঈপুরোইগী বায়েনসু কৈদৌ-ঙংদা কায়খিদে, কোংরৌথক্কী ঈসিংনা মালেম থক্তা তারগা ঈসিং ইচেন ওয়রদুনা তু"-খোং পুম্নমক্কগী চিংদুনা, ময়াম্বা ঈচেন ওয়না চেংল্লবা অদুবু মমিং তুরেল কৌরে, মসক মরোং মতুং হম্মা তুরেল লাবা অমোম হায়রে, মমিং মথা য়াম্মা থোনখরে।

ঈশিং অদুনা মমিং তুরেল কৌরগা ঈরম মতু ইম্না চেনখিদুনা ঈপাক ইচাওনা তিনখরে, ইচাওদা তিনখরবা মতম অদুদদি ইচেনগী ইসি নি, খোংবানগী ইসি নি, পাংকী ইসি নি অমসুং তুরলগী ইসি নি হায়ব ঙমি নথা মুংখরে, ইশিং মসক নায়খিদরে পুম্নমক্কী ইপাক ইচাও হায়খরে, ইপাক ইচাওগী মথক অদুদা মুংকিংকী মৈদানা লাংচগা ময়সা অদুনা ইশিং অদুবু চিংদুনা ইশিং ইরং মরিকপু লৈচিন নোংকেন ওয়দুনা মৈখুগী মতমগুম্না কোংরৌ থক্তা হাইগংলক্ল। ঈসিং অদু মুংসাগী মৈসানা লৈচিন ওয়না চিংখংলক্লগা মুংসিংন, তুম্বাদা মুংসিং ইথক তোংদুনা অতিংয়াদা তিনখরে, অদা বদ লৈরিবা অইংবা, ইসিং পোকপা মুংসিংকা ফংনদুনা ইসিং ওন্দুনা নোং ওয়না অমুক চুরগা, তুরেল ইচেন ওয়দুনা ইচাওনা অমুক তিনখরে, ইসিংনা চংনা থোক্না

লৈবগুম, তেংবানবসি চংনা থোক্লা তৌদুনা লৈরিয়ে।

ঈপাক ঈচাওনা ঈসিং মরিক ওয়রকপা, ঈসিং মরিক অদুনা ঈপাক ঈচাও অমুক ওয়বা, হঙ্গং-হন্দা মরোংদি ওনবা ময়েং তাখিবদি লৈতবগুম্না অপোকপা লাইনিংথৌসু মতৌসুম্না ওয়রিয়ে, তাইবংপানবনা সিরগা মরোং মতৌ কায়খিদুনা অপোকপা লাইনিংথৌদা পেনখি, তেংবাংবা পুম্নকসু ইপুরোইনা চিংসিনগ্রগা মরোং মতৌ পুম্নমক মাংখি, সারোন থুনা থুপসিনখিদুনা অতিংকোক্তা ডাইহৌই, অতিংকোক অদুনগী তেংবানবা অমুক ওয়রক্লগা অতিংকোক মাংখরে তেংবানবা হায়ররে, সনা সল অমনা চংনিং থুনমরি থোক্লগা সনা সল অমা হায়বদু মাংখিদুনা চংনিং অমমম হায়ররে, চংনিং কুনমরি অদু অমুক সুংজিল্লগা, চংনিং কুনমরি মাংখিদুনা সল অমা হায়ররে, অসুম্না মরোং ওস্থোক ওনসিন তৌবদা সনা অদুগী অকুন্বা চাং অদুদি ময়েং তাখিবা লৈতে, অদুগুম্না তাইবংপানবন চংনা থোক্লা মরোং মতৌ ওন্দুনা লৈরিবা অসিদা ঈপুরোইদি লেংদ্রি ময়েং মসোন তাখিবা লৈতে। তাইবংপানবা পুম্নমক অসি ঈপুরোইগী মসাগী মরিক মফোন অমমম্না ওয়বনি, ওয়রকইবা পোৎসক অদুগা লোয়নররকইবা মতিক ময়ায় অদুনা হেক চনখিবদা তাইবং মরোংসু কায়খিদুনা মসাদা অদুমক তিনখিবনি, নিংকুপ থুদিংগী সক্লোন সারোন তৌদুনা ওল্লিবা তাইবংপানবনি, অকুৎপবু মেনবনি অতোংববু লৌবনি অকুংপ কয়ানা তোংথ্রে, অতোংবা কয়ানা কুৎথরে, অসুম্না ওয়রিবা অমাং অতা লৈত্রবা তেংবানবা অসিদা পোৎলমসিং অদুগী মসাগা সাগোম্নরকপা ময়ায়সিং অদুনা

চংখিহুনা, পোৎলম মগা অহুব ফাজিনদুনা ময়ায়সিং অহুবু শৌরম্মিবা মতিক অহুসু, মপু অহুপা তিনখিহুনা পোৎলম মগা অহুসু লোৎথি তাহুনা অমগা অমগা তিন্নবা য়াদ্রে, সিদোক্রে (সিরে) মপু অহুনা তিনখরে, অহুম্না ওয়ৎবা তাইবংগী পোকপা সিবা হায়রিবা অসিবু, সিবা হায়বা হৈ অসি তারগা, কিহুনা অব্রাবনি হায়হুনা থরায় সেক্না কপ্পি।

অমাং অতা লৈত্রবা ঈপুরোইগী মতিক্কি, তাইবং কুম্মেগীদমক মঙ্গৎ-হন্দা মরোং মশো ওনবতানি, থব যদি অমাং অতা লৈতাবা ঈপুরোইগী মসানি হায়বা রাসী নৈহুন পবেং অসিনা অমম্বা অচকপা পুম্নমকপু মাংহলবা ডগা সিদ হিনাক ওয়হুনা, অপ বা থংদবা পুম্নক কোবহুনা অকি অখ পুম্নক ফাগনি, তাইবং মরোং কুম অসিদি ঈসিগী কা গোংনথোক্নি, কোঙ্গোম্না তারগা উসিদা চনবগুম তাইবং মরোং কোঙ্গোম্না তারগা ঈপুরোইগী মসাদা চনগনি। অতিয়ানা চিচি, পোৎলম মগা অসিনা পোৎলম চন ওয়হুনা, অতিয়া লম্মাং লমজাও অসিদ মৈ-ঈসিং-নু সিং শেম চয়নরগা মালেন লৈম চোংখোক্নুনা মগামক্কা তিন্দুনা ঈপুরোইগী হকচাং কয়াৎ ওয়বনি, তাইবং হকচাং কায়াৎ পিসক পাসিন্থু পোৎলম মগা অসিনা তিদুনা ওয়বানি, ইপুরোইগী মসাগী পোৎলম মনে মগা অহুনা তিনহুনা ওয়বগী অপোকপনা ময়োন ওবহুনা লেপ্পনি। ঈসিগী কোঙ্গোম্না তাথিবগুম তাইবং হকচাংসু পংখরে হকচাংগী মৈসা ইনিন পিরম্বা মৈসু লৈবা তিনখরে, থরায় নমসা হল্লা সুংশিংসু মুংসিং মসেন তিন খরে, হকচাং পুম্বা

মাংখিদুনা অতিঙ্ড সু হাংদোরে মকমদু ভায়দৌরে। অসং অমান প্র-মকপু চাক্নুনা য়ায়বী থরায় ওয়রম্বীগা নৈগী অচাকপা হায়বা ময়াং অদুসু মপুং ওয়রিবা ময়ায় অদুনা তিনগ্রে, ঈসি সুংসিং অনিগী মং-য়সু ঈসি গী ইনিন অপুম্বা সুংসিং ইথক তো দুনা লোয়নদুনা চংগ্র-মপুংদবু তিনখরে, মাংলেন লৈপাক লৈসাসু ময়ায় মতিক কোনদুনা লৈপাক লৈসা লৈহৌরে, অতিঙ্গাগী ময়ায়দি অতিঙ্ডাদা তিংদুনা অতিঙ্ডাবু ওয়খরে। অংকপা পেংকলম মন্ডা সুবাগী ময়ায়সু মং লৈবনি, ময়ায় মন্ডা অসিনা তিনবগী নিংসিংবা যংদুনা ঈপুরোইগী মতিক ফংবনি, ময়ায় মন্ডা অসিনা থায়দোক্লখিবদা ঈপুরোইসু ময়ায়সিং অদুগা লোয়নদুনা থাইখরে, পেংকলম মন্ডা অদুনা পুসিন-দুনা অমা ওয়রম্বা অদুনা, অমা অদুংগী তেংভান তোঙ্ডাম্না থাই-দোক্লন্নুনা চংগ্রিবসিং অদুদি মপুং ওয়রিবা অদুদা অমুক তিল্লুরে।

ঈপুরোইনা তাইরা সুনা চংনুনা লৈবগী, পেংকলম মন্ডানা তিন্দুনা তাইবংপানবা ওয়ববনি হায়বা খজখি, পেংকলম মন্ডা অদুগী ময়ায় মন্ডা অদুবু থোইহ হায়দনুনা ঈপুরোই অপোকপবু থরায় হায়না হায়নখি, ময়ায় মন্ডা অদুনা থায়দোক্লখিবদ ময়ায় অদুবু থোরম্বীবা থরায়সু মসিগা লোয়ননুনা চংখরে, থরায় হায়দুনা তোপ্পা তোঙ্ডাম্না অমমুক লৈহৌদরে।

করিগুম্বা ঈপাক অমদা, ঈসিং য়াঙ্ডব থুয়া অমা লৈহজিল্লগা ঈপাক মদুদগী ঈসিং অদু অমুক হন্না সোক্কংলুবদা, লৈথখিবা ঈসিং অদুতা ওয়না তোঙ্ডাম্না সোক্কংলকপ য়াদে, ঈসিং য়াঙ্ডব

অহুম্ব ঈপাক অদুগী মসা অদুমক ওয়খরে, ঈসিংগা ঈসিংগা চিনখরে, মসিনা হৈজিনখিবা ঈসিং য়াউম অদুনি, মাদুনা ঈপাক্কী ঈসিং অদুনি হায়বা ঈসিংগী মরোং মসক নায়খিদরে। ঈসিংদা ঈসিং হৈজিন্নগা থায়দোক্নবা য়াদনা চিন্নখিবগুম, পোকপা সিবা হায়রিবা অসিসু মতৌঅুন্না ওয়রিযে, থবাংগা হকচাংগা থাইদোক্নদুনা হেক সিন্দা, হকচাংগী সক্নক ওয়রম্মীবা পোৎলম মচা অহুম্ব ঈপুরোইগী নসা ওয়রিবা পোৎলম মচাদা চিনখরে, থোরম্মীবা থবায় অহুম্ব পুম্নমক্পু পৌরিবা ঈপুরোইদা চিনখরে, মতিক ময়াম লেইদনা, মতিকসু ময়ায়সু ঈপুরোইগী মতিক ময়াম ওয়খরে, তেংবানবগী কুমদৈ মরোংদি মতৌঅুন্না ওয়রিয়ে, মচুং তাবা বারীসু ইবেমমদা হায়খিনি, লৈথ্রিংগী বারী নমম খিবিক্তি ইবেমননা অমুক হন্না থনগনি।

নপুগী মনায় ফুংসানা, অপোকপগী নিংথৈবু তংতনবু সোন্নসি, ইবুংঙোগী থোগনবু তংতনা তৌরসি হায়দুনা ঈপুরোই অপোকপবু সোন্দুনা তরা থাদনা চংক্লরি।

---

## মাপনসুবা তাংকক।

ওঁ য়ায়কবা য়ায়কবা য়ায়কবা।

ইবুংঙোনি সোরারেন লাইরেম্বীবু য়েংদনা
তেংবানবগী বারীবু মখং মনাও হায়দনা
ইবেম্মগী পুক্কিবু মরা তপ্না ইহল্লি
মু চাই খোইবা নরীবু অমুক হন্না তাহল্লি॥ ১

লাইনিংথৌ সোরারেন্না লাইরেম্বী সিদবীবু য়েংহনা, তাবদা অপেনবা লৈথিদরবা, হায়রক হায়রকপা বারী লৌথুনা পরেং অহু তাবপা, মমহুনা লৈরম্বা খণ্ডন উরমদবা পুন্নমবপু উরকপা পুক্নিং ময়োল চোংথংপা মুংডায় থোয়থরবা ভেংবানবনা ওয়রবগী বারীবু মপাং মনাও লৌহনা। ইবেমমা লাইরেম্বী সিদবীগী পুক্নিংবু মরা হপা ইংনা তালহল্লি॥ ১

তাইবংপানবা মরুপতি ইপুরোইগী মমিনি
ইবেমদি লাইরেম্বী পুক্নিং তপ্পা তাগানি।
মিনা ওয়বা মরম্না "তাইবংমীন" হায়রিবে
মিগী মচু মুবানা ইপুরোইবু খ থিয়ে। ২

ইবেন্মা লাইরেম্বী সিদবী পুক্নি তপ্পা তাও, করিগুম্বা পোৎসক অনা লৈরবদি মমি লোয়নবগুম তাইবংপানবা পুম্নমক অসিনা ইপুরোইগী মমি ওয়রহনা, ইপুরোইগা লোয়নরি, হায়বদি তাইবংমুদা ইপুরোইনা চপ্না ময়োল ওমনা লৈরগা, তাইবং মরোং অসিনা ইপুরোইগী মমিনি, মমি ওয়রিবা তাইবংপানবগী মঙ্গুদা। তাইবং মরোং চংথোক্লা তাইবং বাথন সুরিববু ইপুরোইগী মমিমক্তি হায়হনা "তাইবংমীনি" হায়খিবে, মমি ওয়রিবা তাইবংগী মনিনা মুরিবা অসিনা মরম ওইহনা ইপুরোইগী মচুবু খংনরি। ২

অমুবগী ওন্থোকপা অডোবনি হায়রিবে
ইপুরোইগী মচুবু মরম সিনা খংডিবে।

ঙৌবা-মুবা-অঙাংবা লোয়াম্বনা চিংঙিবা
মচু তরেৎ অসিবু তেংবানবদা লৈরিবা ॥ ৩

অঙৌবা, অমুবা হায়বা মচু অনি অসিদি সাগোম্বা মচুনি, অঙৌবা, অমুবা, অঙাংবা, অমসুং লোয়াম্বনা চিংঙিবা, তেংবানবদা লৈরিবা মচু মখন তরেৎ অসিদি অঙৌবদগী অমুবা ফাওবা ওস্থোকপগী মচুনি, অঙৌবদগী ওস্থোকপা অমুবনি, অমুবদগী ওস্থোকপা অঙৌবনি হায়বা খনরে, মরম অসিনা ঈপুরোইগী মচুবু অমুবা তাইবংদগী লাক্তুনা থাডিয়ে। ৩

পুন্নমক্কী এমিদি অমুবগী মচুনি
মমি মচু থংলগা পোংকী মচু থংগনি।
পোংলম মচু তরেংকী মমু মায়োন ঙৌবনি
তেংবানবগী ময়োনবু ঈপুরোইনি হায়গনি। ৪

অঙাংবা, অমংবা, নাপু, লোয়াম্বনা চিংবা পুন্নমক অসিগী মমিগী মচুদি মুই, মমিগী মচু মুই হায়বসি থংলগা অমুবা অঙ্গুগা শান্নাজুনা পোংকী মচু অঙ্গু থংনগনি, পোংলম মচু তরেং অসিগী মমুং ময়োনদি অঙৌবনি, মমুং ময়োন ঙৌবনিনা তেংবানবগী ময়োন ওয়রিবা ঈপুরোইগী মচুনি ওইরে। ৪

ঈপুরোইগী মচুবু মতৌ চুম্না থংরে
ঈসিং ঈরং মরোংসু ঈপুরোইনি হায়নরে।
লাইরেম্বীদি ইবেম্মা পুক্লিং তম্বা তাগনি
ঈপুথৌগী রারীবু লোয়বা নায়দে থংগনি ॥ ৫

মতৌ অসুম্না ঈপুরোইগী মচুবু অঙোবনি হায়না থংনরে, ঈসিং ইরং মরেংদসু ইপুরোইনি হায়নরে, ইসিংনা তুংউ তু উবা ফু অতুগী মরোং মানবা, অমসু অঙোবা মচুনা পোংসক পোংসক্কী মতুং ইন্না মচু মখন ওনবগুম ইপুরোইসু ওন্নিয়ে, ইবেম্মা লাইরেম্বী পুক্লিং তপ্না তাও, ইপুথৌগী মতিক মম্নায়গী বারী পরেং অসিদি লোয়রবা নায়দে হায়না থংগনি । ৫

উরেন খোংনাং মতমগুম ঈপুথৌনা হৌখরে
মরা মথক থংখরে মসা মখা পাখরে ।
তাইবংদদি ওন্নরে লাইরমমেন্দি চুংখরে
ওন্নতৈনা রারীবু লাইনিংথৌনা লৌখরে । ৬

"খোনাং,—খোং+নান=খোংনান (খোংনাং) নি । খোং হায়বদি চংপা, নান হায়বদি লেপ্পবা খোংনাং মিংকুপ খুদিংগী সক্লোন সায়োন তৌতুনা অরেপ্প লৈতনা চংলিবা, অরেপ্পা লৈতবা তাইবংপানবা হায়গনি ।

অমাং অতা লৈত্রবা ঈপুরোইনা বোরৌ থক্কা লেংত্রবা উরেন খোংনাগী মতৌগুম্ব লৈরগা, তাইবংপান পুম্নমক অসিনা মসা মরেং ওয়, লৌচং পথাপ পুম্নমক্কা মনাগী মসক ওয়তুনা মরা লেক্কা ওয়রিবা অতুনা থক্কা, মনা মসা ওয়রিবা তাইবংপানরবা থাদা লৈরি, তাইবংপানবগী, তাইবং মরোংদদি ওন্নতৈনরবা মরোং অসিদা, লাইরমমেন্দদি চুমতুনা, তাইবং মপুনা মরোং মতৌ অসুম্না তাইবংপানবা ওয়হল্লি হায়দুনা ওন্নতৈনা ওয়রিবা রারীবু লাইনিং-

থৌনা লীথরে ।। ৬

মরা লেম্ফু হৌভমদি ঈপুরোই থংগনি
মস' মরেংময়াম্না তাইবংবাননি হায়গনি ।
মরা লেম্ফু হৌভম্ন লাইরৈবাক্তি থংগনি
ফম্বী লেম্ফু ময়োম্না উরেন খোংনাং মউনি ।। ৭

মরা লেম্ফু ওয়রিবা অতুগী হৌরকফম মফমদি ঈপুরোই অপোকপদগীনি হায়না থংগনি, মাঙোন্দগী তংনবা লৈতনা সম্নরক্লুনা সান্দারকইবা মসা মরেং ময়াম অতুনা তাইবংপানবা হায়গনি, মরা লেম্ফু অতুগী হৌভম ওয়রিবা ঈপুরোইনা, ভুডুনা লৈরিবা মফম অতুবু তাইবংদগী লাপথোকবা লাই লৈবাক্তী কোলুংনি হায়না থংগনি, তাইবংপানবা পুম্নমকপু ওইবা য়াবা মচাক মচম পুম্নমক্কা ফমজিন্দুনা লৈরিবা লেম্ফু অতুদগী হুন্নকইবা ময়োন অতুনা উরেন খোংনাংগী মউ ওইগনি ।। ৭

তৌংগী সিংলী লিজাওনা খোংনাং মরিন ওয়রিয়ে
তোংলোম্বদি সিংলীনা ময়োন মতোন লোমিয়ে ।
ময়োন চিংথেক অনিদা মসা অনি থারথরে
মমা মপা হায়বতু অতুবুনি থংনরে ।। ৮

খোংনাং মরিন অতুনা তৌংগী সিংলী লিজাও ওয়রতুনা ময়োন মতোন লোম্মী, ময়োন অতুদগী মায়দবা লীচিং অনিথক থোয়রক্লুনা,

অমনা পিবনা মহাক্কী লমচৎ ওয়বা, অমনা পিরিবছু ভৌসিল্লগা অমুক মসিং য়ামথোকহনবনা মহাক্কী লমচৎ ওয়বা, অনি অদুনা খোংনাং মউ অদুগী মসা অনি ওয়দুনা, অনি অদুনা অমনা পোক-হল্লগা, অমনা পোকথোক্‌না মমা মপা হায়বছু অনিদুনা ওয়রে ॥ ৮

মসা লিসিং খোংবনা লাইগী মরুপ থ.নের
উনা ময়াম থেৎপনা ভাইবংবাননি হায়নরে।
ভাইবং হকচাং কায়াংতা খোংদি মাপন লৈথরে
ঈপুরোইগী খোজায়া মথোং মরম স্থথরে ॥ ৯

মসা লিসিং খোংবনা লাইগী মরুপ ওহথরে, উনা ময়াম পানবা অদুনা ভাইবংপানবা ওয়রে, ভাইবং হকচাং কায়াংতা মথোং মরম মাপন লৈথরে, খিংকী মরম অনি, নাগী মরম অনি, মাতোনগী মরম অনি, চীল, ঈশিংথোং অমাংথোং হায়দুনা, ঈপু-রোইগী খোজায়া মহুং ময়োন চোংনবা, অমস্তুং মচাক মখি ভান-থোক্লবা মথোং মরম স্থথরে ॥ ৯

ঈপুরোইগী মচম্না চংথোনবহু ওয়বগী
ভাইবং হকচাং কায়াংতি য়াংতবনি হায়বগী
ঈপুরোইদি ময়াম্না ভাইবং ম্নুংদা থুপথরে
ঈপুরোইনা লৈবনা ভাইবং পাজল কংথরে ॥ ১০

ঈপুরোইগী মসাগী মচন অসিনা ওহোক্লা চংথোল্লবা হীয়ায় মচন ওয়বনা, মচন অসিনা ওয়রিবা ভাইবং হকচাং কায়াংতা থোক্লা

ইক্লুং পুম্নমক রাংন্তনবা লৈহুনা ঈপুরোইগী ময়ায়না তাইবং মুংদা চংহুনা থুপথরে, তাইবং মুংদা ঈপুরোইনা মরোন মচং ওয়হুনা লৈবনা, তাইবংপানবা পাজল ইচিক হুনথরে।। ১০

তাইবং মীগী থরায়দি ঈপুরোইনা ওয়রিয়ে
তাইবং থরায় পানবনা ঈপুরোইবু থংডিয়ে।
তাইবং নিংসিং ফংথরে তাইবং লৌশিং তাথরে
তাইবংমীগী কায়াংতা পুক্নিং নিংথৌ পোকথরে।। ১১

ঈপুরোইনা তাইবং মুংদা লৈরগা মতিক ময়ায় পুম্নমকপু থৌহুন। তাইবংপানবগী থরায়দি ঈপুরোইনা ওইরিয়ে, তাইবং থরায়পানবনা মসাগী মমুংদা ঈপুরোইন। লৈহুনা থোরগা তাইবং থরায় ওয়বনি হায়রবা থংনরি, ঈপুরোইনা লৈবনা তাইবংপানবা পুম্নমক নিংসিংবা ফংথরে, অফ-ফত্তা পুম্নক্কী রাখল লৌসিং তাথরে, চিঙ্গাক্কী ময়ায়গী মমি পুম্নমক থমোইমু দা তাহুনা, পুক্নিং নিংথৌ পোকথরে।। ১১

মিংনা মনায় ওয়দনা নিংথৌ য়াথং ইনথরে
নিংথৌ য়াথং কিবনা নাকোং থোঙ্গেন তাথরে।
পুক্নিং নিংথৌ থৌগনগী নাতোন লম্বী ফাওথরে
নিংথৌ থৌগন ময়মগী লয়েং মরোন লোনথরে।। ১২

মসক, মহাও, মনম, মথোল, সোক্লবা হায়রিবা মঙাগী থৌরাংবা মঙা লৈহুনা, থৌরাংবদুবু থৌরাংডিবা কায়াংসিংনা

পুক্নিং নিংথৌগী মনাই ওইখরে, মিৎনা মনাই ওয়ত্তুম। লমজিংলগা মসকী মখিবু থমোইমুংদা তাত্তুনা পুক্নিং নিংথৌবু হৌদোকখরে, পুক্নিং নিংথৌসু মনায়না লমজিংবা অদোমদা চৎখয়ে, পুক্নিং নিংথৌনা চৎপ্রিবা মাইগৈ অদোমদা, নাকোংসু নিংথৌ য়াম্বং কিবনা থৌরাং খোজেন থৌগাম তৌখরে, পুক্নিং নিংথৌ থৌগনবী দমক নাংতানসু থৌরাং-মনম ফাওখয়ে, নিংথৌ থৌগনব মরমগী লৈয়েংসু মরান লোনখয়ে ॥ ১২

অক্ষ-কস্তা পুম্নমক লয়েংনবু হায়রিয়ে
অথ-অয়াক পুম্নমক লয়েংনবু তাকইয়ে।
অইং-অসা পুম্নমক হকচাং পাম্না তাখরে
মপান থোংগী থিবিকপু মহাক্তনা তাখয়ে ॥ ১৩

মপু থৌগনবীদমক লয়েং মরোম লোম্দুনা অক্ষ-কস্তা পুম্নমক লয়েংনা হায়রিয়ে, অথ-অয়াক, অসিনবা হায়রিবা মহাও পুম্নমকসু লয়েংনা তাকই, হকচাং পাম্না হায়বদি উনসানা অইংবা, অসাবা, অমোনবা হায়রিবা মপানথোংগী থিবিকপু, অথংবা কায়াং ওইত্তুনা মহাক্তনা তাক্তুনা নিংথৌ থৌগন তৌরিয়ে ॥ ১৩

তাইবং হকচাং কায়াংতা য়েক্সবসু পোকখয়ে
অপাম মুংসি পোকখয়ে কলক-মিহৌ লৈখয়ে।
অসাওবগা মাপমগা য়োৎনদনা লৈখয়ে
সুক্ষংপসু য়াওখয়ে যোগী মপোং পামখয়ে ॥ ১৪

য়েক্লবা তক্লকস্তু হকচাং মুংদা পোকথরে মতুদি, অপাম-খোৱাং, অসাওবা, ৱাপন, কলকমিহৌবা, সুক্ষ্মংপা অমস্তুং মীগী মপোৎ পাম্বা (ওয়ক্ষবা ভানবা) তক্লক অসিনি, তক্লক অসিনা তাইবং-পানবনা লাইনিং পুরিং তাঙকপদা অচৌবা পল ওয়তুনা ঋৈথাই, লীচৎ পথাপ পুম্নমকপু মাংহল্লি তাইবংপানববু সাগী লমচৎ চৎহন্দুম্না লৈথা তাহল্লি হায়রতুনা মখোই অসিবু য়েক্লবা তক্লক হায়রনা খংনৈ ॥ ১৪

> য়েক্লবদি তক্লক্লি হক্চাং মুংদা লৈবনি
> তাইবং হকচাং কয়াংকী কুমমৈসিনি খংগনি।
> অথা-অয়াক অথুম্বা অফকপনি হায়রিবা
> অসা-অসিনা হায়বনা মসিং তক্লক সুরিবা ॥ ১৫

অপাম খোৱাংদগী, অপাম্বাতু ফংদতুনা অসাওবা পোক্লে, অসাওবদগী ৱাপন লাক্লে, পামমিবসিং অতুদা পুক্লিং লপখিতুনা কলকমিহৌবা পোক্লে, মিহৌরিবা অতুবু ফংননবা লম্বী লৈত্রবদি অঙকপা সুক্ষ্মংপা পোক্লে, পেন্দবদগী মীগী মপোৎ ম্বাম্না পামমে, মতৌ অসুম্না য়েক্লবা তক্লক অসিনা তাইবং হকচাং কয়াংকী কুমমৈ মরোং ওগরি। অথাবা, অয়াকপা অথুম্বা, অফকপা, অসাবা অমস্তুং অসিনবা হায়রতুনা মহাও ময়ায় তক্লক অসিসু তাইব পাম্না চৎনরি ॥ ১৫

> মচন তক্লক অসিসু মঙাদগী ওয়রবনি
> ইপুরোইনা তাইবংগী সোয়দনবা সেম্বরি।

পুক্নিং রাখল মপানসু তাইবংমীনা ফংজরি
অপাম সুংসি রাখন্না মপুং ওয়না চৎচরি ॥ ১৬

মহাও মচন তক্লক অসিসু, অহুকপা পোৎলম মঙা অদুদগী অহুৎক থোকপনি, তাইবংপানবগী সোয়দনবা হায়দুনা মহাও মচন মথন মথা খিবিকসু ইপুরোইনা অহুমমক সেম্বনি, তাইবং মীন', পুক্নিং রাখনসু ময়োং মথন মাপন থোক্না ফংজরি, অদুগুম্না পুক্নিং রাখল মাপন অদুগী মসুংদগী অপাম সুংসিগী রাখন্না মপুং ওয়না তাইবং মীনা চৎনরি ॥ ১৬

মোপথা পুক্নিং হায়রিবা অকনববু কৌরিবা
অকি-অথং অঙকপা নোক্নিংববু হায়রিবা।
তুকচবা সাওগৎপা তপথবনা চিংজিবা
রাখল মাপন অসিনা রাখল মপুং ওয়রিবা ॥ ১৭

অঙম্বা তালুদবা, থরায়পানবা পুম্নমক্কা তেংবানবগী মপুদু লেংদনা লৈ, মহাক্কী মথ! পোনগদবনি হায়বা রাখল অমা, পুম্নমক ওয়্নিংবা, লাকসিন্নিংবা অকনবা হায়বা রাখল অমা, মথক থোংবা অমা থমদুনা মাঙোন্দা লংজকববগি অরাবা ফংগনি হায়বগী অকিবা হায়বা রাখল অমা, ইথং থংহৌদমা অকিবা অমা পোক্লক্লনা হেক পাথৎপা অথংবা হাইবা রাখল অমা, উথোক ফংদোক্লবা পোৎসক অমদা, পোৎ অদুগী মসক মহাওদা পুক্নিং সুক্লৎখিংদগী অঙকপা হায়বা রাখল অমা, থোংদোক অদুগা পুকনিংদা লৈরমমিবা অদুগা যাম্নরদুনা

অপেনবা পোক্তুনা নেংক্লিংবা হায়বা রাখল অমা, মসক-মঃতৌদা, মনম-মহাওদা অমস্তুং তৌথোকরকপা সাজংতা হৈনজদবা ভুক্কচবা হায়বা রাখল অমা, নিংভম্মীবা অচুগা মানদবদগী মাহু ওয়হল্লিংদহুনা নমথনিংবদগী স'ওগংলকপা হায়বা রাখল অমা, অফ-ফত্ত রাখল চংনং তপ্না খন্দুনা অফবা ওয়ননবা তেপথবা হায়বা রাখল অসি-নচংবা মরোং মাপন অসিনা মপুং ওয়রিয়ে ॥ ১৭

ভাইবং মীগী হকচাদ বা'ংতনবা লৈথরে
পুম্নমক্কা স্থুপুনা থাইবং মপুং ওয়থরে।
পুক্কি মদি নিংথৌনি পুম্নমকনা মনায়নি
পুকনিং নিংথৌ থৌবস্তু থরায় য়ায়বী অসিনি ॥ ১৮

পুক্কিং রাখল মাপনস্তু, য়েক্কবা মথন তক্কস্তু মহাও মথেন পুম্নমক ভাইবং মীগী হকচাংদা বাতনা লৈহুনা, ভাইবংপানবগী থুংদা মথন মথেন পুম্নমক্কা ভিন্দুনা মপুং ওয়বা মবোংবু ভাইবংমীনা ওয়থরে, পুক্কিংনা নিংথৌ ওয়হুনা রাখল লৌসিং অমস্তুং হকচাং পুম্নমক পুক্কিং নিংথৌগী মনায় ওয়রথরে, পুক্কিং নিংথৌবু থৌরিবস্তু থরায় মভাবু থরায়না থৌরগা নিংসিংবা ফংহুনা পুক্কিং নিংথৌ চোংথোক্কখি ॥ ১৮

কাংবোংতবু পান্দমগে ভাইবং হকচাং কাম্নাংভি
য়ায়বী থরায় সাংথৌবা হকচাং কাংবোং থৌবদি।
ঈপুরোইনা পৌরোম্নি তেংবানবনা কাংথোক্নি
ময়োন পৌরোন ওয়বনা তেংবানবনা ওনবনি ॥ ১৯

তাইবং চকচাং কায়াৎ অসিদি, কাংগি কাংবোংকুম্নসি হায়না পান্দবগে, পোৎলম মচাগী ময়াই মচাবু থোরিবা সাথোবা অহুবা, চকচাং কাংবোং অসিবু থোবদি, ঈপুরোই অপোকপনা কাংগী কাখোং অহুবু লেপ্তিবা ময়োম পোৎরোন অহু ওইরগা, তেংবানবনা কাংখোং ওইহনবা, ময়োন পোৎরোন অহুনা ওনবদা কাংখোং ওয়রিবা তেংবানবসু ওন্দুনা, মতৌসুম ঈপুরোইনা ময়াই মচা অহুমা পুম্নবা য়াইবী অহুবু থোহনা তাইবংপানবগী থবায় ওয়রি ॥ ১৯

নিংনরিবা মফম্না তেংবানবগী হৌভম্মি
লোইফম পাংখং মফম্সু মফমহুনা ওইবনি।
তুরেলগীদি অচৌবা মরুদগী হৌরিয়ে
ঈপুরোইগী তু ভম্মা হিদেন মরু ওইরিয়ে ॥ ২০

তেংবানবগী হৌভম মফম অহুবু তাইবংপানবগী নিংনফম মফম ওইরি, তাইবং কুম্মৈ লোয়বহনা মতিক ময়াই পুম্নমক্তা হৌভম মফম তালকপদ, মফমহুদা পাংখং ওয়হনা মসাদা মসা তিনসিনখি, ঈপুরোইগী তুংভম্মা হিদেন মরু ওয়রগা, মরু অহুদগী অচৌবা তুরেন ইচেন ওয়না চেম্বক্কনা, তাইবং কুম্মৈ ওয়হনা মপুনা সাম্নরি ॥ ২০

হিদেন তাম্ভম তক্কি অহনবা থংগনি
মতোন্দগী হৌবনা মরুদবু লোইবনি।
মথা তাম্না চেম্বরে ইপাক্কবু তাবিয়ে
সা মরেং পুম্নমক ইপাক্কবু তিন্নিয়ে ॥ ২১

তে.বানবগী মপু ঈপুরোইনা ঈশিং ঈরং ওয়থুনা চেম্বরকপদি হিরেম তাঃভম তরুক শুবনি, মতুদি,—ঈপুরোইনা মহী লইথুনা চেনথরক্লগা মহী অহুদগী ঈ ওইরে, ইদগী সা ওয়রে, অসুম তৌনা ঈপুরোইনা সয়োন তরুক চিংখংলগা তরেংশুবদা ময়োন মহী অহু লেমঃহৌই, মসিগী ইচেন অসিদি ওই-রেং সাম্নথুনা লাইনিং লম্বী তানখিবা অ.নতম, থংনব্রি চুদা চুহিনা সিম্না থুংনা লৈবগুম, সজোমদা সজোম থাওনা সিম্না থুংনা লৈবগুম ঈপুরোইন তাইবংপানবদা সিম্না থুংনা লৈবনি, ঈপুরোইনা মরু ওইনগা মতোন ওইরিবা তাইবংপানবনা চিংথুনা তাইবং কুম্মে সাম্নরগা মরু ওইরিবা ঈপুরোইদা অনুক হিমবনি, অসুমতৌনা থক্লা লৈরিবা ইপুরোইনা মথা তাম্না চেম্বরক্লগা তাইবং ইপাক্লা তারিয়ে, মসা মরেং ওইরিবা তাইবংপানবদা পুম্নমক্তু ইপাক্লা অহুমক থংলিয়ে। ২১

ঈসিং ঈচেন কনবনা ঈসিং ময়েং তারিয়ে
তাইবং অহল খিবিক্লা পামু ঈসিং থংলিয়ে।
তাইবং অহল খিবিকপু ‘ ঐনা ” য়াম্না মুংসিজে
ইবেম্মগী নফমল লম্বী অসি নিংসিংজে ॥ ২২

তাইবংগী অপাব থোরাংগী ঈবাইমা ঈসিং অহুব চিংবদগী ঈসিং ঈচেন কনবনা ইপাক্লা য়াম্না চেম্বখিথুনা ঈসিং ময়েং তারিয়ে, অসিগুম্বা পামু ঈসিং অসিবু লাইনিং লম্বী তানখিবা তাইবং অহল খিবিক্লা থংথুনা চেংনা লুনা থনজখি, অহুগুম্বা তাইবং অহল

খিবিকপু, পাঙ্গল ত.রামাথোইন, থরাই ময়োন ফ তুনা "ঐ" হায়না লেপ্লিবা ঐনা য়ায়া নু সিজৈ, লৌসিং মৈরা ওয়রিবা ইবেম্মগী নকনদা লম্বী অসিবু নিংসিংজে ।। ২২

অপোকপগী তাইবংনি অপোকপগী কুম্মৈনি
অপোকপদি ঈপুরোই তাইবং কুম্মৈ শেম্বনি ।
ঈপুরোইদি অপোকপা থৌজান লৈবুন পিনবিউ
ইবুংঙোবু নিংজগে পাঙ্গল লৌসিং ওয়হলবিউ ।। ২৩
নাওরিয়াদি ফুলোনা ঈপুথৌবু থুরুমজৈ
অফ-মুংঙাই ময়মগী ইবু ঙোদা থৌনিজৈ ।।

তাইবংপানবা অসিদা অপোকপনা, পোকপা হায়বা অতুনা তাইবং কুম্মৈ ওয়নবা হায়তুনা, অপোকপা ঈপুরোইনা তাইবং সেমতুনা তাইবং কুম্মৈ ওয়বনি, ঈপুরোইদি অপোকপা, ইবুংঙোবু নিংজগে পাঙ্গল লৌসিং ওইহনবিউ, থৌজান লৈবুন পিনবিউ ।। ২৩

নাওরিয়াদি ফুলোনা ঈপুথৌবু থুরুমজৈ,
অফ-মু ঙায় ময়মগী ইবুংঙোদা থৌনিজৈ ।।

## মাপনসুবা তাংকক্কী ঈচেন।

লাইনিংথৌ সোয়ায়েম্না লাইয়েম্বী সিদবীবু য়েংতুনা, তাবদা অপেনবা লৈখিদয়বা, হায়রক হায়রকপা য়ারী লীথুম পয়েং অতুনা,

মমতুনা লৈরম্বা থংগুম উরমদবা পুম্নমকপু উম্বকপা, মুংঙায় থোয়খরবা পুক্লিং ময়োন চোংথংপা, ভেংবানবনা ওইবগী ম্বাম্বীবু মথং মনাও লীতুনা ইবেম্মা লাইরেম্বী সিদবীগী পুক্লিংবু মরা তপ্না ইংনা ঙালহল্লি, ইবেম্মা লাইরেম্বী পুক্লিং তপ্না তাও, করিগুম্বা পোংসক অমা লৈরবদি মমি লোয়নবগুম তাইবংপানবা পুম্নমক অসিনা ঈপুরোইগী মমি ওয়তুনা, ঈপুরোইগা লোয়নরি, হায়বদি, তাইবংমুংদা ঈপুরোইনা চংতুনা ময়োন ওয়না লৈরগা, তাইবং মরোং সক্তম অসিনা ঈপুরোইগী মমিনি, মমি ওয়রিবা তাইবংপানবগী মমুংদা তাইবং মরোং চংখোম্না তাইবং রাথল মপুং ফারিবা তাইবংবু ঈপুরোইগী মমিমক্লি হায়তুনা "তাইবং মীনি" হায়খিয়ে, মমি ওয়রিবা তাইবংগী মমিনা, মুরিবা অসিনা মরম ওয়তুনা ঈপুরোইগী মচুবু থংনখি ।।

অঙৌবা, অমুবা হায়বা মচু অনি অসিদি সাগোম্নবা মচুনি, অঙৌবা, অমুবা, অঙাংবা অমস্তুং লোয়াম্বনা চিংঙিবা ভেংবানবদা লৈরিবা মচু মথন তরেৎ অসিদি অঙৌবদগী অমুবা ফাওবা ওস্থোরকপগী মচুনি, অঙৌবদগী ওস্থোকপা অমুবনি, অমুবদগী ওনখোকপা অঙৌবনি হায়বা থংনরে, মরম অসিনা ইপুরোইগী মচুবু অমুবা তাইবদগী লাক্লুনা থংঙিয়ে। অঙাংবা, অসংবা, নাপু, লোয়াম্বনচিংবা মচু পুম্নমক অসিগী মনিগী মচুদি মুই, মমিগী মচু মুই হায়বসি থংলগা অমুবা অতুদগী ওস্থোক্লুনা পোংকী মচু অতু থংনগনি, পেংলন মচু তরেৎ অসিগী মমুং মখোনদি অঙৌবনি ভেংবানবগী ময়োন ওয়রিবা ঈপুরোইগী মচুদি ঙৌরে। মঙৌম্বম্না ঈপুরোইগী মচুবু অঙৌবনি হায়না থংনরে, ঈসিং ইরং মরোংতুসু ঈপুরোইনি হায়নরে,

ঈসিংনা তু উ তু উবা ফু অতুগী মরোং মানবগুম অমসুং অঙৌবা মচুনা পোৎসক পোৎসক্কী মতুং ইন্না মচু মখন ওনবগুম ইপুরোইস্থ ওল্লিংয়, ইবেম্মা লাইরেম্বী পুক্নিং তপনা তাও, ইপুথৌগী মতিক ময়ায়গী রারী পরেং অসিদি লোয়বা নায়দে হায়না খংগনি ॥

( খোংনাং,—খোং+নান—খোংনান ( খোংনাং ) নি। খোং হায়বদি চৎপা, নান হায়বদি লেপ্পবা, খোংনাং—মিকুপ খুদিংগী সক্লোন সায়োন তৌতুনা অরেপ্পা লৈতনা চৎলিবা, অরেপ্পা লৈতবা তাইবংপানবা হায়গনি ॥

অমাং অতা লৈত্রবা ঈপুরোইনা কোরৌ থক্কা লেংত্রবা উরেন খোংনাংগী মতৌ গুন্না লৈরগা, তাইবংপানবা পুন্নমক অসিনা মসা মরেং ওয়, লীচৎ পথাপ পুন্নমক্কা মনাগী মসক ওয়তুনা ময়া লেক্ষ্মু ওয়রিবা অতুনা থক্কা, মনা মসা ওয়রিবা তাইবং-পানবনা খাদা লৈরি, তাইবংপানবগী তাইবং মরোংদদি ওন্না তৈনবা মরোং অসিদা, লাইরমমেন্দদি চুমতুনা, তাইবং মপুনা মরোং মতৌ অসুন্না তাইবংপানবা ওয়হল্লি হায়তুনা ওন্নাতৈনা ওয়রিবা রারীবু লাইনিংথৌনা লীথরে।

ময়া লেক্ষ্মু ওয়রিবা অতুগী হৌরকফম মফমদি ঈপুরোই অপোকপদগীনি হায়না খংগনি, মাঙোন্দগী ভৎনবা লৈতনা সন্নরক্কুন। সন্দোরকইবা মসা মরেং ময়াম অতুনা তাইবংপানবা হায়গনি, ময়া লেক্ষ্মু অতুগী হৌভম ওয়রিবা ঈপুরোইনা তুংতুনা লৈরিবা মফম অতুবু তাইবংদগী থাপত্রবা লাইরৈবাক্কী কোন্নুংনি হায়না

খ নগনি, তাইবংপানবা পুম্নমকপু ওয়বা য়াবা মচাস্ত মচন পুম্নমক্কা ফমজিন্দুনা লৈরিবা লেম্ফু অতুদগী হুলকইবা ময়োন অতুনা উরেম খোংনাংগী মউ ওয়গনি।।

খোংনাং মরিন অতুনা তিংগী সিংলী লিজাও ওয়তুনা ময়োন মতোন লোম্মকই, ময়োন অতুদগী মান্নবা লৌচিং অনিমা য়েং-ওম ওয়তুনা, অমনা পিবনা মহাক্কী লমচৎ ওয়বা, অমনা পিরিবতু লোৌসিল্লগা অমুক মসিং য়ামখোকহনবনা মহাক্কী লমচৎ ওয়বা, অনি অতুম। খোংনাং মউ অদুগী মসা অনি ওয়দুনা, অনি অদুনা অমনা পোকহল্লগা অমনা পোকথোক্কুনা মমা-মপা হায়বতু অনিতুনা ওয়রে। সিংলী তাংলী মখৈনা মসা লিসিং খোংতুনা তাইবং কয়াৎপু সাগৎলকইবা লাইগী মক্কপ ওয়রে, কুয়োম তুখোং পুম্নমক তাইবংপানবা ওয়রে, তাইবং হুকচাং কায়াৎতা মথোং মরম মাপনসুনা লৈখরে, মিৎকী মরম অনি, নাগী মরম অনি, নাতোনগী মরম অনি, চিল, ঈসিংথোং, অমাং-থোং হায়তুনা, ঈপুরোইগী থৌজান্না মসুং ময়োন চোংনবা অমসুং মচাক মথি তাম্থোক্লবা মথোং মরমসু লৈখরে।। ঈপুরোইগী মসাদগী পোকইবা লচন অসিনা ওম্থোক্লা চংখোল্লবা হীয়ায় মচন ওয়বনা, মচন অসিনা ওয়রিব তাইবং হুকচাং কায়াৎতা থোকনা ইফুৎ পুম্নমক বাৎতনবু লৈতুনা ইপুরোইগী মল্লায়না তাইবংমুংদা চংতুনা থুপখরে, ঈপু-রোইনা ময়োন মচং ওয়তুনা তাইবংমুংদা লৈবনা, তাইবংপানবা পাঙ্গল ইচিক হুনখরে।

মহাক্লা তাইবংমুংদা লৈরগা মতিক ময়ায় পুম্নমকপু থৌতুনা

তাইবংপানবগী থরায়দি ঈপুরোইনা ওয়রিয়ে, তাইবংপানবসু মসাগী মনু দা ঈপুরোইনা লৈহনা থোরগা তাইবং থরায় ওয়বনি হায়বা খংনরি ঈপুরোইনা লৈবনা তাইবংপ নবা পুম্নমক নিংসিংবা ফংহনা, অক-ফত্ত পুম্নমক্কী রাথল লৌসিং তাথরে, চিঙ্‌ক্কী ময়ায়দগী মমি পুম্নমক থমোইত্নংদা তাহনা পুক্নিং নিংথৌ পোকখরে।

মসক, মহাও, মনম, মথোন, সোরবা হায়রিবা মওংগী সাগোম্বা থোরাংবা মচা লৈহনা, থোরাংবহুবু থোরাংডিবা কায়াৎসিংনা পুক্নিং নিংথৌগী মনায় ওয়খরে, মিংনা মনায় ওয়হনা লম, ক্রিলগা মসক্কী মনিবু থমোইদু দা তাহনা পুক্নিং নিংথৌবু থোকখরে, পুক্নিং নিংথৌসু মনায়না লমজিংবা অদোমদা চংখরে, পুক্নিং নিংথৌনা চংখ্রিবা মায়কৈগি অদোমদা নাকোংসু নিংথৌ য়াথং কিবনা থোরাং থোক্তনা থোগন তৌখরে, পুক্নিং নিংথৌ থোগনগীদমক নাতোনসু থোরাং মনম ফাওখরে, নিংথৌ থোগন মরমগী লয়েংসু মরোন লোনখরে। মপু থোগনগীদমক লয়েং মরোন লোন্দুনা অক-ফত্ত পুম্নমক হায়রিয়ে, অথা অয়াক অসিনবা হায়রিবা মহাও পুম্নমকসু লয়েং না তাকই, হকচাংপাম্না হায়বদি উনসানা অইংবা, অসাবা, অমোমবা, অসৌবা হায়রিবা মপানথোংগী থিদিকপু, অথংবা ফায়াং ওয়হনা মহাক্কনা তাক্কনা নিংথৌ থোগন তৌরিয়ে।

য়েক্কবা মথন তক্কসু হকচাংসু দ পোকখরে, মহুদি, অপাম থোরাং, অসাওবা, নাপন, কলক মিংথৌবা, সুক্কংপা অমসুং মীগী মপোং পাম্বা তক্কক অসিনি, তক্কক অসিনা তাইবংপাবনা লাইনিং

অমা পোক্লকপুনা পুকনিংদা হেক পাখৎপা অথৈবা হায়বা রাখল অমা, উথোক ফদোক্লবা পোৎসক অমদা, পোৎ অতুগী মসক মহাওদা পুকনিং সুম্লাংখিবদগী পুকনিংদা ওকখিবা অঙকপা হায়বা রাখল অমা, থোদোক অতুগা পুক্লিংদা লৈরম্মীবা অতুগা মায়ৎতুনা পুক্লিংদা অপেনবা পোক্লুনা মোকনিংবা হায়বা রাখল অমা, মসক মতৌদা, মনম-মহাওদা, অমসুং তৌথোকয়কপা সাজ্জৎতা হৈনজবা পুকনিংদা থুক লাওবা তুকচবা হায়বা রাখল অমা, নিংঙম্মীবা অতুগা মানদবদগী মাহু ওয়হম্মিদতুনা নমথনিংবদগী পুকনিং সাওগৎলকপা অসাওবা হায়বা রাখল অমা, অফ-ফত্তবা রাখল চনিং ওপ্পা থক্কতুনা অফবা ওয়নবা পুকনিং ওপথবা হায়বা রাখল অসিনচিংবা মরোং মাপন অসিনা মপুং ওয়রিবনি।

পুকনিং রাখল মাপনসু য়েকনবা মথম তক্লকসু মহাও মথেন পুম্নক তাইবং মীগী হকচাংদা রংতনা লৈতুনা, তাইবংপানবগী মজুংদা মথন মথেন পুম্নকনা তিন্দুনা মপুং ওয়বা মরোংসু তাইবং মীতনা ওয়খরে, পুকনিংনা নিংথৌ ওয়দুনা রাখন লোসিং অমসুং হকচাং পুম্নকনা পুকনিং নিংথৌগী মনায় ওয়খরে, পুকনিং নিংথৌবু থৌরিবসু ময়াম মঙাবু থরায়না থৌরগা নিংসিংব ফংতুনা পুকনিং নিংথৌবু য়ায়বী থরায়না থৌথি। তাইবং হকচাং কায়াৎ অসিদি, কাংগী কাংবোৎকুম্বনি হায়না পান্নমগে, পোৎলম মঙাগী ময়ায় মঙবু থৌরিবা সাথৌবা অতুনা হকচাং কাংবোৎ অসিবু থৌবদি, ঈপুথোই অপোকপনা কাংগী কা থোং অতুবু লেংঙিবা ময়োন পৌয়োন অতু ওয়রগা, তেংবানবনা কাংথোং ওয়দুনা, ময়োন পৌয়োন অতুনা ওনহনা কাংথোং ওয়রিবা তেংবানবসু ওনতুনা, মতৌসুম্না ঈপুথোইনা ময়ায় মঙা অতুনা তিল্লবা য়ায়বী অতুবু থোতুনা তাইবংপানবগী থরায় ওয়রি॥

ভেংবানবগী হৌজিক মফম অদুবু তাইবংপানবগী নিংনভম মফম ওইরি, তাইবং কুম্মে লোমহৌনা মতিক ময়াম পুম্মক্না হৌভম মফম তালকপদা, মফমদুদা লোমজম পম্বেং ওয়দুনা মসাদা মসা তিন-সিনখি, ঈপুরোইগী থুংনজম্না হিদেন মক ওয়বগা মক অদুদগী অচৌবা তুরেল ইচেন ওইনা চেনখরক্লুনা, তাইবং কুম্মে ওয়দুনা ঈপুরোই অপোকপনা সাম্নখি। ভেংবানবগী মপু ঈপুরোইনা ঈশিং ঈরং ওয়দুনা চেত্থরকপদি হিদেন তাঙজ ককক সুবনি, ঈপুরোইনা মহৌ ওইদুনা চেত্থরক্লগা মহৌ অদুনগী ঈ ওইরে, ঈনগী সা ওইরে, অমুম তৌবা ঈপুরোইনা সায়োন তক্কক চিংখংলগা ভুরেংসুবদা ময়োন মগী অদু লেনহৌই, মসিগুম্ব ইচেন অসিনি ওই রেং সাম্নদুনা লাইনিং লম্বী তাবখিবা অচন ভনা থ নরি, চুবা চুঙমা সিন্না থুংনা লৈবগুন সঙ্গোনদ সজোম বওনা সিম্ন থুনা লৈবগুব ঈপুরোইনা তাইবংপানবদ সিন্না থুনা লৈবনি, ঈপুরোইনা মক ওয়বগা মতৌন্ ওয়রিবা তাইবংপানবনা চিংজনা তাইবং কুম্মে সাম্নবগা মক ওয়রিবা ঈপুরোইদা অমুক তিনবনি, মতৌঙ্গুম্না পক লৈবিবা ঈপুরোইগা মথ তম্ন চেত্থরক্লগা তাইব ঈপাক্লা তংরয়ে, মসা মরেং ওয়রিবা তাইবংপানবা পুম্নমক্তু ঈপাক্লা অদুমক থংজিয়ে।

তাইবংগী অপাম থৌরাংগী ঈরংইনা ঈশিং অদুবু চি বদগী, ইচেন কমবনা, ঈপাক্লা থম্না চেংশিদুনা ঈশিং মরে তাবিয়ে, অসিগুম্বা পানু ঈশিং অসিবু লাইনিং লম্বী তানখিবা তাইবং অচন খিবিক্লা কংদুনা চেংনা শুনা থবকখি, অদুগুম্বা তাইব অহন খিবিকপু, পাঙল তবাম্নাংপোইনা থরোয় ময়োন ফংদুনা "ঐ" হায়রনা

লেপ্লিদা ঐনা য়াম্না ফুংশিজৈ, লৌসিং মৈমা ওয়রিবা ইবেম্মগী মফমদা লম্থী অসিবু নিংসিংজৈ ।

ভাইবংপানবা অসিদা অপোকপন', পোকপা হায়বা অদুনা ভাইবং কুপ্নে ওয়ননবা হায়দুনা, অপোকপা ঈপুরোইনা, ভাইবং-পানববু পোকপিদুনা ভাইবং কুপ্নে ওয়থনি, ঈপুরোইদি অপোকপা ইবুংঙোবু নিংজগে পাঙল লৌসিং ওয়হনবিউ, থৌজান লৈবুন পিনবিউ ।

নাওয়িরদি ফুলোনা ঈপুথৌবু থুকমজৈ,
অফ-মুংঙায় মরমগী ইবুংঙোদা থৌনিজৈ ॥

## তরাসুবা তাংকক ।

### হ্রুং কিদবা

লাইরেম্বীগী মফমদা লাইনিংথৌনা নিংসিংডি
লাইনিংথৌগী মাহৈবু ইবেম্মনা ভানিংডি ।
ইবেম্মনা হংগৎলি ইবুংঙোনা হায়রকই
অনিমক্কী মতিকপু লাইনিংথৌনা লৌরকই ॥ ১

লাইরেম্বীগী মফমদা ভেংবানবনা ওয়বগী মারী লৌথুন পরেংবু লাইনিংথৌনা নিংসিংডি, লাইনিংথৌনা লৌরকপা মাহৈ পরেং অমুসু ইবেম্মনা ভানিংডি, ইবেম্মনা হংগৎপা মারী মরম থিবিকপু ইবুংঙোনা

হায়রকই, থবায়গী য়াইবা অনিমক্তা মতিকপু ইবেম্মগী মকম্মদা লাইনিংথৌনা লৌরকই ॥ ১

ইবেমদি লাইরেম্বী তেংবানববু থংভিবী
তেংবানবগী থবায়গী থংনা য়াইবু ওয়রিবী।
লাইনিংথৌবু কনানো ইবেমনা খংগনি
ঈপুরোইগী সয়েনর ঐনা লেপ্পা ওয়বনি ॥ ২

ইবেম্মা লাইরেম্বী সিদবী নহাক্তা নয়ায়বু ঈপুরোইগী মতিক্তা থৌরাগা তেংবানবগী থবায়গী নিংসিংবা ফংহুনা থংনা য়াম্বু ওয়রিবী, লাইনিংথৌবু কানানো হায়বা ইবেম্মা নহাক্তনা খংগনি, ঈপুরোই অপোক্পনা তেংবানবগী ময়োন ওয়হুনা পেংকম মঙানা তিম্নগা নিংসিংবা ফংহুনা "ঐ" হায়না লেপ্লিবদো ঈপুরোইগী সায়োম্নি ॥ ২

ঐবু থংবা ভাইবংনা ঈপুরোইগা ফংমখি
ঐনা ময়োন ওয়বগী ভাইবংপানবা লৈজখি।
ঐগী পুক্লিং পেন্দনা ভাইবং হকচাং ওয়রুদে
মৈনা চিংবা মঙাবু কনানস্থ থংখিদে ॥ ৩

পাক্জল ভারামাথোইনা থবায় ময়োম চোংহুনা "ঐ" হায়না লেপ্লিবা অসিবু কনানো, কনানা ঐ হায়রিবনো হায়বা থংলবা ভাইবং অহুনা ঈপুরোইবু মসক থংজখি, ঈপুরোইগী মরিক মকোম্না ভাইবংমুংদা ঐ হায়না লেপ্পনা ঐনা ময়োন ওইবগী

তাইবংপানবা লৈজখি, কায়াৎ তারামক্তা থৌরাংতৌবদি পুক্রিং নিংথৌ পেন্নবনি, কয়াৎ তরামক্তা পুক্রিং নিংথৌ পেনহন্দনা তাইব হকচাং ওয়বা য়াদে, তাইবং হকচাং ওয়দনদি মৈ-ঈসিং-নুংসিং-লৈপাক-অতিয়া মতমকপু কনানসু থংখিদে ॥ ৩

মৈনা চিংবা মতাসু থৌরম তৌবা ঙমখিদে
ঐনা থৌজাল পিদনা তাইবং ওয়বা য়াখিদে।
ঐবু হৌস্না থিগনি ঐবু হায়্না থংগনি
ঐবু থংবা তাইবনা ইবেমবু থংগনি ॥ ৪

মৈনচিংবা পোৎলম মতাগী ময়ায় মতাসু ঐনা থৌদনদি থৌরম তৌবা ঙমখিদে, থৌরম তৌবা ঙমদবনা, ঐগী থৌজাল নত্তনদি তাইবং ওয়বা য়াখিদে, মরম অসিনা ঐবু হায়্না থিহুনা ঐবু হায়্না থংগনি, ঐবু থংলবা তাইবং অহুমা ইবেম্মবু থংগনি ॥ ৪

ঐগী ইডান নংঙনা তাইবং উবা ফংজদে
ভেংবানবগী কুমৈবু কানানসু উথিদে।
ঐনা লৈবা মরমগী পাঙ্গল থিবিক হৌখরে
ঐনা লৈবা মরম্না থংবা মতাং ওয়খিয়ে ॥ ৫

তাইবংমুন্দা লৈরিবা, ঐগী ইডান নংতমা তাইবংপানববু কনানসু উবা ফংজদে, মতামক্তা ভেংবাংনরিবা ভেংবানবা কুম্মৈবু কনানসু উথিদে, ঐনা তাইবংগী মপোল ওয়হুনা লৈবগী, থবক তৌহুনা পাংথোকপা ঙম্বা পাঙ্গল মতানে, থংহুম্না পাংথোকহল্লিবা

পাক্সল মঙাংনে, পুক্নিংনে পাক্সল তরামাথোইমক হৌখিয়ে, ঐনা লৈবা মরম্না অফ-ফত্ত, অৱা-নুংঙাৱ, মক্স-মনাও পুন্নমকপু খংখিয়ে ॥ ৫

তাইবং হূকচাং মমুংদা ঐনা লৈবা মরম্না
তাইবং থৌরম তৌরিয়ে ঐনা সাথৌ ওয়বনা ।
তাইবং থরায় থিবিকপু ঐনা লেপনা ওয়জরি
তাইবং মরুপ থিবিক্তা সিন্না থংনা লৈজরি ॥ ৬

ঐনা অহানবা ওয়হূনা ঐনা সেনগংলগ', তাইবং হূকচাং মমুংদা ঐনা লৈবা মরম্না, ঐনা সাথৌবা ওয়রগা থৌহূনা তাইবং-পানবা ওৱনবা তৌরিয়ে, অংং-চম্ব,-লেংলি-পান্সিবা তাইবং-পানবা পুন্নমক্তা ঐনা সিন্নাথংনা লৈরি, তাইবংপানবা হায়হূৱা লৈরিবা পুন্নমক অসিগী থরায়বু ঐতনা ওয়ারিবনি ॥ ৬

ঈপুরোইগী য়াথংনা ঐগী থৌরম তৌজরি
ঈপুরোইবা লৈবগী মাহাক্তী য়াথং ইনজরি ।
ইবেমগী নডান্না ঐহু ঐবু থংজরি
ইবেমগী নাঙান্না তাইবং নিংসিং কংজরি ॥ ৭

ইপুরোইনা ভেংবানবদা সিন থংথরে, ঈপুরোইগী য়াথংনা ঐহু তাইবংমুংদা চহূনা ঐগী থৌরম তৌজরি, ঈপুরোইনা পংবং হৈক্ত ওয়হূনা পুন্নমকপু সেংহূনা লৈবগী, ঐহু মাহাক্তী য়াথং ইনজরি, ইংবেম্মা লাইরেম্বী পিরবী লৌসিং লৈম্মা ওয়রিবী, ইংবেম্মগী নডাম্মা অমম্বা পুন্নমক কোক্তুনা ঐহু ঐবু থংজরি, ইবেম্মগী নয়ায়্নগী নডানতনা তাইবংপানবা পুন্নমকনা নিংসিংবা ফজরি । ৭

ইবেমবু খাদ'না ঐদি লৈবা ঙমজদে
ইবেমবু নত্তনা ঐদি পাম্বল কংজদে ।
ঐগী ইঙান ফবদি ইবেমগী নঙাম্নি
ইবেমদি লাইরেম্বী তাইবংগীদি থাওমৈনি ॥ ৮

ইবেমা লারেম্বী সিদবী নহাক নত্তনা, নহাকপু খাদোক্লা ঐদি লৈবা ঙমজদে, ইবেমমগী লৌকমদা ঐনা ফৌদি ওয়বনি, ইবেমমবু নত্তনা ঐদি পাম্বল ফংজদে, ঐগী ইঙাম্না ফবদি ইবেমমগী নয়ায় নঙাম্না য়ায়বীকোন লৈহৌ চেনবনি, ইবেম্মা লাইরেম্বী সিদবী নহাকী লৌসিং মৈরা অচুত্তনা তাইবংপানবগী থাখৈ ওয়ম্রিবনি ॥ ৮

তাইবং মীগী মরুপ্পা ঐবু থিবা মত্তমদা
চাবা থকপা কাওদনা য়াংবী পুক্নিং মু বদা ।
ইবেমনা তাইবংবু অহানবদা খৌজানবি
লম্বী লমদাং অচুম্বা ইবেমনা উহনবি ॥ ৯

তাইবং মীওয়বনা, ওন্থোক্লা তয়াং তসোয়থবা পুক্নিং অনিংবা অমদা চপ মুংখিদুনা, খোৱাংবা লেম্থোক্লুনা, চাবা থকপা কাওখিদুনা ঐবু থিবকপা মত্তমদা, ইবেম্মা নহাকী লৌসিং মৈরা অচুনা অহানবদা তাইবং মীবু খৌজানবি, নহাকী লৌসিং মৈরা অচুনা অভম্বা খুদোং থিবা পুম্নমকপু লাম্থোকপিদুনা, লম্বী লমদাং অচুম্ববু ইবেমমা নহাক্না উহনবি ।। ৯

ইবেমনা অখোইবনি ইবেমনা লৌসিংনি
ইবেমবু কনানো তাইবং মীনা খিগনি ।

ইবেম্মনা পেন্দনা ঐনা পেনবা লৈজদে
তাইবংপানবা মুম্নুনা ইবেমবু খিখিয়ে ॥ ১০

ইবেমমা নহাক্না অথোইবনি, লৌসিং হায়রিবদো নহাক্কি. ইবেমমা নহাকপু কনানো নহাক্না করি তৌই হায়বসি তাইবং মীনা নিংগদবনি, ইবেমমনা পেন্দনা ঐনা পেনবা লৈজদে, ঐদি অপেম পেন্দস্থ মায়জদে নহাক্না অখংবা ওয়হুনা পেলগ' ঐনা পেনবনি, অস্থুমা ওয়ব্রিবা ইবেমমবু তাইবপানবা মুম্নুনা খিখিদে ॥ ১০

তাইবং মুম্নু খিবিক্নী ইবেমনা মমানি
সিদবিদি মমানি লাইনা য়েনবা রাংয়েপ্পি।
অথোইবদি লাইয়েম্নী তাইবংমীনা থংগ'ন
ইবেমগী নভিকপু মতৌস্থুমা হায়গ'ন। ১১

মৈ-ঈসিং-মুংসিংকা তাইনবদা পংপগ্রব', মমৈনা লৈখরবা হ'খল লৌসিং পুম্নমকপু ইবেনমনা মনা ওয়চনা তোংদোকপিরিবা, লাইনা য়েনবা রায়েপ্পি, মতৌস্থুমা পুম্নমক ইবেমগী নহায়না তিক পুম্নকপু কুপোক্তুনা পুম্নমক অসি নহাকনা তৌরিবনি, অথোইবনি হায়বসি তাইবং মীনা থংগনি ॥ ১১

ঈবুংঙোগী বাহৈনা থুংসি থোইব' ওয়্বনা
তাইবংপানবগী মজুবু ঈবুংঙোনি খমনা।

ইবেমদি লাইরেম্বী থোইনা হেন্না মুংঙায়খি
মাইথোং থাগী মঙাম্না তাইবং লমপাক ঙাঙখি ॥ ১২

ইবেম্মাগী মকমদা তেংবানবনা ওয়বগী ৱারী লীথুন পরেংবু ইবুংঙোনা লীরকপা মুংসি থোইরবা বাহৈবু ইবেম্মানা তাবদা তাই-বংপানবগী মউবু ইবুংঙোনি খংদনা ইবেম্মা লাইরেম্বী সিদবী থোইনা হেন্না মুংঙায়খি, বাখল লৌসিং ঙালহনা মাইথোং থাগী মঙাম্না তাইবং লমপাক ঙাঙখি ॥ ১২

থুনক অহুমক্তদা
থাইন থোইমু থুংঙরে ।
থাগী মঙাব কংবদা তাইবং য়েনদি হুনথরে
লাইরৈবাকী কোমুংদা চিক্লা মবাং হৌনরে ॥
থাইন মনিং থুংথরে
য়িৎয়েং লুনা য়েংথরে ।
মাইথোং থাবু থোকথরে, থাইন পুক্লিং পেনথরে
মনিং মথা তৌথরে, থাগী মহী চুপথরে ॥
থাইন মনিং থুংথরে
য়িৎয়েং লুনা য়েংথরে ।
মাইগৈ মুজা হয়াওরে, পুক্লিং হুনা সকথরে
মালংবন্থ হুম্মকলে, লাইগী পাওজেল পুরকলে ॥

থাইন মনিং থুংখরে
নিংথোং লুনা য়েংখরে।
থাগী মঙান ফংদনা, য়েনগী ময়োম হুনদনা,
অচৎ চত্ত লেপখরে, লাইগী কুমদৈ য়েংনরে।।
থাইন মনিং থুংখরে।
মিৎয়েং লুনা য়েংখরে।
মাইথোং থম্বাল উবদা, ফুংসি মনম ফংবদা
উংবা-খোইমু পাইরক্লে, লৈরিক চুপ্পা চংওকলে।।
খোইমু রাথল খেনখরে
পুক্লিং মরাং হৌখরে।
খোইমু মখোন তাংবদা, ওয়-টৈনা ওরবদা
থাইন পুক্লিং সাওখরে, খোইমুনবু হায়খরে।।
খোইমু রাথল খেনখরে
পুক্লিং মরাং হৌখরে।
থাইন চেক্লা সাওদনা, খোইমুনবু য়েংহনা
ফুইনা ফুইনা চৈখরে, চংলো হায়না ভারখরে।।
থাইন ম্রাম্রা সাওখরে
ফুইনা ফুইনা চৈখরে।
খোইমু পুকচেল খেনশ্রবা, রাথল লৌসিং লৈতবা,
থানা থম্বাল ওরবরা, নমং ওক্লনা নিংবরা।।
থাইন ম্রাম্রা সাওখরে
ফুইনা ফুইনা চৈখরে।

চীংদোনদবু থম্বালনা, মনিং মখা ভৌদনা
ক্বরিসুংদা সাৎখিবা, কৈকৌ-সুংদা ওয়খিবা ॥
থাইন য়াম্না সাওখরে
থোইমুদবু চৈখরে ।
থোইমু য়াথল তাখরে, ঙংদনবু লৈখরে
লাইয়েম্বীবু য়েংখরে, মাইথোং থানি থংখরে ॥
থোইমু য়াথল তাখরে
ইকায়ববু ক্বংখরে ।
থোইক্রম মোমোন নোক্তুনা, থাইনদবু য়েংদনা
থোইমুনবু হায়রকই, থাইন য়াথন তারকই ॥
থোইমু য়াথল তাখরে
থাইনদবু তাকখরে ।
থোংক্রম অমা লেংদনা, চীংদোনদবু লৈদনা
লাইজা থাবুং থোকপরা লেংদনবু লৈবরা ॥

ইবুংঙোগী থোজান্দগী তাইবংপান্না ওয়বগী বারী লীথুন পয়েংবু ইযেম্মানা থংলহুনা পুক্সিং সুংতায়রুরবা মতাং অতুদা, থাইন থোইমু অনিস্থু থুংওয়ে। থাইন,—(থাদ ইনবা, থাহী পাম্বা চিক্রা তান্না লৈবা,) তাইবং ঈসৌ লাংদবা য়াথলবু হায়বনি। থোইমু,—(থোইবা—মুবা, পুকচেল য়াংবা, লৈহীপাম্বা, মিংচৎপাম্বা, তাইবং ইসৌলাংবা, থংদবা অমম্বা,) পুক্সিং লৈতাদবা, য়াথলবু হায়বনি।

থাইন হায়রিবা য়াথল অসিনা অবা-অনা লৈখিদরে, মনিং থুংখরে, মিথয়েং লুম্না য়েংখরে হায়বদি মানা ক্বংগে হায়না তান্নিবা

অহ্ নত্তবা অতৈ অমদা য়েংঙ্দ্রে, চিক্লা ঙাম্না পুক্লিং লৈভাখরে মপানগী কনিগুম্বা পোৎসক অমতা য়াওদনা থমোইগী মমুংদগী অসেংবা মুংঙায়বা ফংহুনা পুক্লিং মহী চেনখ্রে।

খোইমু হায়রিবা রাখল অসিনা, অনৌবা পাম্বা খৌরাংসিংদা পুক্লিং লুপ্পা, অপেনবা নায়দবা র.খল্লি। রাখল অসিদি অরাবগী মসক্লি, মাহু ফংলগা মুংঙায়গনি হায়না খলম্মীবহ্ হেক ফংবদা, মুংঙায়বসু লোয়খরে, মাহু নত্তবা অনৌবা অমমুক পামলকই। মহাক্তি ঈপাক ঈচাওদা তোংবা ঈসিংগী ইথককুম্বনি, ঈথক অমনা নেমথ্রগা, ঈথক অমা হৌরকপগুম্না, খৌরাংবগী মুংসিংনা সিংলৌবা মথৈ অপাম্বগী ঈথকসু লোয়বা নায়দে।

থরায়গা য়াম্নবীগা অনিনা ভিস্নুনা, পুক্লিং হায়বসি হেক থরায়গা চোংথোক্কপদা, থাইন খোইমু হায়রিবা রাখল অনি অসিমু সাগোম্ন- মকই। থাইন রাখলদা চংলিবনা অসেংবা মুংঙায়বা ভানখরে, "মাইগৈ মুজা হরাওরে" হায়বদি অপোকপনা তুংইবা লৈরাং লৈকোন অহ্গী কায়াৎ ঙনথৈ ওয়রিবা সিংলৌ ভাংলৌ পুম্নমক্না পুক্লিং ভুমুং হরাওবা মপুগী থোগন ভৌখ্রে, নিংসা ওয়-য়েৎ সায়হুনা নোং ওয়বা চুহুনা ভাইবং ঈপাক্তা চেম্থিগদবা পুম্নমক মাদংবনা থক্তা থাহী ওয়না পুরক্নুনা লাইগী পাজল ফংলে, মপুং কাযবা থাহীগী মঙান ফংলহুনা, য়েনগী মরোন ভুস্নুনা, অমুক রাবা অমুক মুংঙায়বা হায়রহুনা অচৎ-চম্বা ওয়না লৈরিবা রাখল লেপখরে, অরাবা-মুংঙায়বদা নোকনিংবা সাওনিংবা চপ মান্নগ্রে, লাইগী হুদৈ য়েংখ্রে।

মাইথোং মক্তা লাম্না পুক্নিং বাখল লৈভানা ইংনা মুংঙায়না লৈরবা মতম অদুদা, থাহী চুপতুনা ইংনা মুংঙায়না লৈরিবা অদু থুগাইগদবগীদমক অপাম্বদা উংলবা খোইমুগী বাখল পায়রক্লে মত্তিক ময়ায় কুপ্পোরকপা মাইথোং থম্বাল উবদা, থম্বাল ওয়না উতুনা লৈরিক চুম্না চংঙক্লে, হায়বদি ইংনা মুংঙায়না লৈজরিবা অদুবু ভাইবং ইসৌ অমুক লাংহল্লে। ইংনা মুংঙায়না লৈরিবা বাখল অদুগী ওয়া লৈতেনবা ভাইবং ইসৌ অমুক লাংঙকপা অদুদা, থাইয়া খোইমুদা চৈরকই, চংলো হায়না ভাম্লকই। বাখল থেনগ্রবা খোইমু, ইংনা মু ঙায়না লৈগে হায়রবদি, খোয়াংবা পোকপা হৌনদে, নমং ওয়না নিংগম্মু। থক্তা চিংথংতুনা ইংনা লৈরবা বাখল্লা মনিং মথা ভোতুনা, মরোন মরোন খোয়াংবা পোকপা হৌনদে।

মোংবা-হাবা লৈতনা ইংনা ভাম্না লৈথরবা বাখল অতুদা অথক্পা খোইমুগী বাখল্লা চংবা ঙমখিদে, থজুংদা ঙংতুনা মাংখি, লৌসিংনা থংদবা অমম্বা পুম্নমক হা.দোক্কনা ভাজ্রি হায়বা থ.থ:র। অরেম্না মু:ঙায়বা নত্তবা বাখল পুম্নমক অহুনা মাইথিবা ইকাইবা কংতুনা, বাখল লৈভারক্কনা থাইন ওয়বা বাখলদা চংজখি। অরাংবা বাখলদা লেংদনা লৈরগা লৌসিংগী মৈরা হেনগৎলি হায়বা থংজখি।

খোইমু-থাইন অনিনা অহানবদা ঙকখিবা
থংনখিবা মরুধদি জুংদা বাখল ভাখিবা।
লাইনিং চেংপা অহন্না মুম্না বাখল ভৌখিখি
খোইমু-থাইন অনিগী থংনখিবা ভাইসিনখি ॥ ১৩

জেংবানবগী মপুম্না মিংয়েং থমলকপা, অপাম থৌরাং লেপ্থোক-পা, থাইন কৌবা রাখলগা, ভাইরংগী ওয়বা অপাম থৌরাংবা, কনক মীহৌবা, খোইমু কৌবা রাখলগা, হৌনসা অনি অসিনা করম্বনা অচুম্বগী হায়বসি ওক্নুবা অহানবনি। থমোইগী মমুংদা থং-মগপা, খোইমু কৌবা রাখম্না ভুম্না রাখন ভাথি, খোইমু থাইন অনিনা থংনরিবা অচুপী য়ানিরকপা। মতাংনা, লাইনিং চেংপা অহল ওয়ছুনা, অমনা অমবু ওম্লিংবা হৌনসা অনিমক থমোইগী মমুংদা অচুমক মাংথি ॥ ১৩

অপোকপগী মনায়মা লাইরেম্বীবু থাগৎচৈ
অখোইবনি হায়দনা ইবেমবু খুরুমচৈ।
অপোকপগী সায়োনবু লাইনিংথৌনি থংদনা
সিদবীগী মচুৎপু ইবেমনি হায়দনা ॥ ১৪

অপোকপগী মনায়না, মৈমা ওয়রিবী লাইরেম্বীবু থাগৎচৈ, লৌসিংভনা অখোইবা ওয়ছুনা জেংবানবনু থংজবনি, জেংবানবনু পোকইবা অপোকপগী সায়োনবু থবাক্ত হায়রিবা লাইনিংথৌ অমিদি থংজছুনা, ভাইরংপানবগী মমামেন মহৌসা কৌবা লাইরেম্বীগী মচুৎপু ম্যারবীকোম্নি থংজছুনা ইবেম্মবু খুরুমচৈ ॥ ১৪

অভুং-অকাং লৈভনা অনিমকপু খুরুমচৈ
অনিমকপু য়েংদনা ঈপুরোইবু দি.নিংচৈ।
ঈপুরোইদি অপোকপা খোজাব লৈখুন পিরবিউ
লেম্মা থৌপম ভোজরে পাগম লৌসিং ওয়রেবিউ ॥ ১৫

তাইবংপানবগী মবুংঙো, মবেম্মা অনিমক্কী সায়োন ওইরিবা, থবা-য়ায়বী অনিমকপু অতং অকাং লৈতবা, খুদমদৈ, অনিমক্কা তিন্দুনা লৈরিঙৈগী মতুপত্তা ঈপুরোইনা লেপ্লনি ঈপুরোইগী মসাগক্তি হায়দুনা ঈপুরোইবু নিংসিংজৈ, ভেংবানববু পোকইবা ঈপুরোই অপোকপা ইবুংঙো, খোজান লৈবুন পিনবিউ, ইবুংঙোগী থোগন তোজবা য়াবা পাজদ লৌসিং ওয়হনবিউ ।। ১৫

## তরামুবা তাংকক্কী ঈচেন

ভেংবানবগী মবুংঙোগী সায়োন্ ওসরিবা থবায়না, ভেংবানবগী মথা ওয়রিবী মহৌসা কোবী লাইরেম্বীগী সায়োন ওয়রিবী য়ায়-বীদা, ভেংবানবমা ওয়বগী য়ায়ী লীথুন পরেংবু নিংসিংতি, থবায়না লীয়কপা বাহৈ পরেং অহুম্ য়ায়বীনা তানিংতি, য়াববীনা হুংগৎপা য়াবী ময়ম থিবিকমু থবায়না হায়মকই। ইবেমা লাইরেম্বী সিদবী মহাক্কী অয়ায়বু ঈপুরোইগী মতিক্কা থৌরপা ভেংবানবগী থবায়গী বিংসিংবা কংহুনা থংনা য়ায়বু ওয়রিবী, লাইনিংথৌবু কনানো হায়বা ইবেম্মা নহাক্কনা থংগনি, ঈপুরোই অপোকপনা ভেংবানবগী মথোন্ ওয়হুনা, পোৎলম মতানা তিন্নপা নিংসিংবা কংহুনা "ঐ" হায়না লেপ্লিবদো ঈপুরোইগী সায়োম্নি ॥

পাজদ তারামাখোইদা থবায় মথোন চোংহুনা "ঐ" হায়না লেপ্লিবা অসিবু কনানা ঐ হায়রিবনো হায়বা থংনবা তাইবং

অহুতনা ঈপুরোইবু মসক-থংজখি, ঈপুরোইগী মরিক মকোয়া তাইবং মুংশা-চংগা ঐ ছায়না লেপত্তুনা ঐখা মরোম ওয়বগী তাইবং-পানবা লৈজখি; কায়াৎ ওরামক্কা খোরাংজিবা অহুদি পুক্কিং নিংথৌ পেম্মনয়নি, পুক্কিং নিংথৌ পেনহন্দনা তাইবং হুকচাং ওয়বা য়ারদে, তাইবং হুকচাং ওয়দনদি মৈ ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া মশামকপু কনানস্থু থংখিদে। মৈনা চিংবা পোৎলম মশাগী মরায় মংঙাস্থু ঐনা থোজনদি খোয়ম তৌবা ঙমখিদে, ঐগী খোজান নত্তনদি তাইবং-পানবা ওয়খিদে, মরম অসিনা ঐব হায়া খিত্তুনা ঐব ছায়া থং-গনি, ঐব থংলবা তাইবং অহুতনা ইবেম্মব থংগনি।

তাইবং মুদা লৈরিবা ঐগী ইশান নত্তনা তাইবংপানবম কনানস্থু উবা ঙংজদে মশামক্কা তেংবাংনরিবা তেংবানবা কুমৈমব কনানস্থু উখিদে. ঐনা তাইবংগী মরোম ওয়হুনা লৈবগী থবক তৌহুনা পাংথোকপা ঙম্বা পাঙ্গল মশানে, অথংবা ওয়হুনা পাং-থোকপ্পরিবা পাঙ্গল মশানে, পুক্কিংমে পাঙ্গল তারামাথোইমক হৌ-খিয়ে, ঐনা লৈবা মরম্মা পুন্নমকপু থংখিয়ে।

ঐনা অহানবা ওয়হুনা ঐনা সেমগৎলগা, তাইবং হকাচং মমুংদা ঐনা লৈহুনা মাথোরগা, তাইবংপানবা ওয়হুনা খোয়ম তৌরিয়ে, অচং চত্তা, লোংতি পালিবা পুন্নমক্কা ঐনা সিনথুংনা লৈরি, তাইবংপানবা হায়হুনা লৈরিবা পুন্নমক অসিগী থবাংমবু ঐতনা ওয়রিবনি।

ঈপুরোইনা তেংবানবগা সিন থুংথরে, ঈপুরোইগী য়াথংনা ঐস্থু তাইবংদা চংহুনা ঐগী খোয়ম তৌজরি, ঈপুরোইনা পথেং হৈরে

ওয়হনা পুম্নমকপু লেংহনা লৈবগী, ঐসু মহাক্কী য়াথং ইরবদ্রি, ইবেম্মা লাইরেম্বী লৌসিং মৈবা ওয়রিবী নহাক্কী নঙাম্না অমম্বা পুম্নমক যোক্লম্না ঐসু ঐবু থংজরি, ইবেম্মগী নয়ায়গী নঙাখতনা তাইবংপানবা পুম্নমক নিংসিংবা ফংজরি। নহাক নত্তনা নহাকপু থাখোক্লম্না ঐদি লৈবা ঙমজদে, ইবেম্মগী লৌকখদা ঐনা কৌদি ওয়বদি ইবেমবু নত্তনা ঐদি পাঙ্গল ফংজদে, ঐগী ইত্তান ফবদি ইবেম্মগী নয়ায় মঙাম্বনি, নহাক্কী লৌসিং মৈবা অহুত্না তাইবং পানবগী থাজবৈ ওয়রিবনি ॥

তাইবং মীওয়বনা অপায়-খোয়াংবা থাদোক্লম্না, চাবা থকপা কাওহনা ঐবু থিরকপা মতমদা, নহাক্কী লৌসিং মৈবা অহুত্তনা অহানবদা তাইবং মীবু খোল্লানবি, নহাক্কী লৌসিং মৈবা অহুনা অঙৌবা খুদোংথিবা পুম্নমক লাথোকপিহনা লম্বী লমদাং অচুম্বদু উৎনবি। নহাক্না অথোইবনি, লৌসিং হায়রিবদো নহাক্তি, তাইবং মীনা নহাকপু কনাগে নহাক্না করি তৌই হায়বসি খিগদবনি। মৈ-ঐসিং-মুংসিংক তাইনবকপদা পংথরবা, মমহনা লৈরবা য়াথল লৌসিং পুম্নকপু মহাক্না হোৎনোকপিরবনি, লাইনা য়েনবা যায়েরি, নহাক্কী নয়ায়না তিক্ক পুম্নমক ফুদোক্লম্বা, পুম্নমক অসি নহাক্না তৌরিবনি, নহাক্না অথোইবনি হায়বসি তাইবংমীনা থংগদবনি।

ইবেম্মগী মফমদা ভেংবানবনা ওয়বগী য়াথী লৌখুন পুম্নংবু ইবুংঙোনা লৌয়কপদা, ইবুংঙোগী মুংসি খোয়রবা যাইবু ইবেম্মনা তাকনা তাইবংপানবগী মতৌবু ইবুংঙোনি থংহনা, লাইরেম্বী সিদবী

থোইনা হেন্না ফুঁ উায়খি, বাখল লৌসিং উালহন্না খাই:থোং থাগী মঙাম্না তাইবং লমপাক উাম্নখি। ইবুংঙোগী থৌজান্দগী তাইবং পাম্না ওয়বগী বাৱী লীথূন পরেংবু ইবেমনা থংলহন্না পুক্নিং হুং-উায়রবা মতাং অহূনা, বাখল অনি লোউকলে, তেংবানবগী মপুন্না পুক্নিং থম্না অপাম্না থৌরাংবা লৈতনা ইমা-চিক্না উাম্না লৈখ', থাইব ওয়বা রাখল অমগা, তাইবংগী ওয়বা অপাম থৌরাংবা, পুক্নিং ইংসো লাংবা, থোইমু ওয়বা বাখল অমগা ॥

থরোয়গা য়ায়বীগা অনি তিনহন্না পুক্নিং হায়বসি হেক চোং-থোকপদা, পুক্নিং নিংথৌ থোগনগীদমক, অকবা, কক্তবা (থাইব থোইমু) হায়রিবা বাখল অনি অসিনা মুকনহন্না থোরকই, অনি অসি অমগা অনগা য়েক্নে, অমনা অমবু তাংখোকনবগী হোৎনৈ, লৌসিংনা অহন ওয়রহন্না থামলগা অনিমক্কী য়েক্না বাখল অহু থমোইগী মঙুংদা অহূবক মা খি।

অপোকপগী মনায়না লৌসিং তব্ব থাপৎচৈ, তেংবানবগী মবুং-ঙো মবেম্না অনিমক্কী সায়োন ওয়রিবা থরায় য়াক্নবী অনিমক্না তিনিচৈগী মতুংদা ইপুরোইনা লেম্নরি, ইপুরোইগী মসাথক্কি হায়রহন্না ইপুরোইব, নিংসি চৈ, ইপুরোই অপোকপা ইবুংঙোগী থৌগল তৌজবা য়াবা পাজদ লৌসিং ওয়রনবিউ, থৌজান পিনবিউ ॥

### তারামাখোইসুবা তাংকক

ছ লাইমিংথৌবু য়েংদনা লাইবেম্নীমা হংখৎনি
হূপী নিপা থায়বগী বাৱী পয়েং হংজখি।

তেংবানবগী মমুংদা মুপী নিপা খায়রিবা
করম্বগী য়াথংনা মবোং অনি ওয়থিবা ॥ ১

লাইনিংথৌনা লীহুনা, তেংবানবনা হৌবগী বারী লীখুন পাংবংসু, পুক্লিং বাখল মবোংসু লাইরেম্বীনা থংজবা মতুংদা, লাই-নিংথৌবু য়েংহুনা লাইরেম্বীনা হংগংখি, অসুম্না ওয়রিবা তেংবানবগী মমুং অনিদা নিপা মুপী, লাবা—অমোম খাইহুনা মবোং অনি মুরিবা অসিবু করম্বগী য়াথংনা মতৌ করম তৌহুনা মবোং অনি মুরিবনো হায়হুনা ॥ ১

বারী মরম খিবিকপু তাক্ননিংঙি
ইবুংঙোগী য়াথংবু ওায়জরিয়ে খৌরাংনা।
লাইরেম্বীগী মকমদা লাইনিংথৌনা হায়রকই
মুপী-নিপা খায়বগী বারী লীখুন হৌরকই ॥ ২

নিপা—মুপী, লাবা—অমোম খায়বগী বারী মরম খিবিক, ইবুংঙোমা হায়দোরকপা য়াথংবু য়ায়বীনা তাক্ননিংহুনা খৌরাংনা ওাইজরকপদা, ইবেম্মগী মকমদা, নিপা—মুপী, লাবা—অমোম খায়বগী বারী লীখুন খিবিকপু লাইনিংথৌনা লীবা হৌরকই ॥ ২

ঈপুরোইগী পুকনিং লম্বী অনি খায়থরে
লাইশীদি পাক্নলবা য়েংকী লমজাও ওয়থরে।
লাইরেম্বীদি পাক্নলবী ওয়গী লম্বী থংনরে
লাবা—অমোম পথাপপু অনিয়কনা ওয়থরে ॥ ৩

তাও, ল'ইরেন্বী সিদবী ঈপুরোইগী পুক্নিংনা নিংবদগী "পা-প্পী" হায়বা লম্বী অনিথক ঈপুরোইগী মসাদগী চোংথোকখি, পাগী লম্বীবু য়েংকী লমদাং হায়না খংনরে পৌগী লম্বীব। ওয়গী লমদাং হায়না খংনরে, য়েংকী লমদাংনা লাইগী পাঙ্গল ওয়হুন। ভাইবংপানবগী পাঙ্গল পুম্নমক থোকখরে, ওয়গী লমদাংনা পাঙ্গলবগী পাঙ্গলবী ওয়হুনা ভাইবংপানবা লেপ্পবা পাঙ্গল পুম্নমক চংসিনখি, মতৌঙ্গুম্না ঈপুরোইগী মসাদগী থোকপ্রিবা লম্বী অনি অসিনা লাবা—অমোম ওয়বগী পথাপ ওয়খিয়ে ॥ ৩

ভাইবং মীগী মরুপপু মহোইগী য়াথং ইনবনি
অনিমক্কী মিৎয়েংগী মঙুং ইম্না ওয়বনি।
নো মাইজিংগী চিংদোন্দা অনিমক্কী কোন্নুংনি
ইংনা চিক্না লৈরিবা অথোইবদি লাইকয়ি ॥ ৪

"নোং—মহী, ভাইবংপানবগী থরায় ময়োন, +মাই=উরিবা, থেন্দুনা লৈরিবা, চীং=চী'খৎস্তু্না অবাংবদা। নোং+মাই+চীং=নোংমাইজিং" ভাইবংমীগী মরুপপা লম্বী অনি অসিগী মথা পোনবনি, অনিমক্কী থৌরম মঙুং ইম্না ভাইবংপানবা ওয়বনি, ভাইবংপানবা লোম্বনি, ভাইবংপানবগী মরোম মহী পুম্নংকপু চীংখৎস্তু্না লৈপ্রবা নোংমাইজিংগী চীংদেন্দা লম্বী অনি অসিনা, ভাইবংপানবা সিন্নঃ-থুংনা চৎনুবগা হজিল্লক্তুনা অনিমক্কী চিল্লো-ক্লকম কোন্নুংনি, মকম অহুদি চিক্না ইংনা লৈপ্রবা অরাবা য়াওদবা অথোইবা লাইকয়ি ॥ ৪

তেংবানবনা হৌবগী রারী পরেং থিবিকপু
তাইবংপানবা মক্লপক্তি কুম্মৈ মরোং কুয়বব ।
মিকুপ পোথা লৈতনা অনিমক্না সানরি
অনিমক্কী রারীনা তাইবংপানরা লৈন্দ্রিরি ।। ৫

তেংবানবা অসিনা হৌবা মাবা অমদগী হৌদুনা, ওয়রকপগী রারী পরেং থিবিক অমস্তুং তেংবানবসিগী মচুংদা অচৎ-চস্তা, লেংভি পালিবা তাইবংপানবা হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক অসিনা ওয়রিবা কুম্মৈ মরোং থিবিকপু, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা মিকুপ অমত্তা পোৎথাবা লৈতনা সানরি, অনিমক্না সানরিবা রারী অসিমক্না তাইবংপানবা ওয়দুনা লৈরি ।। ৫

চীংস্থুং লাইদি অকনবা রারীগী দি মপুংনি
চীংস্থুং সুজা লাইরেম্বী ভংতনবু হুংবনি ।
পাজলবদি লাইজনা রারী লীবা খেন্দো দা
অচং-চস্তা থিবিক্কী মরি মখোং হায়বদা ।। ৬

সনজিং লেকুগী লোকচপ্তগী য়েংকী লম্বী ওয়রিবা চীংস্থুংলাই অকনবনা মথং মনাও ওয়না লৈরিবা তাইবংপানবগী পাজল পুম্নমকপু থৌরিবা মপুংনি, চীংস্থুং সুজা লাইরেম্বী তাইবংপানবগী পাজলবু ভংতনা চিংসিন্দুনা অনিমক্কী থোদোক থৌজিন পাজল অনি অহুনা চিংলোক্লহুনা তাইবংপানবগী রারীবু হুংবনি, পাজলবা লাইজনা অচং চস্তা থিবিক্কী মরি মখোং হায়দুনা রারী লীবা খেন্দোদা হায়বদি, পাজল ফুদোকপা মতমদা ।। ৬

ভেংবানবগী ময়োনবু নিপা মকুম ওয়ববি
লোয়খিজবা হুইবেনি ঈপুরোইগী য়াথংবি।
চীংসুং লাইনা লেপ্লবা লাইরেম্বীনা হংবদা
ভেংবানবগী য়াবীবু মথং সিংনা হংবদা ॥ ৭

ত'ইবংপানবা ওয়বিবা, ভেংবানবগী ময়োনবু নিপ' মকুম ওয়ববি, লোয়খিজবা ঈপুরোইগী য়াথংনি, ভেংবানবগী য়াবীগী মথং সিংনা হংগে হায়রুনা ওয়গী মতৌ ওয়বিবী লাইরেম্বীনা ভেংবানবগী পাঙলবু চিংসিল্লকুনা, য়েংবী লম্বী ওয়বিবা চীংসুং লাই পাঙল-বনা লেপ্লবা ॥ ৭

অচৎ-চত্তা ময়োনবু সুপী মকুম লৌবিয়ে
অনিমক্তী ময়ায়না সুপী নিপা খায়খিয়ে।
অনিবক্তা পোংবাবা সুপী নিপা স্থম্লনি
নিপা মমক সুপী মমক তাইবংহুবু হায়পনি ॥ ৮

অচৎপা চত্তবা হায়রুনা লৈবিবা তাইবংপানবগী ময়োন উমত্ত অহু সুপী মকুম লৌবি, মতৌ অমুম্না য়েং-ওয় অনিগী চিনবিবা ময়ায় অনি অসিনা নিপা—সুপী, লাবা—অথোব খায়বি, য়েং-ওয় অনিগী ময়াম্ব পাঙল লেপতুনা চিলোক্লনা পোবাবদা নিপা-সুপী অনিমক্তা স্থম্লনি, থেম্বোংহুবা হনবিবা তাইবং ময়োব অহুবু নিপাম্নু মত্তবা, সুপীম্নু নত্তবা, নিপা মমক সুপী মমক . ওয়ুনা পোকইবা তাইবং অহুনি ॥ ৮

লাইগী মরূপ থিবিক্লা পোথা পুংজা থংবদি
ভাইবংপানবগী মরূপশু থেঙ্গোংহনা লৈজরি।
মকম মতম থংদনা ভাইবংপান্না চংকনি
থংজবদি মুহুনা লাইগী রায়েন কায়গনি ॥ ৯

অপোকপগী কুম্বোর ওয়রিবা ভাইবংপানবু সেমগৎলিবা লাইগী মরূপ থিবিকশু অনিমক্তা পোথা পুংজা থংনা চংলি, ভাইবংপানবা হায়রহনা লৈরিবা পুম্নমকশু অনিমক্তা পুক্নিঙগী থেঙ্গোং অহুদা লৈজরগনি, অশুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিমা, ভেংবানবগী অমসুং ভাইবংগী ওয়বা রাগী লৌরিবা, হংডিবা এসিগী মকম মতম থংনা ভাইবংপান্না চংকদবনি, মাসিবু থংদবা "মুহু" না ( ভাইবংমীওয়রবনা ) লাইগী রায়েন কায়গনি ॥ ৯

লাইগী রায়েন কায়বনা অন্না পোলোয় ফংজরি
ভাইবংপানগী মহুংদা লাইবক থীবা হায়নরি।
চীংখুং লাইদি পাজলবা রাগী রায়জ লৌবদা
লাইরেম্বীদি চীংখুংনা হংবা ভাবা মতমদা।
চংভবশু চৎচবি অনিবশু হিংগৎথি
মতম কুইনা থাকপ্রবা উসা মরোন হনজখি ॥ ১০

লাইগী রায়েন অসিবু কায়বদা রীওয় অহুনা ভেকতাক মইহে ফংখ্রবা অথাবনা পোলোই ওয়রৈ, অহুওবা রীওয় অদুবু ভাইবংপানবগী মহুংদা লাইবক থীবা হায়নরি। চীংখুং লাই পাজলবদা ভাইবংপানবগী পাজল হুন্দোকপা, লাইরেম্বী চীংখুংনা

ভাইবংপানবগী পাক্কন চিংসিল্লকপা, হায়বদি অনি অসিগী চিং- থোক হিংসিন সানরকপদা, লেংবা য়োংপা ওময়কপা লেংবা য়োংপা ঙমখি, থাকপ্রবা ময়োন মহী য়াওখিপ্রবা অহু ময়োন মহী ফংজখি ।। ১০

অনিমক্কী মাগীদি থুংলায় ঈচং থৌবনি
ভাইবংপানবু ওস্বাবু থুংলায় অসিনি ফংগনি ।
লাইনিং চেৎপা অহল্লা থুংলায় মসক থংদনা
চেৎনা চান্না তৌহুনা সিজিন্নবা মহমনা ।
হিংচা য়াৱত্তম খিখিকপু মথং সিৎনা হাৎতোকখি
ঈপুয়োইগী মখায়বু সোয়দনবু ওয়জখি । ১১

ওয়্-য়েৎ অনিনা লাইনিংথৌ লাইয়েম্বী ওয়্হুনা, লাইনিং- থৌনা লীবা লাইয়েম্বীনা হংবা অনিগী মাগী অসিদি, মাগী অসিনা ঙমদবা দৈবিক্রবা, ঙমফদবা ঙমপ্রয়া, ঈচং থৌপ্রবা থুংলায়গী মসক্তি, ভাইবংপানবগী অপায থৌনাং পুন্নমকপু কাওহনবা ওঝদি থুংলায় অসিওখনি থংগনি । লাইনিং চেৎপা অহনসিংনা থুংলায় অসিগী মপান্না য়েক্কবা পুন্নমকপু হাৎপা ওস্বী হায়বা থঙ্হুনা চেৎনা চান্না তৌহুনা সিজিন্নবা মহমনা অপাম্বা, অদাওবা, থৌবাংমনচিংবা হিংচা য়াৱত্তমগী মসক ওন্নবা য়েক্কবা ওক্কপু হাৎতোক্খ্রা অসেংবা পুন্দি ওয়্হুনা, পুন্দিং দৈওনা ওান্থুনা ঈপুয়োইনা পুন্দিং থমা ওমজখি ।। ১১

লিপা ওয়বা মুক্লুগী উকম মমিং লৈখিদে
লাবা—অম্বায় থাম্বথী মসক মথোং নাম্বখিদে ;
ইবেমগী মাথং তাইবং উকম ওয়গনি
উকম মথোং ইন্নদনা তাইবং সক্তম ওয়গনি ॥ ১২

লিপা-মুপী, লাবা-অথোম অনিনা তিন্নহুনা ওয়রিবা তাই-বংপানবা অসিদা- লিপা ওয়বা মুক্লুদা লিপানি মুপীনি, লাবনি-অথোমনি হাম্বথী উকম মথোং লৈতে, তাইবং মথোং অমা ওয়বা মাবা থবান্ন মথোম অচুত্তমক চেন্নবক্তুনা মমাগী নাওকম উকমদা লৈরমি, মথৌসা কৌবী লাইরেম্বীগী মাথোন মচুং ইন্না তাইবং মথোং সক্তমগী কোনকম ওয়বনি, লৈখিবা কোনকম অচুগী মথোং মচুং ইন্দুনা তাইবং সক্তম ওয়গনি ॥ ১২

মুপী ওয়বা মথোংনা সক্তম উকম পুগনি
উকম মথোং লোদনা তাইবং সক্তম ফংগনি ।
তাইবংপানবা লমচংতি নিংবা পুক্লিং ইনগনি
নিংবা পুক্লিং ইনদনা তাইবং লমচং ফংগনি ॥ ১৩

মুপীবা, লিপা মুপী থাম্বরিবা তাইবং সক্তম অসিগী নাওকম উকম পুখনি, উকমগী মথোং সক্তম লোদবা, লিপা ওয়বা উকমদা লৈরগা লিপা সক্তম ফংগনি, মুপী ওয়বা উকমদা লৈরগা মুপী সক্তম ফংগনি, অদুগা চংথোকপা লমচংতি, মপানা নিংথিবা পুক্লিংগী মখি তাখিদুনা, নিংথি নিংথিবা পুক্লিং অদুগী মচুং ইন্দুনা তাইবংগী মাপোকপা ( মহাব মপোকী ) লমচং ওয়গনি ॥ ১৩

ঈপুধোইগী মাথংনা পুন্নমকপু ওয়খিরে
নিংবা নিংবা মথোংবু ভাইবংনদি ফংখিরে।
চংপা পুকচেন লমচংনা ঈপুধৌগী লমচংদি
পুকচেন মরোং লৌদনা ভাইবংপানবা ফাওগনি ॥ ১৪

ঈপুধোইগী খোঞ্জানগী পুক্নিং অমমগী ওয়বা মাবা পুন্নমকপু ওয়খিরে, ওয়রফইবা মরোংসিং অহুনা, মানা মাথা নিংখিবা মরোং অহুবু ভাইবং ওয়না ফাওহুনা, ভাইবংপান্না ফংখিরে, ভাইবং ওয়না ফাওরক্লবা মীওয় অহুনা চংলকপা পুকচেন লমচংতি, ভাইবংমুংদা চংহুনা ভাইবংপানবা সল্লিবা ঈপুধৌ অহুগী লমচংনি, সাগোল্লবকপা পুকচেন মরোং অহু লৌহুনা ভাইবং পানবদা ওয়রক্কনি ॥ ১৪

লাইগী পুক্নিং নিংলগা লাইগী পুকচেন ফংগনি
অচৌবগী পুক্নিংনা অচৌববু ওয়গনি।
মীবু নিংবা পুক্নিংনা মীগী মথোং ওয়গনি
অভোনববু নিংঙগা অভোনববু ওয়গনি ॥ ১৫

ভাইবংপানবদা লৈরিবা থবায় পুন্নবকপু চপ মান্না হুংসিবা, খোঞ্জানগী মসক ওয়বা, লাইগী পুক্নিং নিংহুনা হুদ চপা মক অহুনা, ভাইবং ওয়না সাংলকপদা লাইগী পুকচেন চেন্নি, অচৌবা, ভবাগী মখোক খোংবা মীভোন্দগী হেন্নিবা পুক্নিংনা হুদকপা মক অহুনা মীগী মখোক খোংবা অচৌবা ওয়রনি, লাইগী পুক্নিংমু চেন্নবা, অচৌবা রাথলমু নিংঙবা, চন্না হুনখিবা মক অহুনা মীগী পুকচেন

চেনগনি, অতোনবা মীনায়গী লেংদা লৈহনা ছনখিবা মরু অহুনা অতোনবা পুক্নিং চেন্দুনা কাওরকনি ॥ ১৫

নিংবা নিংবা পুকচেল্না তাইবংপানবা ওয়খিয়ে
মতম থংবা মুমুনা তেক্ত কায়দনা ওয়খিয়ে।
ঈপুথৌগী পুক্নিংনা লাই অনিদি ওয়বনি
লাই অনিগী থৌরম্না তাইবংপান্দি থংগনি ॥ ১৬

পথাপ অসিগী মতুং ইন্না নিংথি নিংথিবা পুকচেন অহুগী মতুং ইন্না তাইবংপানবসি ওয়খিয়ে, মতৌ অমুম্না', নোংদম্না লাই হায়বহু ওয়হুনা তাইবংপানবগী পুক্নিং রাখল পুম্নমক্তা, মতম অসিবু থংবা মুমুনা (মীওয়বনা) তেক্ত-কায়দা ওয়খিয়ে, ঈপুরোইগী পুক্নিংনা লম্বী অনি ওয়রক্নুনা লম্বী অনি অহুনা ভেংবানবগী মমুংদা থৌ-দোক থৌজিন তৌহনা তাইবংপানবা ওয়খিবনি হায়বা থংগনি ॥ ১৬

ঈপুরোইগী খোংগুনবু ভেংবানবনা থিগনি
খোংগুন মতুং ইনদনা তাইবং কিহুপ ওয়বনি।
ইবেমদি লাইবেম্বী পুকনিং তপ্না তাগনি
ভেংবানবনা ওয়বগী পথাপসিদি থংগনি ॥ ১৭

ভেংবানবগী মপু ঈপুরোই অপোকপা হায়বসি কনানো, করম্বা পোৎসক্নে', মরোং মতৌ করম তৌই হায়বা অসিগী খোংগুনবু ভেংবানবনা থিখিবনি, মপু অহুনা ওয়খিবা মরোং মতৌ অহুগী খোংগুন মতুং ইন্দুনা, মপু অহুনা ওয়খিবা কিহুপ অহুদা,

তাইথংপানবগী কিন্নুপন্থ ওয়বনি, ইবেম্মা লাইরেম্বী সিদবী পুক্কিং তপ্পা তাও, ভেংবানবনা ওয়রকইবা অসিগী পথাপনি, পথাপ অসুম্না ওয়রকপনি হায়বা থংউ ॥ ১৭

ভেংবানবগী মথাদি ইবেমনা ওয়রিয়ে
পুম্নমক্কী হৌজখদি ইবেমনা লেপিরে।
চীংম্বুং লাইদি পাঙ্গলবা ঈপুথোইগী য়াথংনা
চীংম্বুং লৈমা ভালোইগা তংতনবু কমদনা ॥ ১৮

ঈপুথোইগী থৌজানগী পুকনিংনা, লম্বী অমি ওয়রহুনা য়েংকি লম্বীনা চীংম্বুং লাই পাঙ্গলবা ওয়রগা, ওয়গী লম্বীনা চীংম্বুং লৈমা ভালোই ওয়রহুনা তংতনা তাম্নহুনা লোইনবনা ভেংবানবগী থৌরম পুম্নমকপু ইবেম্মনা তৌহুনা, ভেংবানবগী মমাবু ইবেম্মনা ওয়রিয়ে, অচং-চংত্তঃ পুম্নমক্কী মথোন চোংজম ওয়রহুনা ইবেম্মনা লেপ্পিরে ॥ ১৮

তাইথংপান্‌বা মথোংবু অতং অকাং লৈতনা
সেম্মিখনি অনিনা কুম্বী কালেন নাইদনা।
থাবী থংবা তাইথংনা অনিমকপু থৌগনথি
মথুকনিংনা নিংথিবা মথোং সক্তম কংজখি ॥ ১৯

মখোই অসুম্না কুম্বী কালেন হায়বা নায়দনা অতং অকাং লৈতনা, মিকুপ লালহাং নায়দনা অমনা থৌথোক, অমনা থৌজিন্‌ তৌহুনা, তাইথংপানবগী মথোংবু, অনিনা সেম্বীখনি, অসুম্না ওয়রিবা, "মতিক মথাম" অনিগী থাবীবু থংজনবা তাইথং মীওয়

অহুনা, অনিমকপু থৌগৎলখি, তেংবানবগী মপুবু অহুম ওয়রে হায়না সাগৎচরবা মরোং অহ্ উৎলখি, অমসুং মযুমনিংবা নিংতিবা মরোং সহুম অহু তাইবংদহ্ ফংলখি।' ১৯

## তরামাথোই মুবা তাংকক্কী ঈচেন।

লাইনিংথৌনা লীহুনা, তেংবাঅনগী বাগী লীথুন পরেংসু পুক্লিং য়াথল মরোংসু লাইরেম্বীনা থংলমবা মতুংদা, লাইনিংথৌবু য়েংহুনা লাইরেম্বীনা হংগৎখি, অসুম্না ওয়রিবা তেংবানবগী মতুং অসিদা, নিপা মুপী থাইহুনা মরোং অনি সুবিবা অসিবু কয়ম্বগী য়াথংনা মতৌ কয়ম তৌহুনা মরোং অনি সুরিংনো হায়হুনা নিপা-মুপী থাইবগী বাগী মমম খিবিক ইবুংঙোনা হায়দোয়কপা য়াথং ইবেম্মনা তাক্লনিংহুনা থৌরাংনা ভাইজরকপদা, ইবেম্মগী মফমদা, নিপা মুপী থারবগী বাগী লীথুন খিবিকপু লাইনিংথৌনা লীবা হৌরকই।

তাও লাইরেম্বী সিদবী, ঈপুরোইগী পুক্লিংনা নিংবদগী "পা-পী" হায়বা লম্বী অনিথক ঈপুরোইগী মসাদগী চোংথোকখি, পাগী অম্বীবু য়েংকী লমদাং হায়না থংনরে, পীগী লম্বীনা ওয়গী লমদাং হায়না থংনরে, য়েংকী লমদাংনা লাইগী পাজল ওয়হুনা তাইবংপানবগী পাজল পুম্মক লৌথরে ওয়গী লমদাংনা পাজলবী ওয়হুনা তাইবংপানবগী পাজল পুম্মক চিংসিনখি, অসুম্না ঈপুরোইগী মসাদগী থোকখিবা লম্বী অনি অসিনা লাবা-অমোং ওয়বগী পথাপ ওয়খিরে। তাইবং মীগী মকম্না লম্বী অনি অসিগী মথা পোনখনি, অনিমক্কী থৌরম মতুং ইন্না তাইবংপানবা ওয়খনি,

তাইবংপানবা লোম্বনি. তাইবংপানগী ময়োন মহী পুম্নমকপু চীংখংথি হায়হ্না মোংমাইক্লিং হায়বা কোবা চীংদোন অহুদা, লম্বী অনি অসিনা তাইবংপানবা সিন্না থুংবা চৎলুমগা হল্লিল্লক্লনা অনিমক্কী চিংলোক্লক্ষম কোন্নুংনি. চিক্লা ভান্না লৈপ্রবা অরাবা য়াওদবা অথোইবা লাইফমনি। মফম অহুদা, ভেংবানবা অসিনা হৌবা য়াবা অমদগী হৌহ্না, ওয়মকপগী রারী পয়েং থিবিক অমসুং ভেংবানবসগী মন্থ্রপা অচৎ-চক্তা, লেংঙি পাল্লিবা তাইবংপানবা হায়হ্না লৈরিবা পুম্নমক অসিনা ওয়ারবা কুইশ্ন মরোং থিবিকপু, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা মিকুপ অমতা পোথাবা লৈতনা সানবি, অনিমক্লা সানরিবা রারী অসিনক্লা তাইবং-পানবা ওয়হ্না লৈরি।

সনজিং লেম্ফুগী লোকচপ্তগী, য়েংকী লম্বী ওয়রিবা চীংমুং লাই অকনবা তাইবংগী পাঙ্গল পুম্নমকপু থোরবা পাঙ্গল মপুংনি, চীংমুং মুক্লা লাইরেম্বীনা ভংতনবু চিংসিন্দুনা অনিমক্কী খোমোক খোঙ্জিন পাঙ্গল অনি অহুনা চিংলোক্লহ্ন তাইবংপানবগী রারী তৌরিবনি, পাঙ্গলবা লাইজনা অচং চক্তা থিদিক্কী নরি মথোং হায়হ্না রারী লীবা খোন্দাংদা হায়বদি, পাঙ্গল ফুদোক্লপা মতমদা তাইবংপানবা সেম্মীবা ভেংবানবগী ময়োনবু লিপা সক্তম ওয়যনি, সোইথিক্লবা ঈপুরোইগী য়াথংনি, ভেংবানবগী রারীগী মথংসিংনা হংগে হায়হ্না ওয়ুগী লম্বী ওয়রিবি লাইরেম্বীনা, ভেংবানবগী পাঙ্গলবু চিংসিল্লক্লনা য়েংকি লম্বী ওয়রিবা চীমুং লাই পাঙ্গলবমা লেপ্লদা। তাইবংপানবগী ময়োম উকম অহু মুপী সক্তম লোৱী,

মতৌ অসুম্না য়েৎ-ওয় অনিগী চিংনৱিবা ময়ায় অনি অসিনা নিপা মুপী, লাবা-অমোম থায়ৱি, য়েৎ-ওয় অনিগী ময়ায় পাঙ্গল লেপ-ছুনা চিলোক্লনা পোথাবদা নিপা-মুপী অনিমক্ম মুপ্পনি, খেন্দোংছুদা হুনথিবা তাইবং ময়োন অহুবু নিপা মৱক মুপী মৱক ওয়না পোক্কইবা তাইবং অহুনি। ময়োনগী কুয়োম ওয়ৱিবা, তাইবং-পানববু সেম্মগৎলিবা লাইগী মরূপ থিবিকস্থু অনিমক্কী পোথা পুংজা থংবা চংলি, তাইবংপানবা হায়রহুনা লৈরিবা পুম্ননকস্থু অনি-মক্ক। পুল্লিতৈগী খেন্দোং অহুদা লৈজরম্বনি, অসুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা, তেংবানবগী অমম্বুং তাইবংগী ওয়বা ৱারী লীৱিবা, হংতিবা অসিগী মকম মতম থংনা তাইবংপান্না চৎকদবনি, থংদবা মম্লুনা লাইগী রায়েন কায়গান।

লাইগী রায়েন অসিবু কায়রবা মীওয় অহুন। তেকচাক মহৈ ফংহুনা অরাবন। পোলোই ওয়রৈ, মহ.কপু তাইবংপানবগী মঙ্গদা লাইবক থীবা হায়নরি। লাই পাঙ্গলবনা তাইবংপানবগী পাঙ্গল কুদোরকপা, লাই পাঙ্গলবীনা তাইবংপানবগী পাঙ্গল চিংসিল্লকপা। অনি অসিগী চিংথোক চিংসিন সানরকপদা, অসিবা ওয়হুনা লেংবা রোৎপা ভনমমদবা অহু লেংবা রোৎপা ভমথি, ময়োন মহী য়াওদ-হুনা থাকপ্রবহু ময়োন মহী ফংজথি। ওয়-য়েং অনিনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ওয়হুনা, লাইনিংথৌনা লীবা, লাইরেম্বীনা হংবা অনিগী ৱারী অসিদি, ভমদবা লৈথিত্রবা ভমফদবা ভমঞবা ইচং থোপ্রবা থুংলাইগী মসক্কি, তাইবংপানবগী অপান থোৱাং পুম্মকপু কাওহনবা ভম্বদি থুংলাই অসিতনি থংগনি। লাইনিং চেৎপা অহলসিংবা

মহাক্কী মপান্না য়েক্লবা পুম্নমকপু হাংলা ভম্মী হায়রবা থংহুনা চেংনা চান্না তৌহুনা সিজিন্নবা মরম্না অপাম্বা, অসাওবা, থৌরাংবনচিংবা হিংচা য়ায়তমগী মসক ওয়রবা য়েক্লবা ভক্লকপু হাংতোক্লুনা, অসেংবা পুন্সি ওয়রহুনা পুক্নিং লৈতানা ঈপুরোইদা পুক্নিং থম্বা ভমজখি ।

নিপা সুপী অনিনা তিন্দুনা ওয়রিবা তাইবং অসিদা নিপা ওয়বা মুমুদা নিপানি সুপীনি হায়বগী উকম মরোং লৈতে, তাইবং মরোং অমা ওয়বা য়াবা থরায় ময়োন অহুতনক মপাদগী চেম্বরক্লুনা মমাগী নাওকম উকমদা হৈবনি, মতৌসা কৌবী লাইরেম্বীগী য়া-রোনগী মতুং ইন্না তাইবং মওং সক্লমগী কোনফম ওয়বনি, হৈথিবা কোনফম অহুগী মরোং মতুং ইন্দুনা তাইবং সক্লম ওয়গনি । সুপীনা নিপা সুপী থায়রিবা তাইবং সক্লম অসিগী নাওকম উকম পুথনি, উকম সক্লম মরোং ইন্দুনা নিপা ওয়বা উকমদ হৈরগা নিপা সক্লম ফংগনি, সুপী ওইবা উকমদা হৈরগা সুপী শক্লম ফংগনি, অহুগা লমচংতি মপানা নিংথিবা পুক্নিংগী মনি তাথিহুনা, নিংথি নিংথিবা পুক্নিং অহুগী মতুং ইন্দুনা নহানমপোক্কী সাগোন্নরকপা লমচং ওয়গনি ।

ঈপুরোইগী থৌজানগী পুক্নিং অমনগী ওয়বা য়াবা পুম্নমকপু ওয়থিরে ওয়রক্কইবং মরোংসিং অহুনা মানা মানা নিংথিবা মরোং অহুবু তাইবং ওয়না ফাওহুনা, তাইবংপান্না ফংথিরে, তাইবং ওয়-রক্লবা মহাক্না চংথোরকপা পূকচেন লমচংতি, তাইবংমুংদা চংহুনা তাইবংপানবা সম্লিবা ঈপুথৌ অহুগী লমচংনি, সাগোন্মরকপা পুকচেন মরোং অহু লোহুনা তাইবংপান্দা ওয়রকনি । তাইবংপানবদা

লৈরিবা থরাই পুম্নমকপু চপ মান্নবা ফুংসিবা, থোঙ্জানগী মসক ওয়বা, লাইগী পুক্নিং নিংহুনা চুলকপা মরু অতুনা, তাইবং ওয়না সাংলকপদা লাইগী পুকচেন চেন্নি, অচৌবা তারাগী মকোক থোংবা মীওন্দগী হেন্নিংবা পুক্নিংনা চুলকপা মরু অতুনা মীগী মকোক থোংবা অচৌবা ওয়রনি, লাইগী পুক্নিংসু চেন্নদবা অচৌবা রাথলসু নিংঙদবা, চয়া হুনথিবা মরু অতুনা মীগী পুকচেন চেনগনি, অতোনবা মীনায়গী লেংদ লৈহুনা হুনথিব: মরু অতুনা অতোনবা পুক্নিং চেন্দুনা ফাওরক্লনি। পথাপ অসিগী মতুং ইন্না নিংথি নিংথিবা পুকচেন অতুগী মতুং ইন্না তাইবংপানবসি ওয়রিয়ে মতৌ অসুম্না নোংলম্বা লাই হায়বতু ওয়হুনা পুক্নিং রাথল পুম্নমকক্কি মথি তমথিবা মতম অসিবু খংবা মুগুনা, তেক্কা কায়দা ওয়রিয়ে, ঈপুরোইগী পুকনিংনা লম্বী অনি ওয়রক্লুনা, লম্বী অনি অতুনা তাইবংপানবা ওয়রিবনি হায়বা থংগনি। তেংবানবগী মপু ঈপুরোই হায়রিবসিবু কনাখো, করম্বা পোৎসক্নো. মরোং মতৌ করম তৌই হায়বসিগী খোংগুনবু তেংবানবনা থিরিবনি, মপু অতুনা ওয়রিবা মওং মতৌ অতুগী খোংগুন মতুং ইন্দুনা, মপু অতুনা ওয়রিবা ফিতুপ অতুদা তাইবংপানবগী ফিতুপসু ওয়রবনি, ইবেম্মা লাইরেম্বী সিদবী পুক্নিং তপ্পা তাও, তেংবানবসি পথাপ অসুম্না ওয়রকপনি হায়বা থংউ।

ঈপুরোইগী থোঙ্জানগী পুক্নিংনা লম্বী অনি ওয়রহুনা, য়েংকী লম্বীনা চীংথুং লাই পাঙ্গলবা ওয়রগা, ওয়গী লম্বীনা চীংথুং লৈমা তাংলোই ওয়রহুনা, তেংবানবগী মখাবু ইবেম্মনা ওয়রিয়ে, অচৎ-চক্তা পুম্নমক্কী ময়োন চোংতম ওয়রহুনা ইবেম্মনা লেপ্লিয়ে।

মভো অস্থুম্না কুপ্পী কালেন হায়বা থায়দনা, অভং-অকাং লৈতনা, মিকুপ লালহাং নায়দনা অমনা থোদোক, অমনা থোজিন ভোথুনা তাইবংপানবগী মরোংবু অনিনা সেম্বনি, অস্থুম্না ওয়রিবা মতিক ময়ায় অনিগী বায়ীব্ থংজরবা তাইবং মীওয় অহুনা অনিং মকপু থোগজখি, ভেংবানবগী মপুবু মভো অস্থুম্না ওয়বোরে হায়দনা সাগৎচবা মরোং অহুব্ লৌসিংগী মিংনা উজখি, অমস্থং মপুকনিংনা পামজবা তাইবং মরোং সরুমস্থু ফংজখি।

## তরানিথোই সুবা ভাংকক।

লাইরেম্বীনা হংগংলি লাইনিংথৌগী মকমদা
পম্বিগম্বু ইবুংঙো ননায় ঐগী ইকমদা।
স্থুপী নিপা থায়বগী অনিস্থুম্না মরোংগী
মবী ময়াম তাজরে তাইবং মরোং ওয়রবগী।
মচু মরেন থাইবগী রায়ী থয়া তাজগে
ঈপুরোইগী য়াথংনা মথং সিংবা হংজগে॥ ১

লাইনিংথৌগী মকমদা লাইরেম্বীনা হংগৎলকই, অমুক পাম্বিগম্বু ইবুংঙো ননায় ঐগী ইকমদা, নিপা-স্থুপী, লাবা-অযোম হায়হুনা থাইয়িবসিগী মরম অমস্থং নিপাস্থু নভা, স্থুপীস্থু নভা, অনিনা স্থুপ্তুনা ওয়রকইবা তাইবং মরোং ময়াম অসিগী রায়ী ময়াম অসিদি লাইনিংথৌনা লীবিহুনা তাজরে, মচু মরেন থায়রিবা অসিগী

রারী থবা তাজগে, পুম্নমক অসিবু ঈপুরোইগী য়াথংনা ওয়বরা নথং লিংবা হংজগে ॥ ১

লাইরেম্বীগী মকমদা লাইনিংথৌনা হায়রিয়ে
যাহং মতুং ইনদনা ইবেম্মনা তারিয়ে ।
অচৌবদি কায়াংনি ঈপুরোইগী হকচাংদি
ইবেম্মনা থংগনি তেংবানবগী রারিদি ।
হকচাং মতুং লমজাওদা অপানবদি ময়ায়া
অতিংঙাদা লৈরিয়ে চাসিং মসিং নায়দনা ॥ ২

যাহং মতুং ইন্দুনা লাইনিংথৌনা হায়রকই লাইরেম্বীগী মকমদ', ইবেম্মনা তারিয়ে, ঈপুরোই অপোকপগী হকচাং কায়াং অসিদি, মপান পোলোই নায়খিবরা অচৌবা কায়াংনি হায়না থংগনি, তেংবানবনা ওয়বগী রারী অসিদা, ঈপুরোইগী হকচাংগী মমুং ওয়-হুনা লৈরিবা অতিংঙা লম্মাং লমজাও অসিদ', অপানবা ময়ায়া মসিং অসুক্কি হায়বা চাসিং মসিং নায়দনা লৈরিয়ে ॥ ২

যাদেম লৈপাক মকোয়সু অপানবগী অমনি
হৌভুব মরা লৈতনা অতিংঙাদা তাওবনি ।
অপানবগী মরুপকি ময়ায় খিবিক লৈজয়ে
ঈপুরোইগী যাথংনা মথৌনাবু ভোজয়ে ॥ ৩

যাদেম লৈপাক অসিসু, অকোইবা মতুম অমা ওয়রহুনা হৌভর্ব মরা হায়রা লৈতনা অতিংঙাদ' তাওহুনা লৈব', চাসিং মসিং

নায়দনা লৈরিবা অপানবসিংগী মম্বুংদুগী অমনি, অপানবসিংগী (মুমিংনচিংবা মপান অসিগী) মসা মসাগী ময়ায় থিবিক লৈত্রনা, ঈপুরোইগী য়াথংনা লৈরিবা ময়ায় অতুগী মথৌনাবু ভৌরিয়ে ॥ ৩

পাঙ্গল কনবা ময়ায়না অসোনববু চিংভিয়ে
অসোনবদি ময়ায়না পাঙ্গল থেক্না ঙাকচৈয়ে।
অসোনবস্থু চিংভিয়ে অকনবগী মঙ্গপপু
মসা" মস।" চিংনৈয়ে অপানবগী থিবিকপু ॥ ৪

চিংসিনবনা অপানবসিংগী হৌনসা ওয়ত্রনা, মপাঙ্গল অকনবসিংনা মপাঙ্গল অসোনবসিংবু চিংসিল্লি, অসোনবসিং অতুনস্থু মাবু চিংঙকইবা অতুবু পাঙ্গল থেক্না ঙাকচৈ, অসোনবসিং অতুনস্থু অকনবসিং অতুবু চিংভি, মতৌ অসুম্না অপানবসিং অসিনা মসা মসা চিংনত্রনা অনগী মঙেং অমনা পাংত্রনা "ঙেংনা" পানবা মরম্না অপানবসিং অসিবু ঙেংবানবা হায়নল্লি ॥ ৪

ঙেংবানবগী মম্বুংদা তাইবংপানবা ময়াম্নি
মুমিং লিসিং সুরিয়ে ইপুরোইগী কুম্মৈনি।
থানচিংবা অপানবা থবায়-মিচাক ময়াম্নি
মুমিং অমা থোককমদা লৈপাক অমা লৈবনি ॥ ৫

অসুম্না ওয়রিবা ঙেংবানবসিংগী মম্বুংদা মপুগী মতিক ময়ায় অতু সক সোনবা, থবায় পানবসিংনা মুংত্রনা তাইবংপানবা হায়ত্রনা থবায় লৈরিবনি, ঈপুরোইগী কুম্মৈগী মুমিংস্থু মসিং মথা লৈত্তনা

খোকইয়ে, থানচিংবা অপাম্বা ময়াম্না পুনসিল্লগা থরায় ময়োম্ব চোংঙিবা থরায় মিচাক ময়াম্নি, মুনিং অমা খোকফমদা, মুখিং অহুনা পাজল হৌভম ওয়রহুনা, অপানবা ময়াম্না তিল্লগা লৈপাক অমা লৈবনি ।। ৫

লৈপাক মখিং খুদিংগী তাইবংপানবা লৈবনি
মসিং মথা নায়দনা ঈপুরোইনা সেম্বনি ।
অপানবগী মরুপসু ঈপুরোইগী খুংলায়নি
খুংলায় ময়ায় কনবমা তাইবং ইচু ফংগনি ।। ৬

ভেংবানবগী মঙ্গুংদা লৈরিবা লৈপাক খুদিংমক অহুদা, তাইবং-পানবা লৈবনি, ঈপুরোইনা মসিং মথা নায়দনা সেম্ব্রবনি, অসুম্না ভেংবাংনহুন্না ভেংবানবা ওয়রবগা, তাইবংপানবা সেম্লিবা অপানবসিং অসিসু ঈপুরোইগী খুংলায়নি, খুংলাই ময়ায় অসি কনবনা খুংলায় অহুগী মসা মসাগী ময়ায় মথোগী মতুং ইন্না মচু লাকপনি, খুংলায় ইচু মতুং ইন্না তাইবং ইচু ওয়রবনি ।। ৬

পুম্নমক্কী মচুদি মথন মথা য়াম্লিয়ে
অঙৌবনা চিংদনা অমু অঙাং হায়রিয়ে ।
অপানবগী পাঙ্গলগী মথা পোম্না লৈবদা
মহাক্কী পাঙ্গল ময়ায়বু সিম্না খুংনা কাংবদা ।। ৭

তাইবংপানবা হায়রহুম্না লৈরিবা পুম্নমক অসিগী মচুদি, অঙৌবনা চিংঙদনা অমুবা অঙাংবা হায়রহুনা মচু মথন মথা য়াম্লিয়ে,

ভেংবানবগী পাঙ্গলবু চিংসিনহুনা থৌরিবা অপানবগী ( মুমিৎকিন্ত) পাঙ্গলগী মথা পে'ন্না লৈবদা, অকনবা পাঙ্গল অহুনা চিংসিল্লকপদা, মা:লেম লৈপাক মকোয়স্থু পাঙ্গল থেল্লা ভাক্তুনা মহাক্তী পাঙ্গল ময়ায়বু সিন্না থুংনা কাংবদা।। ৭

ভেংবানবগী তাইবংঙ্গা ময়োন মতোন চোংবনি
কুচুহুবু ফংগনি তাইবং সক্তম ইচুদি।
অপানবগী মিৎয়েংগী পাঙ্গল মতুং ইন্দনা'
তাইবংপানবদ ওয়রিয়ে তাইবংমুমু থিবিক্লা।। ৮

ভেংবানবগী মম্নুংদ লৈরিবা তাইবংনা কোনচাক ময়ায় ওয়হুনা লৈরম্বদগী, সৌদোক্তুনা ময়োন মতোন চোংবদি, কোনচাক অহুগী ময়ায় মথৌগী মতু ইন্না ভেংবানবগী ময়ায়না কুচু লাক্তুনা', তাইবং ওয়ম্নকইবা কোনচাক কোনচাক অহুগী মতুং ইন্না তাইবং ইচু ফংগনি, অপানবগী ভেংবাংনরিবা পাঙ্গল অহুগী মতুং ইন্দুনা তাইবং মম্নু থিবিক্লা তাইবংপান ওয়রিয়ে।। ৮

পুংজা থোন্দাং ফবদা মতোন হুনবা মক্লনা
চংথোনববু ওয়রিয়ে তাইবং মপান থিবিক্লা।
থবক থৌরম থংবনা অফ-মুংঙায় ওয়রিয়ে
শ্রীপুরোইগী মঙানবু ম:হাইদনা ফংজেয়ে।। ৯

অপানবসিং অসিনা অময়া অময়া চিংনহুন', অময়ী মতেং অমম্মা পাংনরিবা ভেংবানবসিগী য়াথোম কিহুপকি পুংজা থেল্লেদাহ্

লায়রিং, খেন্দোং অহুগী মতুং ইমা ঙৈসিং মুংসিংস্থ মচু রোলনি, পুংজা খেন্দোং অকবদা মত্তোন হুললকপা মরুনা ওয়রকপা তাইবং মপান খিবিরা চংখোনবা ওয়রিয়ে, অস্থয়া ওয়রিবা থবক থৌরম অসিবু থংনা চংখিবনা অফ-সুংঙায় ওয়হুনা ঙৈপুরোইগী মহিক ময়ায়গী মঙানবু মহোইদনা ফংজৈরে ।। ৯

লমচৎ সাজৎ হায়বসি নিংবা মতুং ইনবনি
নিংবা নিংবা ময়ায়বু তাইবংডনা ফংগনি ।
তাইবং মীগী লেঙ্ফ্রি ঙৈপুরোইগী ফম্বাল্লি
পুক্লিং রাথল খিবিকী হৌনবুংনি থংগনি ।। ১০

লমচৎ-সাজৎ হায়বসিদি লেঙ্ফ্রদা নিংখিবা অহুগী মতুং ইনবনি, নিংখি নিংখিবা ময়ায়বু তাইবংনা ফংগনি, তাইবং মীগী কোক লেঙ্ফ্র হায়রিবা অসিদি ঙৈপুরোইগী তুংনভম ফম্বাল্লি, ঙৈপুরোইনা ফুংহুনা লৈবনা তাইবং কুম্মৈ য়াওরিবা পুক্লিং রাথল, লোসিং হায়রিবা পুয়নক অসিগী হৌনবুং ওয়হুনা মফম অহুদগী হৌরকপনি হায়না থংগনি ।। ১০

রাথল মতুং ইন্দনা ফম্বাল মরোং ওয়রিয়ে
ফম্বাল ময়ায় য়ায়বীস্থ মরোং মতুং ইনখিয়ে ।
ঐনা নিংবা মরোংদি তাইবংদবু পুথোকচে
পোংকী মরোং উরগা পুক্লিং য়াম্মা সুংঙায়জে ।। ১১

অংরোনবা নায়বা রাথলগী মতুং ইন্দুনা ফম্বালস্থ মরোং রোল্লিয়ে, ফম্বালগী ময়ায় য়ায়বী অহুস্থ লোল্লিবা মরোং অহুগী

মতুং ইনথিয়ে, ঈপুরোইগী মরিক মথোম্না লুংদা চংহুনা ঐ হায়না লৈবগা ঐনা নিংবা মরোং অহুদি তাইবংদবু পুখোকচৈ, পোংবী মরোং উরগা ঐগী পুক্লিং য়াম্না লুংঙায়রে ॥ ১১

পুক্লিং তাবা মরোংদি পুক্লিং ময়োম নৌহল্লি
নিংবা মরোং ওয়ত্রগা পুক্লিং ময়াং হৌহল্লি।
খোঙ্জান মসক ওয়রিবা ভেংবানবগী মপুনা
লাইরৈবাক্কী কোম্লুংদা থম্বাল থক্তা লৈমনা ॥ ১২

তাইবং ওয়না পুখোরকপা মরোং অহুবু পুকনিংনা পাম্বা মরোং ওয়রগা পুকনিং য়াম্না লুংঙায় পুকনিং ময়োম নৌহল্লি, নিংবা মরোং অহু ওয়দহুনা পামত্রগা লুংঙাইতে পুক্লিং মরাং হৌহল্লি। খোঙ্জানগী মসক ওয় রিবা ভেংবানবগী মপু অহুনা লাইরৈবাক্কী কোম্লুং ওয়রিবা কোক লেন্ফুদা তাইবংপানবগী মতিক ময়াম পুম্নমক লৈরাং থম্বালগী মতৌগুম্না সাংতোকইবা থম্বাল থক্তা তোংদনা ॥ ১২

তাইবংপানবা মহুগী মতিক ময়াম পিনরি
নোংদম লাইবু ওয়দনা অক-ফত্ত ঙম্বিরি।
পুকনিং মতুং ইন্দনা' ঈপুরোইনা সেম্মিয়ে
অক-ফত্ত থায়দনা' তাইবংপানবা পোকইরে ॥ ১৩

তাইবংপানবা পুম্নমক অসিনা মতিক ময়াম ওয়না লৈরম্বদগী, ময়োম মতোন চোংহনা তাইবং ওয়না কাওরকপদা, ভেংবানবগী থৈ-ঈসি-লুংসিংকা তাইনবদা, পাংথহুনা রাখল পৌসিং পুম্নমক মযথ্রবা উথিজবা মুহু তাইবংগী নোংদম লাইবু ওয়রহুনা অক-ফত্ত

ভম্বিরি, মতিক ময়ায় পিম্মরি, মঙান তিন্দুনা ওয়রবা লৈপাক্লা সাবা হকচাং অসিদা ঈপুরোইনা মতিক ওয়না ",ঐ" হায়হনা লৈবগা পুকনিং নিংথৌ পোক্লনা পুক্নিং মতুং ইন্দুনা ঈপুরোইনা সেম্মী, অফবা ফত্তবা হায়হনা তাইবংপানবা পোকইয়ে ॥ ১৩

ঈপুরোইগী মরীদা পুক্নিং রাথল লেপখিবা
ঈপুরোইবু নভনা কনাবুসু নিংদনা।
লাইবক ফবা তাইবংনা ঈপুরোই নিংবনা
পুক্নিং লৈকোন মমুংদা "লৈসং-লৈরাং সাংপনা" ॥ ১৪

ঈপুরোইবু নভনা কনাবুসু নিংখিদ্রবা, "ঐগী" হায়বা রাথল অছু খাদোকপ্রবা, কবিগুম্বা থবক্কী মহৈ" পানখিদ্রবা, তৌরিবা পুম্নমক্কা মপুগীদমক্কি হায়না নিংদ্রবা, লাইবক ফবা কনা-গুম্বা তাইবংনা, ঈপুরোইবু, মতৌ অসুম্মা নিংখিবনা মহাক্কী পুক্নিং অছুদা, অপাম্বগী থোরাংবা পোক্কহনা ইংনা-চিক্লা ঙানখিবদগী ॥ ১৪

তাইবং উমং মমুংদা থম্বাল লৈরাং সাংচখি
ঈপুথৌগী থোগনবু পুক্নিং থনা তৌজখি।
য়াম্না পুক্নিং চৎপনা অয়াংববু ফংজখি
লৈয়াং সুরোল নাওরোনবু উমংহুদা সাংচখি ॥ ১৫

অচৎপা চংভবা লেংদি পাল্লিবা থবায় পাম্ববা পুনমক অসিনা মপুগী ফুংথোংগী তুরিক ওয়হনা সোংহল্লিবা উমং অসিদা, লৈয়াংলক্কী থম্বালগুম্না অথোইবা ওয়হনা লাইবক ফবা ওয়খি, মপুগী থোগনবু

পুক্নিং থুংনা তৌরবি, মপুনী লৈকোন লৈবুংসু তান্নিংবা, তাইবং য়াথলসু থাদোকপা। ওমদবা য়াম্না-পুক্নিং ওয়না চংপসিংনা অয়াবা, হুংঙায়বা অনিনা য়ায়হনা অয়াংবা য়াথল কংজখি মচা। মসুসু য়াম্না য়াথল অহনা অহুমক ওয়রখি।' ১৫

মক্ক মথন য়াম্বনা পাম্বী মথন য়াম্বখি
মক্ক মথন ইন্দনা পাম্বী মপান সাবনি।
লমগী ময়ায় মতিকনা পাজল পাম্বৈ ওয়দম,'
মালেম লমদম লম্বুংগী মহী ময়ায় কংবনা॥ ১৬

মালেম লৈপাক মকোয়গী অমদি লৈপাক অহুদগী ওয়রকইবা মসা অহুদগী মহী ময়ায় কংহনা লমগী ময়ায়গী মতিকনা পাজল পামবৈ ওয়হুনা, মচাক ওয়রহনা লৈরিবা তাইবংপানবা অসি, কোনচাকসিং অহুনা তিম্না তিম্নবগা চাং অহুগী মতুং ইন্না তাইবংপানবা ওয়রনবা মক্ক মথন য়ামগ্রে, মক্ক মথন য়াম্বনা মক্ক অহুদগী ওয়রকইবা পাম্বীসু মথন য়ামগ্রে, কোনচাকসিং অহুনা ওয়বা য়াবা চাং অহুগী মতু ইন্না ওয়রকইবা, মক্ক অহুগী চাং মতু ইন্না তাইবংপানবা ওয়রিবা পাম্বীসু মক্কদগী মপান সাবনি॥ ১৬

মপোপ কবা পাম্বীনা মকালায়বা সাংচবি
তাংজেংবা লৈবাংদি থুনা লৈমন চনজখি।

লৈশাং মথন য়াম্বগুম ভাইবংপানবা সাংলিয়ে
ঈমনম মকম ময়াম্বদা মতম ঈচেল চেন্নিয়ে ॥ ১৭

নাওকম ওয়রিবা মকম অতুগী ময়াম লম্বদুনা, মপোপ কংকপা পাম্বীনা অমদি ভাইবংপানবনা, ওয়বা য়াবা মতিক ময়াম পুন্নমক মকালাংনা হুন্দোকখি, মহী ময়ামগী কন্তবা লমদাগী হৌরকপা লৈশাংদি ঙাংজেংনদুনা থন্না লৈমন চনখি, অক কত হায়দুনা লৈশাং মথন য়াম্বগুম ভাইবংপানবা সাংলিয়ে, অক-কতবা লেংঙি পালিবা পুন্নমক অসিনা ওয়রিবা ভাইবংপানবসিগী ময়াদা মতম ঈচেল হায়বদুনা মীচং-মীথাম নায়বা লৈতনা, মীকুপ পুংজানা ঈথক ওয়রদুনা চেন্নিয়ে ॥ ১৭

ঙেংবানবগী কুমৈদি মতৌসুম্না ওয়রিয়ে
সিদবীগী সাংল্লোনদি ইবেমমা ওয়রিয়ে।
অপোকপগী কুমৈদি মপান ওয়থৈ নায়খিদে
লাইনিং চেংপা খিখিক্না সোনবা লোইবা ওয়খিদে ॥ ১৮

মতৌ অসুম্না অমগা অমগা ঙেংবাংনদুনা, ঙেংবানবসিনা কুমৈগী মসক ওয়রিয়ে, মাংবা" সিবা নায়রবা মহৌসা কৌবী লাইরেম্বীগী সাংল্লোনদি, ভাইবংপানবগী লৌসিং মৈবা ওয়রিবী ইবেম্মা মহাক্না ওয়রিয়ে, পুন্নমক অসিবু পোকইবা অপোকপনা সানখিবা কুমৈ অসিদি অসুম মরোইংরে হায়রন মপান ওয়থৈ নায়খিরবনি, লাইনিং পরৈ চেংখিবা লাইনিং অহন খিখিক্নসু ইকুংতোগী মতিক ময়ামগী কুমৈবু সক সোনবতো লোয়রবা ওয়খিরবনি ॥ ১৮

অপোকপগী মতিকপু ঙংঙনবু লোনগনি
অপোকপবু লোনগনি অপোকপবু নিংগনি।
অপোকপগী থোগনবু ঙংঙনবু তৌগনি
ইবুংঙোগী খোঙাম্না অমাবু কোকনি।। ১৯

লৈরিবা ওয়রিবা পুম্নমক অসি অপোকপগী ফুদোকপা ঙম্বা মতিক অদুদগী পোক্লকপনিনা, অপোকপবু ঙংপা-কাংবা লৈতনা লোনগনি, তাইবং কুম্মৈ ওয়হনগে হায়দুনা থাইংপানবা সম্নোং-কইবা অপোকপবু নিংগনি, অপোকপনা সায়োন তৌরিবা থাইবংগী থোগনবু তৌদুনা, অপোকপগী থোগনবু ঙংতনা তৌগনি, মদুদদা ইবুংঙোগী খোঙাম অমা খোরাং লেনগনি।। ১৯

## ঙরাম্বিখোইসুবা থাংকক্কী ঈচেল।

লাইনিংথৌগী মফমদা লাইরেম্বীনা হংগৎলকই, অমুক পন-থিরগমু ইবুংঙো ননাই ঐগী ইকমদা, নিপা মুপী থায়বগী মরম অমসুং নিপাসু নত্ত মুপীসু নত্ত অনিনা সুপ্তবা ওইরকইবা থাইবং মখোং মম্বাম অসিগী মারী মম্বাম অসিদি লাইনিংথৌনা লীহিদুনা থাজবে, মচু মবেল থায়রিবা অসিগী মারী খন্না থাজগে, পুম্নমকসি ঈপুরোইগী মাখং অরুবমা মখং সিংনা হংজগে।

মীইহং মখুং ইন্দুনা লাইরেম্বীদা লাইনিংথৌনা হায়রকই, ইবৈনবা তাবিয়ু,—ঙৌবানবনা ওয়রকপগী মারী অসিদা, ঈপুরোই অপোকপগী হকচাং কায়রং অসিদি মপাম পোতোই মায়থিজবা

অচৌবা কায়াংনি হায়রবা থংউ, ঈপুরোইগী মসাগী মমুং ওয়দুনা লৌরিবা অভিত্তা লম্চাং লমজাও অসিদা অপানবা ময়াম্মা মসিং মায়দনা লৈরিয়ে। মালেম লৈপাক মকোয় অসিমু হৌজিক মরা হায়রবা লৈতুম: অভিত্তাদা তাওদুনা লৈবা, মসিং মায়দনা লৈরিবা অপানবসিংগী মমুংদগী অমনি, ক্ষুমিংনচিংবা অপানবসিংগী মসা মসাগী ময়ায় থিবিক লৈদুনা ঈপুরোইগী য়াথংনা লৈরিবা ময়াম অদুগী মথৌদায় তৌরিয়ে। চিংসিনবদা অপানবসিংগী হৌনসা ওইদুনা পাঙল অকনবসিংনা অসোনবসিবু চিংসিল্লি, অসোনবসিং অদুনসু চিংজকইবা অদুবু পাঙল থেক্না ভাকচৈ, অসোনবাসিং অদুনসু অকনবসিং অদুবু চিংভি মতৌ অসুম্মা মসা মসা চিংনদুনা, অমগী মভেং অমন পাংদুনা "ভেংনা" পানবা ময়াম্মা অপানবাসিং অসিবু ভেংবানবা হাইরি। ভেংবানবসিগী মমুংদা মপুগী মভিক ময়াই অদু মক-সোম্বা থরায় পানবসিংনা ভুংদুনা তাইবংপানবা হাইদুনা ময়াম লৈরিবনি, ঈপুরোইগী কুম্মৈগীদমক মুমিং মসিং নাইদনা থোক্কই, থানচিংবা অপানবা ময়াম্মা পুনসিল্লগা থরাই ময়োন চোংবল্লি থরাই মিচাক ময়াম্নি, মুমিং অমা থোককমদা মুমিং অদুনা পাঙল মপুং ওইদুনা অপানবা ময়াম্মা ভিল্লগা লৈপাক অমা লৈবনি।

ভেংবানবগী মমুংদা লৈরিবা লৈপাক খুনিংমক অদুদা, তাইবং-পানবা লৈবনি, ঈপুরোইনা মসিং নাইদনা সেমপ্রবনি, ভেংবানদুনা ভেংবানবা ওইরগা তাইবংপানবা সেম্বিবা অপানবসিং অসিমু ঈপু-রোইগী খুংলাইনি, খুংলাই ময়াই অসি কনবনা খুংলাই অদুগী মসা মসাগী ময়াই মথৌগী মচুং ইল্লা মচু লাকপনি, খুংলাই ইচু মচুং ইল্লা তাইবং ইচু ওইপনি। তাইবংপানবা হাইদুনা লৈরিবা পুরমকী মচুপি,

অঙৌবনা চিংদনা অমুবা অঙাংবা হাইদুনা মচু মখল হাম্মিয়ে, ভেংবানবগী পাম্লবু চিংসিন্দুনা থৌমিবা সুম্মিংবী পাজলগী মথা পোম্মা লৈবদা, অকনবা পাজল অদুনা চিংসিল্লকপদা, মালেম লৈপাক মকোয়সু পাঙ্গল থেক্লা ভাক্তুনা মহাক্কী পাজল ময়ায়বু সিল্ল থুংনা কাংবদা, ভেংবানবগী মহুংদা লৈমিবা ভাইবংনা কোন-চাক ময়ায় ওয়দুনা লৈরম্বাদগী, সৌলোক্তুনা ময়োন মতোন চেংবদি, কোনচাক অদুগী মথো মতুং ইম্মা ভেংবানবগী ময়ায়না কুচু লাক্তুনা, ভাইবং ওয়রকইবা কোনচাক অদুগী মতুং ইম্মা ভাইবং ইচু কংগনি, অপানবসিংগী ভেংবাংনমিবা পাজল অদুগী মতুং ইন্দুনা ভাইবং মুক্ত খিবিক্লা মাইবংপানবা ওয়মিয়ে।

অপানবসিং অসিনা অমগা অমগা চিংনদুনা, অমগী মতেং অমনা পাংনমিবা ভেংবানবসিগী মায়োন ফিদুপকি পুংজা থেন্দোং নায়রি, থেন্দোং অদুগী মতুং ইম্মা ঈসিং সুংসিংসু মচু বোল্লি, পুংজা থেন্দোং অকবদা মতোন হুল্লকপা মকনা ওয়রক্পা ভাইবং মপান খিবিক্লা চংথোনবা, ওয়রিয়ে, অসুম্মা ওয়মিবা ভেংবানবগী থৌরম অসিবু থংনা চংখিবা মীনা অফ হুংডায় ওয়দুনা ঈপুরোইগী মতিক ময়ায়গী মঙানবু মক্লোইদনা যংহৈয়ে। ভয়চংক-২ ৷ লেং হায়বসিদি লেক্ষ্ণা নিংখিবা অদুগী মতুং ইমবনি, নিংখি নিংখিবা ময়ায়বু ভাইবংমা ফংগনি, ভাইবং মীগী কোক লেক্ষ্ণ হায়রিবা অসিদি ঈপুরোইগী ফুংনফম ফম্বাসি, ঈপুরোইনা-তুংদুনা লৈবা মময়, ভাইবং কুপ্পে ওয়রিবা পুক্লিং, মাথপ, পৌসিং হায়রিবা পুম্নমক অসিগী হৌনবুং ওয়দুনা মকম অদুমগী থৌরকপনি হায়বসি থংগনি।

অরোনবা মায়বা য়াখলগী মতুং ইন্দুনা কম্বানসু মরোং হোল্লি, ফম্বানগীময়ায় য়ায়বীসু হোল্লিবা মরোং অদুগী মতুং ইনথি. ঈপুরোইগী মথিক মকোয়া তাইবংমুংদা চংহুনা "ঐগী" হায়রগা ঐ অহুনা নিংবা মরোং অদু তাইবংদবু পুথোকচৈ. পোংকী মরোং ওয়রগা ঐগী পুক্নিং য়ায়া মুংঙাইতৈ। পোং অদু পুক্নিংনা পাম্বা মরোং ওয়রগা পুক্নিং মুংঙায়, পুক্নিং ময়োন নৌহল্লি, নিংবা মরোং ওয়দাহুনা পামজগা মুংঙাইতে, পুক্নিং মরাং য়ায়া ছোহল্লি, থৌজানগী মসক ওয়রিবা তেংবানবগী মপু অহুনা, লাইরৈবাকী কোম্মুং ওয়হুনা তাইবংপানবগী মতিক ময়ায় পুম্নমকপু থম্বালগী মতৌগুম্না সাংতোকইবা কোক লেফ্‌দা লৈহুনা।

তাইবংপানবা পুম্নমক অসিনা ময়োন মতোন চোংহুনা তাইবং ওয়না কাওরকপদা, মৈ-ঈসিং-নুংসিংবা তাইনবা পংথহুনা য়াখল, লৌসিং পুম্নমক মমথবা উথিজবা মুম্ন তাইবংগী নোংদম লাই ওয়হুনা "ঐ" হায়হুনা লৈরগা পুক্নিং নিংথৌ পোক্‌পা পুক্নিং মতুং ইন্দুনা ঈপুরোইনা লেপ্পী, অকবা কত্তবা হায়হুনা তাইবংপানবা পোকই। ঈপুরোইবু নত্তনা কনাবুম্ন নিংথিজবা, "ঐ" হায়বা য়াপত্র অদু থাগোবগ্রবা' থবকী মহৈ পামথিজবা, তৌরিবা পুম্নমক্তা মপুগীদমক্তনি হায়না নিংগ্রবা লাইবক কবা থনাওবানা, ঈপুরোইবু মতৌসুম্না নিংথিবদগী অপায় থৌবাংবা লেনখিহুনা, সেংত্তি-পালিবা থবায় পানবা পুম্নমক অসিনা ঊমং-তুম্না সোংহুনা লৈরবা তাইবং অসিদা, লৈবাক্লেক্কী থম্বালগুম্না অথোইবা লাইবক কবা ওয়রি, মপুগী থৌগনবু পুক্নিং থংনা তৌজরি।

মপুগী লৈকোন লৈবুংস্থ ভাঙ্গিংবা' তাইবং বাথলস্থ থাদোকপা হুমদবা য়াম্না পুক্নিং ওয়না চৎপসিংনা অমাবা মুংতাইবা অনিমা য়াম্মহ্না অবাংবা বাথল ফংতখি, মচা মস্থ্ব বাথল অহুনা অহুমক ওরখি।

মমা ওয়রিবা লম অহুমগী ( মমা অহুমগী ) মহী ময়ায় ফংবনা মমা অহুগী ময়ায় মতিকনা পাম্বি ওয়হুন! তাইবংপানবা ওয়রকইবা মরু অসি মথন য়ামগ্রে, মরু মথন য়াম্বনা তাইবং পাম্বীস্থ মথন য়াম্বনি, মহাও-কোনচাক অহুনা ওয়বা য়াবা চাং অহুগী মচুং ইমা ওয়রকইবা মরু অহুগী চাংদা তাইবংপানবা ওরখিবা পাম্বীস্থ মরুদগী মপান সাবনি।

নাওফম মফমগী মহী ময়ায় ফহুনা, মপোপ ফরকপা পাম্বীনা অমদি তাইবংপানবন', ময়ায় মতিক পুম্নমক মক:লংনা ফুদোকখি, মহী ময়ায় ফত্তবা লমদগী হোরকপা লৈমাংদি তাংজেংঅহুনা থুনা লৈমম চমখি, অক ফত্ত হায়হুনা লৈমাং মথন য়াম্বগুম তাইবংপামবা সাংলিয়ে, অক-ফত্ত লেংতি পাম্নিবা পুম্নমক অসিনা ওয়রিবা তাইবংপানবা অসিগী ময়াম্বদা মতম ঈচেল হায়বদুনা, মিকুপ পুংজানা ইথক ঈপোম ওয়হুনা হুতংপা লৈতনা চেন্নিয়ে। মতৌ অস্থম্না অমগা অমগা তেংবাংনহুনা, তেংবানবসিনা কুম্মৈগী মসাক ওয়রিয়ে, মাংবা সিবা মায়ক্রবা মহৌসা কৌগী লাইরেম্বীগী সায়োনদি, তাইবংপানবগী লৌসিং মৈমা ওয়রিবী ইবেম্মা নহাক্না ওয়রিয়ে, পুম্নমক অসিবু পোকইবা অপোকপনা সাম্নবিবা কুম্মৈ অসিদি, অস্থম মবোইবে হায়বা মপান তমথৈ নায়খিত্ববনি,

লাইনিংচেৎপা লাইনিং অহন খিবিক্রস্থ ইবুংঙোগী মতিক মন্নায়গী কুম্মৈবু সক্কসোনবদ লোইবা ঙমখিত্রবনি। লৈরিবা ওয়রিবা পুম্মক অসি অপোকপগী ফুদোকপা পাংথোকপা ঙম্বা মতিক অন্থুদগী,পে'ক্লকপনিনা অপোকপবু ভংপা-কাংবা লৈতনা সোনগনি তাইবং কুম্মৈ ওয়হনগে হায়দুনা তাইবংপানবা সন্দোকইবা অপোকপবু নিংগনি, অপোকপনা সায়োন ওয়রিবা তাইবংগী থোগনবু তৌদুনা অপোকপগী থোগনবু ভংতনা তৌগনি, মদুতাদা ইবুংঙোগী থৌজাম্মা অবা থৌরাং লেনগনি।

হুঁ য়ায়কবা য়ায়কবা য়ায়কবা।

হনজিললসি ইপুথৌ পোথারসি লাইনিংথৌ সননাজিং মতোন কাদুনা নোংদোন লংজাও চেনদুনা ঈপুরোইগী য়াথংবু সোয়বা য়াংদে হায়বনা॥

কোরৌ অহন ঙ'নথরে মপু থৌগন তৌথরে নোংদোন লাইনি অঙানবা পোথাসংদা চংথরে॥ উচেক বারা খিবিকস্থ নোংলেন চুম্না কোইকরে মতম থোংলৈ লাকতুনা ঈপুরোইবু সোনথরে॥ সমগী সাগী মক্কপস্থ নাওবী সনাও খিরকলে ঈপুরোইবু নিংদুনা মকোন ফমদা চত্তকলে॥ লাইরেম্বীগী মক্কপনা জগোই থৌগন তৌথরে ঈপুরোইগী পুক্কিংস্থ মুঙায় মপান সাথরে॥ অপোকপনা য়ায়ফরে সিদবনা য়ায়ফরে ঈপুরোইনা য়ায়ফরে সিদবনা য়ায়ফরে॥ অয়োন অরান ঙাকপিও লংজ খিবিক কেকপিও মাংওয়ননা লেপ্রিও হুং... ...সিও। নত্তেকমদা তেসিনবিত্ত নহন ফমদা হনজি... ...মুবাক ... সাজরি থৌজাব লৈদুম পিনবিত্ত॥



